

পৃথিবীগী

# অনিশুবা লাণ্ডাণ্ড

অমস্থুং

# মণিপুরী পার্টি

THE SECOND WORLD WAR

AND

THE MANIPUR PARTY

শ্রীমঙ্গোল সিংহ

পৃথিবীগী

# অনিশুবা লাঞ্চাও

অমসুং

# মণিপুর পার্টি

১৯৩৯ – ১৯৪৫


অইবা—

শ্রীবাইরোকপম মঙ্গোল সিংহ।



ফোংজবা—

শ্রীবাইরোকপম মঙ্গোল সিংহ,

লাইরিকয়েংবম লৈকাই।


মমল লুপা ২০/-

অনিশুবা ফোংবা—ডিসেম্বর, ১৯৮৪




কচ্চবা—পৃথিবীদা শান্তি পুরক্নবা হোৎনরিবা
পূম্নমক্তা।

কপি—২,০০০

শ্রীৱাইরোকপম মঙ্গোল সিংহ।

[illegible]—কে: ডি: প্রিন্টিং বার্কস, হৈরাঙোইথোং, ইম্ফাল।

# হিরম-লামায়

হিরমশিং | লামায়

# পাবিরিবশিংদা ৱাহৈ খৱদং

মী লাখ ৬০০/৭০০ কী মথৱাই চুপথ্রবা অদুগুম্বা পৃথিবীগী অনিশুবা লাপ্পাওনি। মীওইবগী ইতিহাসতা মসিনা খ্বাইদগী অমম্বা মতম্নি। করি অমুক হায়গনি, মরান লৈজদ্রবা মুপী-অঙাং খাক্তনা, যহুদি লাখ ৪০ রোমবু গ্যাস থাজিন্দুনা তমথিরবা ওসৱিইটচকী কেম্পতা হেক্তা লোইশিনথ্রবনি।

অফবা লাইরিক পুম্বা ইংরাজী লোন্দা লৈখ্রে। মনিপুরগী ইচিন-ইনাওশিং দিঅয়াম্বা ইংরাজী হৈতবনি; মরম অদুনা পাবা ৱাবা অদুগুম্বা লাইরিকশিং অদু লৈতবদগী খংনিংবগী অরাম-খোৱাংবা অসুম হেনগৎলি। লাইরিক অসিগীদমক্তা অসুকী মতিক মখল মখলগী মচাক ফংই মদু দি লমাই ১০০০ মুক ওইগদবা লাইরিক ভলম ৪/৫ ইরগদা ঐডোন্দা পেঞ্জগনি। অদুবু, লাইরিক অনম্মনগী অৱাবনে; অদুগা খ্বাইদগী মরু ওইবদি লুপা অনি অহুমদগী হেন্না খরচ তৌবদা ৱারবা, হুমাংমন্তনা মখোইগী মপুন্সি চন্না লেপ্পরবা, অদুগুম্বা ইচিন-ইনাওশিংগী ৱাখল্লা ঐগী কলমবু লমজিংখিবনি। অদুগুম্বা ৱাখল্লা লমজিংদুনা ঐহাক্তা 'আরোগ্য' দা থা ৮ লোম চংনা "ব্রহ্মাণ্ডগী মরমদা খল্লবা" অমসুং 'ঙসি' খবরদা থা ৭ লোম চংনা "এডোলফ হিটলরগী মথাদা যহুদিশিংগী ফিবম" ইজবনি।

অনিশুবা লাপ্পাওগী লাইরিক অসি ইজবদা মনিপুর পার্টিগী মচাকতী শ্রীলাইশ্রম গুন সিংহ, শ্রীমাইবেনবম অহনজাও সিংহ, শ্রীলেটখোথাং কুকী, শ্রীথোংখোশাৎ কুকী অমসুং শ্রীপলেট কুকীদগী অয়াম্বা লৌজে। অদুগী মথক্তা চীংগী মফম মফমদা ইশামক চংচরুই। অতৈ মচাক্লা মখাগী লাইরিকশিং অসিদগী লৌজে :—

1. "History of world war II." —Miller.
2. The world at war. 1939-45, —Edger Holt.

3. The Second world war. —Sir Winston churchill.

4. History of the Second world war. Vo . —Odhams.

5. The Second world war. 1939-45. —Major-General J. F. C. Fuller.

6. D Day—The Sixth of June, 1944. —David Howarth.

7. International Relations between The two world wars. —E. H. Carr.

8. Normandy to Baltic. —Montgomery.

9. The war Against Japan. Vol. II—Kirby.

10. "Rommel."—Desmond young.

11. Top Secret.—Ralph Ingersoll.

12. Hitler —A study in Tyranny. —Alan Bullock.

13. The Last Days of Hitler. —H. R. Trevor Roper

14. Berlin Diary.—William L. Shirer.

15. This is The enemy. —Frederick Oechsner.

16. Memoirs of Field Marshal Montgomery.

17. Hitler's Secret Conservations 1941-1944. —H. R. Trevor—Roper

18. Nuremberg Diary.—G. M. Gilpert.

19. Defeat into Victory—Field Marshal Sir William Slim.

20. Joseph Stalin.—Moscow publication.

21. The Case Against Adolf Eichmann. —Herry A. Zeiger.

22. The wonders of Science.—Collins.

23. The outline of history.—H. G. Wells.

24. Glimpses of world history. —Jawaharlal Nehru.

25. A history of Europe.—H. A. Louis Fisher.

26. A short History of Mordern Europ.—Ketelbey

27. A history of Britain. —Carter & Mears.

28. The American Civil War. 1861-65.
—Major-General J. F. C. Fuller.

29. How the Great Religions Began.
—Joseph Gaer.

30. History of Manipur.—Jyotirmoy Roy M. A.

31. মণিপুর ইতিহাস—শ্রীমুতুম ঝুলন সিংহ।

শ্রীবাইরোকপম মঙ্গোল সিংহ
লাইরিকয়েংবম লৈকাই।
তাং ৮। ১২। ৮৪ ইং

# অনিশুবা

# লাঙ্গাও অমস্তুং মণিপুর পার্টি

## ১বা পন্দুপ

**পৃথিবীগী ২শুবা লাঙ্গাওগী মরম :**

ইংশোক ১৯১৪ গী আগষ্ট তাং ৪ দগী শোক ১৯১৮ ফাওবা শোক্লখিবা পৃথিবীগী অহানবা লাঙ্গাও অদু জর্মন মাইকৈনা মাই-থিদুনা, শোক ১৯১৮ গী নবেম্বর তারিখ ১১ দা খুৎলাই কাপনবা লেপখী ( Armistice ) ।

ফ্রান্সগী জঙ্গল কোমপিগনে ( Compiegne ) হায়বা অদুদা লান লেপ্পগী সহী তৌনখি, অমস্তুং মফম অদুমক্তদা যুম্বী ( Munument ) অমা অস্তুম্না ইদুনা যুংখী ।

"মফম অসিদা, নবেম্বর ১১, শোক ১৯১৮ গী মুমিত্তা জর্মনীনা মিনাই ওইহনগে হায়দুনা শিল্লম্লবা মনিং তম্বা জাতিশিংনা জর্মনীগী তমথিরবা সম্রাজ্যগী নাপন অদু মাংহল্লে ।"

হায়রিবা খুৎলাই লেপ্পবগী ( Armistice ) মওং অসি নিয়ম থরগী মখা পোন্দুনা তৌনখিবনি । লেপ্পখিবা অসিগী মতুং ইন্না সন্ধি ( Treaty ) অমা তৌনবা তারমই । সন্ধি অসি তৌদ্রিঙৈদা কাপ্পবদি লেপখ্রে তৌইগুম্বস্তুং বিলাতকী লানগী জহাজশিংনা জর্মনীবু কোইশিন্দুনা চান-থক্লবা পোৎ অমত্তা য়োহনখিদ্রে । জর্মনীদি লান লেপখ্রে অদুবু বিলাতনা চান-থক্লবা পুমথিং থিংদুনা থা তরেৎ-লোমদগী হেন্না জর্মনীগী মুপা, মুপী অমস্তুং অঙাং কয়া মশিং লাকওমদনা চরা হেনবগী খুৎলাইনা হাৎখী । জর্মনীগী হান্নগী চানসেল্লর, বেথমেনন হোলবেগ ( Bethmann Hollweg ) না

হায়খী। "ইংলেণ্ডনা ঐখোইবু কোইশিন্দুনা, হিংচাবগী সাজংতগী হুন্দনা তমথীনা লাক্লবসিগী খুদম অসি হয়েং চারোন শুরোন ফাওবা ময়েক লানা লৈহৌরগনি।

হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা সন্ধিগী নিয়ম শেমলে, ধারা ৪৪০ শুই, জর্মনশিংগী য়ানিংবা য়ানিংদবগী মরমদা করিসু থন্থখিদে। নবেম্বর ১১, শোক ১৯১৮ গী খুৎলাই কাপ্প লেপ্পগী নিয়মশিং অদু মরু ওইবা মখৈ ইযাও য়াওদ্রে। জর্মনীগী প্রতিনিধিশিংনা সন্ধিগী নিয়মশিং অসি য়ানিংদবা ফোংদোক্লমই। অদুবু কাল্লে ফুবা কাল্লে ফুবগী সন্ধি অসিদা মথরাই শোক্লা সহী পীবা তাখি।

জর্মনীনা সন্ধি অসি শোক ১৯১৯ গী জুন তাং ২৮, থাংজ শুমিত্তা ফ্রান্সকী সহর ভারসাইলস (Versailles) দা সহী তৌখী। সহী তৌনবিবা হোল অদুগী মপান্দা তোপ কয়ামরুম কাপতুনা সন্ধি আসবু সলামী পিখী। জহাজ থাংফমদগী সন্ধিগী হোল অসি য়োরকপা ফাওবা জর্মন প্রতিনিধিশিং অদু লানগী বন্দিগুম পুবকাখি, মখোয়গী মমিৎ অদু থাপ্পা অতিয়াদা করিগুম্বা বিন্দু অমদা শংত্রিক যেংলমই। মখোইনা য়েংলিবা থাপ্পবা বিন্দু অদু অতৈ নত্তে জর্মনশিংনা ইকাইবা ফংলিবা অসিগীদমক পৃথিবী থক থক নিক্লা লমন খুম্লগদৌবিবা অসিনী।

মিত্র শক্তিশিংগী লান্দা চংখিবা অমাং অতা পাউণ্ড ১১,৬০০,০০০,০০০ জর্মনীনা পিবা তাবি। অতৈ কয়ামুকী মনুংদা খ্বাইদগী অঙকপদি পোলেণ্ড (অনৌবা শেম্বা দেশ) বু বালটিক সাগর য়োৌবদা খুদোং চানবা লম অমা (Polishcoridor) ফকতুনা পিত্রে অদুগা ডেনজিগ (Danzig) সহরবু তোঙান্না রাষ্ট্র সঙ্ঘ (League of Nations)কী মখাদা থমত্রে। জর্মনী অসি মতুংদা অমুক হৌগৎপা ম্রাদনবা মখোং মখুৎ পুনশিল্লমই, দেশকী শান্তি ডাক্লবগীদমক চংগদবা কংফানগী লান্মী খরতমক থম্বা যাহল্লমই, থকী লান্মী, ঈশিংগী লান্মী থমহনখিত্রে।

জর্মনীবু নমথাক তৌখিবা অতুগী মুঙাইতবনা জর্মন খুদিংমক্কী শিংলিদা লমন খুন্নিংবগী অশাবা ঈ কন্না চেল্লমই। জর্মনীগী ফিবম অস্তুম তৌরিঙৈদা হিটলর হায়বা বিধাতানা লমজিংবা ( Man of destiny ) নিপা অমা থোরকই। জর্মনীবু মহাক্না অঙকপা ফংনা মপাঙ্গল কলহল্লগা তমথিরবা লাংজাগুম ইউরোপ মহাদেশতা হুমথ-রকই. নৈখাইরমই, মচেং মচেং শেগাইরমই।

## হিটলর অমস্তুং নাজী পার্টি

ইংশোক ১৮৮৯ দা অষ্ট্রিয়াগী ব্রানাও ( Braunau ) কৌবা নফমদা হিটলর পোকই। অঙাং য়াম্না ওইরিঙৈদা মপা শিখি। লাইরিক লাইশু তম্বস্তু মথোং চাহৌদ্রে। মপানা য়াম্না নংনা হুন-দোক্রমই। লাইরিক তম্বদস্তু খ্বাইদগী হৈতে। মসি, লাইবিক শথবাই যাওদবদগী ওইরম্বা যাই। ভিয়েনা একাডেমী (মহৈ তমফমশং) দা লাইয়েকপা তমগে হায়তুনা হোৎনজবস্তু লৌবিযু য়াদ্রে। পাখং ওইরকপদা ময়াম্না অঙাওবনি হায়নৈ। অতুবু মতম অসিদা ফি শেগায়বা শেৎতুনা ময়ামগী মমিৎতা অঙাওবা ওইরিবা চানিঙাই থক্লিংঙাই লৈত্রবা, উৎতা তুরগা ৱাইদা হৌগৎপা, মহৈ য়েংই য়াওদ্রবা মচি মযাদা কোইচৎ চৎলিবা পাখং অসিগী মথুৎতা মী কবোব করোরগী মরাইবক লৈরবনি হায়বা কনানা খংলমদে। নেপোলিয়ানবু ফ্রান্সগী ক্রান্তীকারী সবকারনা অঙাওবনি হায়না চিঠিদমক ইতুনা, কাচিন অমদা শিরুরসন্নু হায়তুনা ইটালিদা লান তৌবা থাদোকখি। অতুবু, অতুগুমবা শিংলবা সরকার অতু অঙাওবা ককশু নেপোলিয়ান (Little Corporal) গী সংগিননা থক্তোক্লুনা তকখাইরগনি হায়বা কনানা খংখিবগে? চহি ২৫০ রোমদগী হেন্না খাগীগী মথক্তা নেৎতুনা পাল্লকলবা মানচু নিংথৌরেনশিংগী মপাল মক ফুক্তোরক্কদৌরিবা সান-য়াৎ-সেন (Sun yat sen) না অহানবা

থবক পাইথংলকপদা কনানস্তু ঙাওদে হায়থি।

তৌফম খংদ্রবতুনা, হিটলবনা থবক থিবা কোইনা চৎলমই। চংলু চংলুবদা যহুদি (Jew) শিংনা মপু ওইরম্মী। থবক ফংদবদগী মহাক জ্ঞান তাদ্রে। শোক ১৯১৪ গী লাঙ্গাও হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা সিফাই খনগে হোৎনকই। মতিক চাদে হায়তুনা লাম্মীদস্তু চংবা য়াদ্রে। লাঙ্গাও হৌবক্লবদা চুম্ন পাম্বদগী (Volunteer) লান য়াওরে। অহানবদদি অর্দালী ওইনা লৈ। লান শোক্লবদা মথৌনা ফবগীদমক য়োৎকী থ্বাইদগী অথোইবা ক্রস (Cross) অমা ফংই। লান অসিদা মহাক কোরপোরেল (পিতা অনি ফংবা) দগী তেল্লা কাখিদে। নেপোলিয়ানবুস্তু কোরপোরেল অনেম্বা (Little corporal) হায়না খংনৈ।

শোক ১৯১৭, নবেম্বর তাং ৭ তা রুসতা হৌবকপা অন্দোলন অদুগী ফল ওইনা বাবেরিয়া (জর্মনীদা) শোক ১৯১৮ হৌগৎলকপদা যাম্না লাংলমই, সিফাইশিং অদু লান শোক্লৌ হায়বা য়াবক্লে। সিফাই মযাম্নু থেমাজনবগী থবক্তা হিটলর অসি য়াম্না হৈনৈ অমস্তুং ঙাংবা কৈ। মরম অদুনা মহাক আফিসার অমা ওইবে।

লান লোইববা মতুংদা মহাক লাম্মীদগী থবক তোক্লে। মহাক্না থাজবমই— জর্মনীগী লাম্মী মাইথিখিদে তৌইগুম্বস্তুং জর্মনীগী দলশিং সোসিয়েল ডেমোক্রেট অমস্তুং কম্যুনিষ্টন। লৌনম তৌতুনা জর্মনীবু মাইথিবা ফংহনবনি। লৈরিবা দলশিং অসিদা চংনিংদ্রবতুনা মহাক অতোপ্পা দল অমদা যাওই।

মহাক্না য়াওগদৌরিবা দল অসিগী মমিং জর্মন লেবর পার্টি (জর্মনীগী শিন্মী কাংলুপ) কৌই। পার্টি অসি মী ৬ না শাবনি। হৌজিক শোক ১৯১৯ দা হিটলর য়াওবক্লুনা মী তবেৎ শুরে। হিটলরনা মকোক ওইনা থবক তৌরে অমস্তুং দল অসিগী মমিং নেসনেল সোজ্যালিষ্ট হায়না থোল্লে। মতম অসিদা জর্মন লৈবাক অসি সোসিয়েল ডেমোক্রেট, কম্যুনিষ্ট পার্টি অমস্তুং কেথোলিক সেন্তর

পার্টি ; হায়রিবা দল অহুম অসিনা লুচিংই। হিটলরগীদি মী তরেৎকী দলনি অতুগা অতৈ খুদিংমক্তি মী লাখ কুয়া কয়া য়াওরী।

হায়রিবা দল অসি হিটলরনা কন্না শেমগৎলুকই। দল অসি অসম্বীদা নাজী পার্টি হায়না খংনরে। খুদমনা স্বস্তিকা য়েকপা ফিরালনী। শোক ১৯২৩ দা নমতুনা সরকার থুগাইগে তৌরুবদা মহাকপু ফাতুনা লেণ্ডস বর্গ লানবন্দা থা ১৩ লৈখি। মতম অসিদা মাগী ম্যোন কেম্ফ ( Mein Kampf ) হায়বা লাইরিক অতু ইখি। লাইরিক অতু পাবদগী জর্মনীগী মীয়াম্না মাবু য়াম্না য়ানরক্লে। শোক ১৯২৯ দা নাজী পার্টি অসি মী ১৮০,০০০ শুরে। শোক ১৯৩০, সেপ্তেম্বরদা নাজী পার্টি অসি ভোট ৬৫০,০০০০ ফংই অমসুং সিট ১০৭ ফংই।

শোক ১৯৩২ গী জলাই থাদা মীখল অমুক তৌখি। নাজী পার্টিনা ভোট ১৩,৭৩৩,০০০ ফংই অমসুং সিট ২৩০ ফংই। হৌজিক হিটলর মন্ত্রীমণ্ডলদা সিট অমা ফংলে। শোক ১৯৩৩ গী জানুৱারী তাং ৩০ দা জর্মনীগী প্রেসিডেন্ট ভোন হিনডেনবর্গনা হিটলরবু চান্সেল্লর হাপলে। চান্সেল্লরগী ফম অসি প্রধান মন্ত্রীগুম্বনি। চহি অসিগী মনুংদা জর্মনী রাষ্ট্র সঙ্ঘ ( League of Nations ) দগী তোক্লে। শোক ১৯৩৪ দা প্রেসিডেন্ট শিরহুনা হিটলরনা প্রেসিডেন্টগী ফমসু শুপচিল্লে। হৌজিক মহাক জর্মনীগী অশুপ্পা মপু ওইরে। মহাক্না তৌনিংবা থবক তৌবা য়ারে। মহাক (ফুহরর) লুচিংবা হায়না খংনরে। নাজী পার্টিগী খ্বাইদগী খুদোংথিবা থোক্কদোরিবা দলদি কম্যুনিষ্ট পার্টিনি। নাজী থরবু কম্যুনিষ্টগী বেজ থেৎচিল্লগা জর্মনীগী পার্লিয়া-মেন্ট (Reichstag) মৈ থাহল্লে। মতুদা মরান পিশিন্দুনা কম্যুনিষ্ট পার্টিবু নমথরে, লুচিংবশিংবু জেলদা থমখ্রে। মথংদা সোসিয়েল ডিমোক্রেত, অতুদগী কেথোলিক সেন্তর পার্ট্রি, অকোনবদা নেশনেলিষ্ট পার্টিবু নমথখি। জর্মনীদা নাজীগী য়েক্নবা ওইবা পুম্নমক নমথখ্রে। করিগুম্বা খবর কাগজ অমতদা নাজী পার্টিবু হুনবা য়াদ্রে। শোক

১৯৩৫ গী মার্চ তারিখ ১৬ তা নন্নতুনা সিফাই খলহনবগী নিয়ম চংলগনি হায়না লাওথোক্লে। চহি অতুগী এপ্রিল থাদা ভারসাইলসগী সন্ধি ইল্লরোই হায়না লাওথোক্লে। রাষ্ট্র সঙ্ঘ করিসু তৌবা ঙমদ্রে, তুমিন লৈপ্রে।

হৌজিক জর্মনী অসি হিটলবনা পুনিংবা মওংদা পুরকপদা মী অমতা মেক-মাক লাওবা ঙমলকখিদ্রে। মীয়ামগী রাজ লিংথংকম থোকই হায়তুনা শোক ১৯১৮ গী নবেম্বর তারিখ ৯ দা প্রজাতন্ত্রগী ফিরাল বালিন কোন্নুংদা হায়গৎখি। মুমিং অসিদা জর্মনীগী নিং-থৌরেন কাইজড় উলহেলম হোলেণ্ডদা লোন্না চেনখ্রে, হৌজিক হোহেন জোলর বংস মরা ফুকখ্রে। প্রজাতন্ত্রদগী হেনবা অতোপ্পা শাসন লৈত্রবনি, মতুংদসু লাক্লরোই। অদুবু, মীগী মরা তারোই মাগীদা তাগদনি, লম হেল্লগা নোংমৈ গুলি পিজগনি হায়বা তমখিরবা হিটলর অসিগী মখুত্তা জর্মনীমা করিগীদমক শাসন শিন্নকুবা ? মসি অতৈগী মরান নত্তে জমন প্রজাশিংনা শোয়খিবনি। প্রজারাজ পুরক্লুবা, ফ্রান্সনা নিংথৌবেন লুইসবু হাংলগা মঙোন্দগী হেন্না তমখিরবা নেপোলিয়ান্দা শাসন শিন্নখি, রুসকী জারবু হাংলুরগা প্রজারাজ পুরকপদি লাইবতুনা লেনিনগী মখুত্তা শুপ্পম শাসন তাখি। প্রজাগী শক্তিবু সেবান্নবা শিজিন্নতুনা প্রজাবু হাংলগদৌরিবা মীওই মশক খংহৌদবদগীনি।

হিটলবগী খ্বাইদগী তমখিবদি যহুদিশিংবু লাক্লবনি। শোক ১৯৩৫ দা ইটালিগী রাজদূতকা বারী শানবদা চহি তরাগী মন্নুংদা জর্মনীদা যহুদি অমা কাণ্ডবা লৈবরোইদবনি হায়না হায়খি। মহাক্না যহুদিশিংবু কা হেন্না য়েংখিবগী মরমদি অসি ওইরম্বা য়াই—নাজী পার্টিনা য়াম্না কিবিবা নমথরবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ফিদম অসি ডাসকেপিটেল হায়বা লাইরিক অদুনি। হায়রিবা লাইরিক অসি কার্ল মার্কসনা চহি ৪০ চংনা ইরম্বনি। কার্ল মার্কস অসি যহুদিনি। অতোপ্পা অমনা, হিটলরনা য়াম্না নংলিঙৈ, থবক ফংত্রিঙৈ

মতমদা থবক নিবা চংজরুবা মীওইশিং অতু যহুদি ঙাক্না ওইনা তৌই, থবক পিরক্তে। মরম অতুনা রাজনিতিগী থোংদগীনে, লনাই য়েংথিবনে অনিসিনা মরম ওইতুনা হিটলরনা যহুদিশিংবু য়েংথিবা ওইরমগনি।

যহুদিশিং অসি উকিল, বিজ্ঞানিক, ডাক্তর অমসুং অচৌ অচৌবা কারবারগী মীওই ঙাক্তনা অয়াম্বনি। হৌজিক মখোই অফবা ফম অমতা পায়হল্লে। লিশিং ২ ফাতুনা পুলপ ২ থাজিন্দুনা (Concentration Camp) থমখি।

হিটলর চুরুট থক্তে, য়ু থক্তে, শা হেনবা কুইরে। মহাক্না অঙকপা ফংনা লাইরিক পাখি। লাইরিক অয়াম্বা থুনা ২ পাই, খংজিনবনা হেল্লী। মীনা উবা ফংদবা মরম মহাক্না হেক ২ উই। মহাক্কী পানবা লাইরিক ১৬,৩০০ শুই। খুবাক্কী অমসুং পাঞ্জীগী লাইরিকশিং অতু য়াম্না থৱাই য়াওনা পারমই। খুবাক্কী মরমদা ইবা লাইরিক্না খ্বাইদগী হেন্না পুক্লিং চংনা পারমই।

অঙকপদি, পৃথিবী মাংহন্নবা জর্মনীগী থৌওং অসি বিলাতনা য়ানিংদবগী খুদম অমতা উৎখিদে। শোক ১৯৩৫ গী জুন থাদা জর্মনীগা বিলাতকা ঈশিং লানগী মরমদা সন্ধি তৌনখী-নাভালপেক্ট।

শোক ১৯৩৬ মার্চ তারিখ ৭ তা হিটলরনা রাইনলেণ্ড অমুক হন্না লৌশিল্লে। রাইনলেণ্ড অসি ভারসাইলস সন্ধীগী মতুং ইন্না মিত্র শক্তিশিংগী মথাদা লৈরম্বনি। শোক ১৯৩৮, মার্চ ১৩ দা অস্ট্রিয়া খোপচিল্লে। মথংদা চহি অসিগী ওক্টোবর থাদা জেকোশ্লোভেকিয়াগী জর্মন কাংবুনা খুন্দাবা সডেটেন লেণ্ড অতু লৌশিল্লে। লৌশিনখ্রিবা লম অসি জেকোশ্লোভেকিয়াগী মরুপ ওইরিবা ফ্রান্স অমসুং বিলাত অনিনা হিটলরগী মীচং ওইথিতুনা থোকখ্রিবনি। অশোনবা মীগী মীচং লৈতে, অকনবনা হায়বতনা অচুম্বনি। মতৌ অসুমনা চেম্বরলিন, ডাডালিয়র, হিটলর অমসুং মুসোলিনি মখোই ময়াম অসিনা পুন্দুনা মুংনিচ সন্ধি তৌখিবনা জেকোশ্লোভেকিয়াগী

মখোং মখুৎ ককথৎখি। শোক ১৯৩৯, মার্চ ১৩ দা জেকোশ্লোভে-কিয়া লৌশিনবা লোইখী। চহি অসিগী মার্চ ২১ দা ডেনজিগ জর্মনীনা ফংফম থোকই হায়রে। অস্তুম তৌদুনা লাঙ্গাওগী মমিনা পৃথিবী অসি শিনবা থুংখ্রে। তৌইগুম্বস্থং হিটলরনা তৌরক্লিবা থবকশিং অসি ভারসাইলস সন্ধিনা থোকহনবনি।

২শুবা পন্দুপ

# পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাও হৌবা

হিটলরনা পোলেণ্ডদা লান্দারগে হায়না খল্লে। লান তৌবা য়াননবা মরম খরা হেক্তা পিশিল্লি। হায়বা ইন্দে হায়দুনা পোলেণ্ডদা লান্দারে। শোক ১৯৩৯, সেপ্টেম্বর ১বগী অয়ুক পুং ৪-৪০ তাবা মতমদা জর্মনীনা পোলেণ্ডদা লান তৌরগনি হায়না লাওথোকই। মহাক্কা লাওথোকপা মতম অতুমক্তদা হাল্লা শিন্দুনা পোলেণ্ডগী সিমনাদা বোম থাদনবা প্লেন ঙংদুনা লৈখ্রে। পোলেণ্ডগী এরোড্রোমদগী প্লেন পাইখৎপা নংহৌদে, তোপ কাপ্পা মী অমতা মাগী ২ মফমদা চংহৌদে, মী পূম্নমক তুম্নরি। মওং অসিদা খংহৌদনা বোম থাদদুনা পুং ৩গী মনুংদা পোলেণ্ডগী থক্কী লান্মী পুমতোই তোইখি।

সেপ্টেম্বর ৩ দা ইংলেণ্ড অমসুং ফ্রান্স অনিনা জর্মনীগী মথক্তা লান তাবগনি হায়না লাওথোক্লে।

রুসনসু সেপ্টেম্বর ১৭ তা পোলেণ্ডগী নোংপোক্লোমদগী লান তাশিল্লক্লে। রুসকী লান্মীনা পোলেণ্ডগী লান্মী ১০,০০০ কাপদুনা হাৎখ্রি। জর্মনীগী অকিবা ফংলবা লান্মী অতৎ অথম লৈতনা যুজিল্লকই। জর্মন লান্মীনা পোলেণ্ডগী সিফাই ৪৫০,০০০ ফাবে, তোপ ১২০০ লৌরে, মাংহনখিবগা, লৌশিনখিবগা ঙম্নমক্লা প্লেন ৮০০ নি। মুমিং ১৮ শোক্লববা মতুংদা পোলেণ্ডগী লান্মী ব্রিগেড অমা ফাওবা মওং চানা লৈখিদ্রে।

পোলেণ্ডগী কোন্নুং রারসো অসি সেপ্টেম্বর ২৭ ফাওবদি য়েক্লবগী মথুক্তা তাহল্লমদে। তৌইগুম্বসুং সেপটেম্বর ৩০ দদি জর্মনীগী মখুক্তা তাখ্রে। পোলেণ্ডগী অশিবা অমসুং অশোকপা ৪০,০০০ দগী তাদে, লান্মী ৬৯৪,০০০ বন্দি ওইখি। পোলেণ্ডগী নোংপোক্কী স্কবার

কিলোমিটর ২০০,২৪০ রুসনা লৌগ্রে, অদুগা জর্মনীনা লেমহৌবা স্কয়ার কিলোমিটর ১২৯,৪০০ লৌখি। অসুম ৎতৌদুনা য়াম্না তুঙ্কচরবা মওংদা রুস অমসুং জর্মনীনা পোলেণ্ডবু হাৎলগা য়েন্নদুনা চাখি।

## ফ্রান্স অমসুং ইংলেণ্ডগী খোংচৎ

সেপ্টেম্বর ৪ দা রোয়েল এয়ারফোর্সনা জর্মনীগী লানগী জহাজ-শিংদা বোম থাদখি। অক্টোবর ১১ দা বৃটিশগী লাম্মী ১৫৮,০০০ ফ্রান্সদা থারকলে। ডিসেম্বরগী মনুংদা ফ্রান্সকী লাম্মী ১,৪৩৩ শিরে।

## ফিনলেণ্ড, নোরৱে, হোলেণ্ড অমসুং বেলজিয়ম

নবেম্বর ৩০ দা ইথা থাক্সদনা রুসনা পিক্লবা, শোল্লবা, ফিনলেণ্ডদা লান্দারে। রুসকীনা লাম্মী ১,৫০০,০০০, টেঙ্ক ৯০০০, প্লেন ১০,০০০, অদুগা অতোপ্পা মাইকৈ অমবোমদনা শুপ্পগী লাম্মী ৩৩,০০০, টেঙ্ক খবদং, প্লেন ৬০, অমসুং তোপ ২৫০ অসিনি। নাতৈ য়াম্না চানদে। ১৯৪০ গী মার্চ ১০ গী মনুংদা ফিনলেণ্ড লৌশিনখ্রে।

শোক ১৯৪০, এপ্রিল ৯ দা জর্মনীনা নাবরেদা লান্দারে অমসুং মে থাগী তারিখ ৩ ফাওবগী মনুংদা জর্মনীগী মখুৎতা নাররে তাখ্রে। অসুক থুনা য়েক্লবগী মখুৎতা তাখিবগী মরমদি নাবরেগী মেজর ভিডকুন কুউসলিং ( Major Vidkun Quisling ) হায়বা নুপা অসিনা য়েক্লবগী খুনেক্তা থবক পাযখৎলম্বদগীনি। নাররেবু ভাক্লবা নিংথিনা হোৎনহৌদবগী মরম্না বৃটিশকী প্রধান মন্ত্রী চেম্বরলিন মে থাগী তারিখ ১০ দা তোকখ্রে, মুমিৎ অসিমক্তদা চরচিলনা বিলাতকী প্রধান মন্ত্রী ওইখি।

বিলাতকী প্রধান মন্ত্রী চরচিলনা ওইবা মুমিৎ অসিমক্তদা জর্মনীনা হোলেণ্ড অমসুং বেলজিয়মদা লান তাখি। মে থাগী তারিখ ৯ নি, নোংয়াই মতুংদা ( তারিখ ১০ দা ) হোলেণ্ডগী মথক্তা প্লেন য়াম্না ঙংখি, ভাইহাক লৈরগা এরোড্রোমদা লান্দারমই, অদুগা

খুদক্তা পেরাচুট লান্মী থাদরকই। হোলেগুগী প্লেন ১২ দমক মঙাইরক্লে তারিখ ১৪ দা জর্মনশিংনা খংহনলমই মতুংদি থুনমক দতচশিং ( হোলেগুগী মী ) না লান লেপত্রবদি রোট্টরদম (হোলেগুগী কোল্লুং ) অমস্থং উট্রেতচদা বোম থাদদুনা পুমতোই তোইহল্লগনি অদুবু মশানা লেপচরগে হায়রগদবা লৈরবা অদু ফাওবদা লেপলগে হায়না থাগ্রিবা পাও অদু য়োরকত্রিঙৈগী মরক অদুদা প্লেন ৫০ মুক্না বোম থাদরক্লে। মে থাগী তারিখ ১৪ দা হোলেণ্ড লৌরে। জর্মন-শিংনা হায়খিবদি হোলেগুগী মী ৩০,০০০ হাংখি, অদুগা ২০,০০০ শোকখি।

হোলেগুদা লান তারকপা মতম অদুমক্তদা বেলজিয়মদস্থু জর্মনীনা লান তাখি। মসিগী মওং অসিস্থু হোলেগুগী অদুগুমই। মে তারিখ ১৩ দা বেলজিয়ম লৌশিনখ্রে। জর্মনশিংগী মকুওইবা লানওংদি— অহানবদা প্লেন নেম্না পাইরক্লুনা অংকোইবদু বোম থাদরকই। অস্থুন্না তোপ কাপ্রশিং অদু কোমদা চংহনলি, মথংদা লান্মী পুন্নমক কোমদা লোংখিনবা নেম্না হুমথবা বোম পুবা প্লেন, অমস্থং মেচিনগন কাপশিন্নবা ফাইতব ময়াম লাকই, অদুদগীদি খুদক-তুদা পেরাচুট লান্মী এরোড্রোমদা থাদরকই। কোমদগী থোরকপদদি জর্মন লান্মীশিংনা তোমীগন (নোংমৈ জাং অমা) পায়দুনা চিংদনা ঙাইরমলে।

## ফ্রান্সদা লান্দারকপা

জর্মনীনা নমথনিংলিবা দেশশিংগী মনুংদা ফ্রান্স অমস্থং বিলাট অনি অসি য়াম্না মপাঙ্গল কমবা শক্তি ঙাক্তনি। শোক ১৯৪০ গী মে তারিখ ১০, অয়ুক পুং মরি মথাই তাবা মতমদা বৃটিশকী হেড কারটর ( মরু ওইবা ওফিস লৈফম ) অরাস ( Arras ), এলাইড (জর্মনীগী মাইয়োক্তা লৈবা শক্তিশিং) কী মরু ওইবা মফম কয়ামুক অমস্থং এরোড্রোমশিংদা জর্মনীনা বোম ঙক্না থাদখি। মতম অসিদা ফ্রান্সকী লান্মী ডিবিজন ১০২ লৈ, মসিগী মনুংদা ডিবিজন ৩২ দি

রিজার্ভ ওইনা থম্মী। জেনেরেল বিলোটকী মথাদা ডিবিজন ৪০ জেনেরেল প্টালাটকী মথাদা ডিবিজন ২৬, জেনেরেল বেসনগী মথাদা ডিবিজন ৩৬ লৈ।

ফ্রান্সকী মায়োক্তা থৌজল্লকইবা জর্মনশিংগী শক্তিসু অণ্ডকপা ফংনা কল্লি। ফিল্ড মার্সেল ভোন — রন্সটেডটকী মথাদা আর্মী অনি—ভোনক্লুগ অমসুং ভোন লিষ্টগী কমাণ্ডদা; জেনেরেল ভোন ক্লাইষ্টগী মথাদা কোব (Corps) অনি—জেনেরেল রেনহার, সডট অমসুং জেনেরেল গুডেরিনগী কমাণ্ডা, জেনেরেল বুচকী মথাদা আর্মী অমা, জেনেরেল রোমেলগী মথাদা তোঙানবা পেঞ্জর (টেঙ্ক) ডিবিজন অমা।

মে তাবিখ ১৩ গী নুংথিল পুং ৩ তাবা ফাওবগী মনুংদা ফ্রান্সকী ফিবম য়াম্না থিনা শোক্লমই। অতৎ অথম লৈতনা জর্মনশিংনা বোম থাদরমই। মথংগী নুমিৎ তাং ১৪ গী অযুক্তা মিউজ তুবেন্দা থোং শাবা লোইদুনা জর্মন লান্মী তবশিল্লক্লে।

জুন তাবিখ ৯ দা ভোন বন্সটেডটগী লান্মীশিং অদু ময়াইদগী ফুজিল্লকই। অস্তম তৌদুনা ফ্রান্সকী লান্মীশিং অদু মচাই ২ তৌনবা অমসুং পেবিস কোন্নুং লৌদুনা ফ্রান্সকী ফাওরবা মেজিনেট লাইন (Maginot Line) অদু পুম্লোই লোইশিন্নবা জর্মনশিংনা লাক্লমই। জুন তাবিখ ১৪ দা জমনশিংনা ফ্রান্সকী কোন্নুং পেরিস লৌশিল্লে। জুন তাবিখ ১৭ তা ফান্সকী মপাঙ্গল পুমহিক হিকথরে। ১৯৪০ তারিখ ২২ গী নুংথিল পুং ৬-৫০ দা খুৎলাই লেপ্পবগী ৱারেপ (Armistice) তাখি। ৱারেপ তানবগী সহী অসি শোক ১৯১৮ নবেম্বর ১১ দা জর্মনীবু মণ্ডক নোলহন্দুনা খুৎলাই লেপ্পগী সহী তৌহনখিবা মফম অদুদনি। জর্মনীনা ফ্রান্সকী মথক্তা মপুক পেন্না লমন খুমখ্রে। ফ্রান্সগী লান অসি শোক ১৯৪০, জুন ২৫ গী নুংথিল পুং ১-৩৫ দা পুমলোই লোইশিনখ্রে। জর্মনীগী মী ২৭,০৭৪ শি, মী ১১১,০৩৪ শোকই অমসুং মী ১৮, ৩৮৪ মাংখি।

ইউরোপ মহাদেশদা অসুক কল্লবা ফ্রান্সকুম্বা শক্তি অসি জর্মনীনা অসুক থুনা লাকশিনখিবগী মরমদি খুৎলাই মতিক চাদবা, থক্কী লাম্মী শোনবা, লুচিংবা শোনবা, রাজনীতিগী নমথাক, মাংদা হোচিন-বগী মহুত্তা ঙাকপগী নওংদা লৈবা, লান শোক্লগে হায়না হোৎনদবা অসিনচিংবা।

জর্মন লাম্মিগী অঙকপা ফংনা ফগৎলবা অমসুং অরাৎপা লৈত্রবা খুৎলাইনা লান্দাররুবদা ফ্রান্সকী লাম্মীনা শিজিন্নবা খুৎলাইদি য়াম্না মরাং কায়দবা মখন শুদবা, হান্নগী অরিবা মওংগী ওইনা ঙাক্কা তৌই। লান মশোরুসু মতমগা চুনদে। ফ্রান্সকী লানগী মতম্বীনা গুলী অমতনা শোয়হন্দনা য়েরুবা হাৎনবা হোৎনৈ। জর্মনীগীনা মেচিনগন্না পংকাপ কাপশিল্লগা মরাইনা পাঙনী হায়বগী মওংদা চৎথৈ। জর্মনীগী অচৌবা টেঙ্ক মার্ক III অমসুং মার্ক VI শিংগী মমাংদা এলাইজগী মতিক চাবা খুৎলাই অমতা লৈরমদে। জর্মন-শিংগী মিলিমিটর ৮৮ গী তোপনা এলাইজগী লানবন অমসুং টেঙ্কশিংবু য়াম্না কোম্না ২ কাপথাইরমই। প্লেন মশিংদা, মথনদা অমসুং ফবা, য়াংবা হেনবদা জর্মনশিংনা য়াম্না হেল্লমই। পুন্নমক্কী মথক্তা ফ্রান্সগী লাম্মীগী লুচিংবশিংনা ল্যাম্হোং শিনবা হৈখিদবনি। ফ্রান্সকী রাজ-নীতিক লুচিংবশিংগী মরক্তা পুকচেন শেংনখিদে, মুন্না খন্থখিদে। মরমশিং অসিগা লোইনা লোইননা, ফ্রান্সকী লাম্মীশিং অসি চুম্না ঙাকপগী ফিবমদা লৈবা, মাংদা চংশিনবগী মওং তৌদবা অমসুং লান শোক্লগে হায়না খন্দবদগী মাইথিবা ফংবনি। অতোপ্পা মরম অমনা ফ্রান্স অমসুং বেলজিয়মগী লাঞ্জেনবা মী করোরমুক্কা লম্বীদা অতৎ অথম লৈতনা চৎপনা লানগী থবক চৎথবদা য়াম্না অপনবা ওইথি।

ফ্রান্সগী মেজিনোট লাইন হায়না কৌবা জর্মনীগা তাইনবা ঙমখৈদা চেক, মুং চন্দুনা শুরুং ওইনা শাংনা শেনগ্রবা, অফ অফবা খুৎলাই প্পাইবা লাম্মীনা মতিক চানা থমগ্রবা অদুবু জর্মনীনা লাক-শিনবা ঙমগনি হায়বা থাজখিদে। মসিনা জর্মনশিংবু ঙাক্লনবগী আশা

ওইরম্মী। তৌইগুম্বস্তুং হায়রিবা মেজিনোট লাইন অসিগী মরমদা হাল্লনা হিটলরনা কুপ্পা য়েংশিনখি। শাংলবা চিনাগী চেকপনগুল্লবা লানবন অসিগী মরমদা অশোইবা তাকপা ফ্রান্স লোন্দা ইবা লাইরিক অমা হিটলরগী মখুৎতা তাথী। মদু মহাক্না জর্মন লোন্দা হন্দোক-হন্দুনা মুল্লা পারগা, মতৌ করম্না লানবন অসি লাইনা লৌবা য়্যাগদগে হায়বা মওংদা নিংথিনা শেম শাথী।

৩ শুবা পন্দুপ

## ইংলেণ্ডগী লান।

বিলাততা লান তারকপা অসি শোক ১৯৪০ গী আগষ্ট ৮ দা হৌথি। বিলাতকী খা নোংপোক থংবা শরুক্তা নুমিৎ অসিদা জর্মনীগী প্লেন মখল মখল পাইরক্লনা বোম হৈথথী। মতম অসিদা বিলাতকী ফিবম য়াম্না ফত্তে। এরুবা ঙাক্লবা মতিক চানা শেম-শাদ্রি। জর্মনশিংগী লান অদু ঙাক্লবা বিলাতকী প্লেন খরদমক লৈরমই। জর্মনশিংনা মরু ওইনা বিলাতকী ঈশিং লানমীগী শক্তি থুদেক্লবা, রোয়ল এয়ার ফোর্সগী পাঙ্গল থুদেক্লবা, এরোড্রোম অমস্তুং জহাজ-হিথাংফমশিংবু মাংহন্নবা হোৎনরকপনি।

আগষ্টকী তারিখ ১২ দা জর্মনশিংনা ডোবরদা প্লেন ২০০, পোর্টস মাউথ অমস্তুং ব্রাইটকী ঈথৎতা প্লেন ১৫০ না লান্দাখি। সেপ্টেম্বরগী তারিখ ৭ তা জর্মন প্লেনশিংনা লণ্ডন সহরদা লান্দাখি। মৈরি অমস্তুং মৈথু অদু মাইল ২০ ফাওবা ঊবা ফংলমই। লণ্ডন সহরগী মথক্তা জর্মনশিংনা ৯৬ লক লান্দাথী। মসিগী মথংদা থ্বাইদগী তমখিবদি ডিসেম্বরগী ২৯ দা লান্দাখিবা অদুনি। হায়রিবা নুমিৎ অসিদা অকনবা বোম ৫০,০০০ অমস্তুং মৈগী বোম কয়া২ অঙকপা ফংনা লণ্ডনদা থাদখি। সহর অসিগী মপুন্সি অদু পুমলেপ লেপ্পবা মরু২ ওইবা মফমদা জর্মনশিংনা তমথখি।

সেপটেম্বর থাদগীদি জর্মনশিংনা বিলাততা পংহেন হেনজিনবা য়ারকত্রে। অতুম ওইনমক থক্কী লান অসি ওক্টোবর ১২ দা লেপত্রে। থক্কী লানগা লোয়ন-লোয়ননা ঈশিংদা জহাজ চংথোক চংশিন য়াদনবা ঈশিংদা শিজিন্নবা বোম (Magnettc mine) কয়া চাইথোক্লুনা থমখী।

হিটলরনা মতাং অসিদা য়েক্লববু তুনবা ফুহৌবগী মতম অমা লিংহনখি। মঙাক্লা ফ্রান্স জয় তৌরবা মতুংদা থা অসি পোথাদুনা লৈথোক্লুনা জুন থাদা বিলাততা হেক্তা লান্দারম্নবদি হিটলরনা ফজনা মাই পাক্লস্বা য়ানা লৈবনি। জুন থাগী মতম অতু ফাওবদি বিলাত অসি লানগী করিগুম্বা অমতা শেম শাদ্রিবগুম্বনি। থা অনিগী মনুংদা বিলাতনা লানগীদমক খুদোং চাখৎপা হৌখি মখুত্তো চৈ পায়-হৌদ্রবস্থ মমিৎনদি য়ৈননবা চৈ কদাইদা তারী হায়বা উগ্রে। চৈ য়াওদবা মী অমবু লাইনা ফুদৎপা ঙমই তৌইগুম্বসুং চৈ পায়রবা মী অমবু চৈ পায়বা মী অনিনা লাকশিনবা লুনা থোকই। বিলাতনা চৈ পায়দ্রিঙৈদা হিটলরনা লান্দারমলবদি লাঙ্গাও অসিগী ইতিহাস ওন্ন-তৈনবা ইচেন্দা থোক্লস্বা য়াবনি।

হৌজিক হিটলরনা পোলেণ্ড, নারবে, ডেনমার্ক, হোলেণ্ড অমসুং বলজিয়মবুদি লাইনা জয় তৌখ্রগা বিলাট—খ্বাইদগী মরু ওইগদৌরিবা দেশ—অসিবুদি করিগী অস্থক কুইরবা ফাওবদা ফল হেক তাদবগে ?

জর্মনীগী থক্কী লানমীগা লাম্বা পারিবা বিলাতকী এয়ের চিফ মার্সেল সার হিয়ুগ ডাওডিগ ( Sir Hugh Dawdig ), সি—ইন—সি ফাইটর কমাণ্ডগী মখুত্তো ফাইটর স্কাড্রোন ৫৯ দনক লৈরমই। অতুগা জর্মনলোমগীদি লান অসিগীদমক মেচিন ( প্লেন ) ২,৭৫০ রোম লৈ।

অতুম ওইনমক ডাওডাগকী থক্কী লানমীশিংনা জর্মনীগী থক্কী লানমীশিংদগী মেচিন হেন্না কাপথরমই মরমদি জর্মনীগী প্লেনশিং

অতুদগী বৃটিশকী প্লেনশিংনা হেন্না থুনা পাইখৎপা য়ারমই। মরু ওইবা অমনা সার রোবর্ট ৱাটসন-ৱাট ( Sir Robert wal son —watt ) না পুথোকপা রাডর ( Radar ) গী খুৎলাইনা জর্মনীগী প্লেন কদাইদা লাকইবগে অমস্তুং কদায় য়েৌরক্লবগে হায়বা হেক ২ খংলমই।

## অরাং আফ্রিকাগী লান।

শোক ১৯৪০, জুন ১০ দা ইটালিনা জর্মনগী মাইকৈদা তোংতুনা লান য়াওই। জর্মন, ইটালিগী মাইকৈ অসি এক্সিস হায়না খংনৈ। ইটালিনা লান য়াওরকপা মতম অসিদা মিডল ইষ্টতা ( পারসিয়া, ইরাক্‌চিংবা লম ) বৃটিশকী সেনাপতি ৱেভেলগী কমাণ্ডা সিফাই ৮২,৭৭৫, ব্রিগেড অনিনা শাবা টেঙ্ক ডিবিজন অমা লৈরমই।

ইটালিনা লান য়াওরকপা অসিদগী ভুমধ্যসাগর অসি বৃটেনগী চৎথোক চৎশিন্দা য়াম্না অপনবা অমা ওইরে। করিগুম্বা ইজিপ্ট ( মিসোর ) অমস্তুং সুয়েজগী খোং অসি এক্সিসকী মখুত্তা তাগ্র-বদি মিডল ইষ্টকী কমাণ্ড অসি বৃটিশকী খুৎতগী চৎথ্রগনি অতু ওইরবদি বৃটেনগী লানগী দরকার ওইবা মচাকশিং অতু নোংপোক-লোমগী সম্রাজ্যদগী পুবকপা য়ারোইদৌরি।

মরম অতুনা ইটালি অমস্তুং বৃটিশ অসি মাইকৈ অসোমদা থেং-ৱকপা মশানা তাবনি। জেনেরেল ৱেভেলগী মাইয়োক্তা ইটালিগী মার্সেল ইটালো বালবো অমস্তুং ওস্তাগী ড্যাক ; অনি অসিগী মখাদা লাম্মী ৪১৫,০০০ লৈবমই। সেপটেম্বর থাদা লিবিয়াদা ইটালিগী লাম্মীগা বৃটিশকী লাম্মীগা লান শোক্লবে। জেনেরেল ৱেলভেগী মতেংদা অফবা টেঙ্ক য়াম্না থারকপদগী ইটালিগী খুবম থিরে। মসি লিবিয়াগী ১বা লানফম হায়না খংনৈ।

মতম খরা লেপলুরগা লিবিয়াগী লান অসি ওক্টোবর ২০ দা অমুক হন্না তৌনৈ। ওক্টোবর ২৮ দা ইটালিগী লম আলবা-নিয়া (ভুমধ্যসাগরদা ) দগী মুসোলিনিনা গ্রীসতা লান্দাই। মসোমগী

লানথোং অসিগীদমক জেনেরেল ৱেভেলনা আফ্রিকাগী লান অসি মতম খরা তুমিন্না লৈখি অমস্তুং গ্রীসরোমদা থবক শিন্নবা হোৎনখ্রে।

মতম খরা লৈরগা লান অহু অমুক হন্না শোক্লখি। সিডি বারানিদা শোক্লখিবনি। মুমিৎ মঙানি শোক্লে। ১৯৪০, ডিসেম্বর ৭ তগী ডিসেম্বর ১১ ফাওবা। ইটালিগী লান্মী ৩৮০০০ বন্দি তৌখি, তোপ ৪০০ অমস্তুং টেঙ্ক ৫০ বৃটিশকী মখুৎতা তাখি। বৃটিশকী মী ১৩৩ দমক শিখি হায়।

হৌজিক অমূক ৱারদিয়া অমস্তুং টোব্রুকতা শোক ১৯৪১ গী জান্নুৱারী ৫ অমস্তুং ২২ দা লান শোক্লখি। মাইন (বোম মখন অমা) শেংদোকপা, তারা ককথৎপা অমস্তুং বোম কয়া ২ থাদদুনা কন্না শোক্লখি। ইটালিগী লান্মী ৭৫,০০০ ফাখি, টেঙ্ক অমস্তুং তোপ য়াম্না লৌখী।

অকোনবদা বেনঘাজী হায়বা মফম অতুৱাইদা অমুক্কা শোক্লখী। লানফম অসিদস্তু ইটালি মাইথিরে, বৃটিশকী মখুত্তা লান্মী ২০,০০০ বন্দি তাখ্রে অমস্তুং খুৎলাই কয়ামুক লৌখ্রে। অকোনবগী অসি শোক ১৯৪১, ফেব্রুয়ারী ৭ ফাওবদা লোইখি।

অস্তুম তৌনা লিবিয়াগী লানফম ১বা অমস্তুং ২শুবা অসি লোইশিনখী। মফম অহুমলক শোক্লখিবা লিবিয়াগী অনিশুবা লানফম অসি লানওং মখন মখন ওইনা শোক্লে। অহানবগী মওং অসিনা গ্রীসকী নিংথৌবেন আলেকজেণ্ডর অমস্তুং পারসিয়াগী নিংথৌরেন ডারিয়সগা অরবেলাদা শোক্লখিবা লানফম অদুগুম্বনি। লানফম অসি খৃষ্টনা পোকত্রিঙৈগী মমাং চহি ৩৩১, ওক্টোবর ১ দা শোকনখি। লান অসি আলেকজেণ্ডরনা জয় ওইখি। লানওং অসি অরবেলা ওপেরেসন হায়না খংনৈ।

মথংগীদা শোক্লখিবা অসি মাংলোমদগী অতৎপা লৈতনা ফুজিনবনি। অকোনবগী অহুমশুবা মওং অসিনা তুংলোমদগী ফুজিল্লকপনি। মওং অসি, আমেরিকাগী ফাওববা— পৃথিবীগী ওইনস্তু ফাওহুনা

লৈছোৗরগদবা—প্রেসিডেন্ট লিনকোলনগী মতমদা থোকখিবা সিভিল ৱার, (দেশ অমদা মশেল থৎনবা) গী মমুংদা জেনেরেল লী (Lee) গী লানফম অত্তুগুম্বনি। লান অসি চান্সেলরসভাইল (Chancellorsville) দা শোক্লখিবনি।

৪ শুবা পন্দুপ

# এবিসিনিয়া, য়ুগোশ্লাভিয়া অমস্তুং গ্রীস

জেনেরেল রেভেগী মথাদা লৈদুনা জেনেরেল কনিংহাম অমস্তুং জেনেরেল বিলিয়ম প্লাটগী কমাণ্ডদা লাম্মী ডিভিজন মরিনা মফম অনিদগী লান্দারকই। অমনা খারতুমদগী অমনা নাইরোবীদগী হৌরকই। মফম অনি অসি অতিয়াগী লম্বীদা মাইল ১,২০০ নি।

জেনেরেল বিলিয়মগী লাম্মী অসি শোক ১৯৪১, ফেব্রুয়ারী ১৯ দা খোংশানবা হৌই। লান অসি মার্চ্চ ৩ ফাওবা তৌনখী অমস্তুং জেনেরেল বিলিয়মা ডমখি। ইটালিগী জেনেরেল ফ্রুসী ( Frusci ) বু মাইথিবা পিবদা বৃটিশকী অশোকপা অমস্তুং অশিবা মী ৩,০০০ লোম ওইখি।

জেনেরেল কনিংহামগী লাম্মীসু জানুৱারী ২৪ দা তকখৎলকই। ফেব্রুয়ারী ২৫ দা মোগাডিসিও হায়বা মফম অদু লৌশিনখি। অস্তুম তৌদুনা ইটালিগী লাম্মীশিং অদু বৃটিশ সোমালিলেণ্ডদগী হন্দোকখি। মার্চ্চকী তারিখ ২৫ ফাওবগী মনুংদা হরার লৌশিনখি। এপ্রিলগী তারিখ ৪ ফাওবদা বৃটিশকী মী ১৩৫ শিখি। ইটালিগী লানমী ৫০,০০০ অমস্তুং লম স্কৱাব মাইল ৩৬০,০০০ বৃটিশকী খুত্তা তাখি।

এপ্রিলগী তারিখ ১৩ দগী কোম্বোলসিয়া চিংলক্তা হুমিং মঙানি লান শোক্লখী। লানফম অসিদা ইতালিগী লাম্মী ৮,০০০ বোন্দী তাখী। মেগী তারিখ ১৮ দা ইটালিগী জেনেরেল ওস্তাগী ড্যুকনা খুংলাই লেপখী।

অস্তুম তৌনা নোংপোক আফ্রিকাদা লৈবা ইটালিগী লম অসি জুন থা চংলকপা ফাওবগী মনুংদা বৃটিশকী মখুৎতা তাখী।

শোক ১৯৪০ ওক্টোবরগী মনুংদা জর্মনীনা রুমানিয়া লৌশিনবা লোইরগা শোক ১৯৪১ মার্চ্চ ১ দা জর্মনীনা বুলগেরিয়া অসি লৌশিনখী। শক্তি অহুম পুনশিন্নবা হায়বা সন্ধি অমা বর্লিনদা জর্মনী, ইটালি অমসুং জাপান পুন্দুনা শোক ১৯৪০, সেপ্তেম্বর তারিখ ২৭ তা তৌনখি। রুমানিয়াসু কাংবু অসিগী মনুং চল্লি। মরম অদুনা লান কৱিমতা তৌদনা জর্মনীনা রুমানিয়াদা চংখি।

হৌজিক মথংদা জর্মনীগী মমিৎ অসি যুগোশ্লাভিয়ারোমদা ওনশিল্লক্রে। শোক ১৯৪১ মার্চ্চ ১০ দগী মার্চ ২০ ফাওবদা জর্মনীনা যুগোশ্লাভিয়া অসি ফুদংখি অমসুং শক্তি অহুমগী সন্ধিদা য়াওহনখি। মমিৎ হুমনি লৈরগা জেনেরেল সিমোভিটচ ( Simo-vitch ) না লুচিংদুনা তৌনখিবা থবকশিং অদু থুগায়খি।

এপ্রিল তারিখ ৬ তা জর্মনশিংনা যুগোশ্লাভিয়া অমসুং গ্রীসতা মতম অমতদা লান্দারমই। তরানিথোইশুবা জর্মন আর্মি (ডিবিজন কয়ামুক্তা শাৰা লাম্মীগী খ্বাইদগী চাওবা তেঙ্গোন) পুদুনা মার্সেল লিষ্টনা সরবিয়া অমসুং মেসেডোনিয়াদা লান্দাখি। হৌজিক যুগো-শ্লাভিয়ানা তৌগদবা হায়ববু দেশ অসি কনবা নত্রগা মখারোমদা চিংদা ময়াম হন্দোকপা তাই। তৌইগুম্বসুং দেশ অসি কন্নবা কন্না হোৎনরুই। মদুগী ফল ওইনা যুগোশ্লাভিয়াগী লাম্মী ডিবিজন মরী জর্মনশিংগী মখুত্তা তাখ্রে। এপ্রিল তারিখ ১৭ তা যুগো-শ্লাভিয়াগী লাম্মী ডিভিজন ২৮ জর্মনশিংগী মখুত্তা তাখ্রে। জেনেরেল সিমোভিটচ, নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী ময়াম, মখোয় প্লেন্না চেনখে।

ঐখোইনা উরে, হান্নবা জর্মনশিংনা গ্রীসতা লান্দাখরে। যুগোশ্লাভিয়াগী লান লোইদ্রিঙৈদা জেনেরেল লিষ্টনা সরবিয়া অমসুং মেসেডোনিয়া (গ্রীসতা) দা হুমথখি। হৌজিক গ্রীস অসি জর্মনশিংগী মখুত্তা তাখরবদি এলাইড শক্তিগী অরুবা ফিবম অমা ওইগদৌরী। জর্মনশিংগী মখুত্তা গ্রীস অসি তাখরবদি খা-নোংপোক থংবা ইউরোপ অমসুং পেলেপোনেসসকী মরক্তা লৈবা কোরিনথ খোংগী থোং অদু

চিংনিংঙাই লৈত্রবা মরমদি—এখোয়না উরে যুগোশ্লাভিয়া জর্মনীনা লৌশিনখ্রে, আলবানিয়াদা ইটালিগী লাম্মী মতিক চানা পৈন্থনা লৈ, জর্মনীনা রুমানিয়া অমসুং বুলগেরিয়া লৌশিনখিবা অসিনা কৃষ্ণসাগর ( Black sea ) দা একসিসকী খুদোংথিবা থোক্কদবা অয়াম্বা থিংবা ঙমগনি। অসুম তৌন্থনা টর্কী ফাওবা একসিসকী নোংলৈ মুংশিংনা হুম্বা য়াই।

গ্রীসনা জর্মনশিংগী মখুত্তা তাথরবদি, ভূমধ্যসাগরগী ব্রাংমদা লৈবা আফ্রিকা অমসুং এসিয়াগী লমদা বৃটিশকী লেপফম ফংবা লুগদৌরি।

হৌজিক এখোই গ্রীসকী লান অসি য়েংলসি। আলবানিয়ারোমদগী ইটালিগী লাম্মী ঙাক্কবগীদমক অনিগী ঙমখৈদা গ্রীসকী ডিবিজন ১৪না শাবা আর্মী পৈন্থনা লৈ। ডিবিজন অহুম মখাই অমনা য়েংলোম মেটকসাস লাইন্দা লৈ, গ্রীসকী ডিবিজন অহুম অমসুং বৃটিশ আর্মী অমনা ওলিমপস চিংগী নোংপোক থংবা এজিয়ন সাগর ( Aegean sea) দগী ভেরিয়া অমসুং এডেসাদা, অদুদগী অব্রাংলোমদা য়ুগোশ্লাভিয়াগী ঙমখৈরোমদা পৈশিনখ্রি।

জর্মনশিংগী ফিল্ড মার্সেল লিষ্টনা শোক ১৯৪১ এপ্রিল তারিখ ৬ তা গ্রীসতা লান্দাবগী মরমদা হন্না ইখ্রে। লান্দাবা হৌবদা বোম য়াম্না থাদখি, প্লেন তাফম পুম্বা শিজিন্নবা য়াদনা জর্মনশিংনা বোম হৈথখী। বৃটিশ অমসুং গ্রীসকী লাম্মীশিং পুম্বা জর্মনশিংনা মথং ২ থুনা তকশিল্লকই। বৃটিশকী জেনেরেল ব্রিলসননা থারমো পায়লেদা মতম খরদং পম্বা য়ানবা হোৎনরমই, অদুসু য়ারকত্রে।

বৃটিশ অমসুং গ্রীসকী লাম্মিশিং অদু গ্রীসকী খ্বাইগী মখা থংবা লম পেলেপোনেসসতা পৈশিন্নবা লাক্লখিডৈদা ইথং থংহৌদনা তারিখ ২৬ তা জর্মন লাম্মীশিংবু থক্কগী থাদখি অমসুং খুদক অদুদা এথেনস অমসুং পেলেপোনেসসকী মরক্তা লৈবা কোরিনথ খোংগী থোং অদু

লৌশিনখিরমই। গ্রীসতা পুরকপা বৃটিশ লানমী ৫৭,৬৬০ গী ময়ুংদা লানমী ৪৩,০০০ পুথোকহৌই। তারিখ ২৭ তা জর্মনশিংনা এথেন্স লৌশিনগ্রে অমসুং সহর অসিগী মথক্তা স্বাস্তকা য়েকপা ফিরান হাইগৎখি।

৫শুবা পন্দুপ

# লিবিয়াগী অহুমশুবা লান অমস্তুং ক্রেট

আফ্রিকাদা ইটালিনা য়াম্না মওং চাদনা মাইথিখিবা অহুনা হিটলরনা মহাক্কী মরুপ মুসোলিনিবু মতেং পাংগে হায়না খনখি। জেনেরেল রেভেলনা গ্রীসতা লান্দানবা লাম্মী শিনবা হৌগৎলকপা মতম অহুদা জেনেরেল আররিন রোম্মেল লানমী পুহুনা ত্রিপো-লিটানিয়াদা থুংলরে। রোম্মেলনা থুংলবগা বেন ঘাক্টীদা জর্মন প্লেনশিংনা অঙকপা ফংনা বোম থাদখি।

শোক ১৯৪১ গী মার্চ্চ থা লোইরমদাইদা বৃটিশকী লানমী গ্রীস, টোব্রুক অমস্তুং মেকিলিদা পৈহুনা লৈরমই। মার্চ্চ ৩১ দা রোম্মেলনা লান্দাবা হৌখী। জেনেরেল পী নিম অস্তুম অস্তুম হন্দোক্লমই। বেল ঘাক্টী লৌশিনখ্রে। অস্তুম হন্দোরকপনা এপ্রিলগী তারিখ ৭ তা বৃটিশকী লাম্মী টোব্রুক্তা পৈরে। রোম্মেলগী লাম্মীনা বৃটিশকী লাম্মী কয়ামুক ফাজিনখ্রে।

হৌজিক বৃটিশনা টোব্রুক অসিদি কন্না ঙাক্লগে খল্লমই। মতাং অসিদা রোম্মেলসু ব্বারহুনা পোথারমই।

ঐখোয়না মমাংঙৈদা থেংনখ্রে, শোক ১৯৪০ গী নবেম্বর ১দা ক্রেট অসি বৃটিশনা ঙাকুনা থমখী। ইথৎ অসিদা বৃটিশকী লানমী ২৭,৫৫০ পৈশিনখ্রে অমস্তুং শোক ১৯৪১ গী এপ্রিল ৩০ দা মেজর জেনেরেল সার বারনার্ড ফ্রেবর্গ ( Major General Sir Bernard Freyberg) না লানমীশিং অসিগী কমাণ্ড লৌই।

জর্মনশিংনা শোক ১৯৪১, এপ্রিল ২০ দা ইথৎ অসিদা লান্দা-রকই। লান অসি জর্মনশিংনা 'মারকরী' হায়না খোল্লী অমস্তুং মার্সেল লীষ্টকী মখাদা চৎথৈ। হুদিং অসিগী অয়ুক পুং ৮ তাবা মতমদা জর্মন প্লেন্না অঙকপা ফংনা বোম থাদখি। খুদক্তা পেরাচুটনা

লাম্মী কয়ামুক থাদরকই। পেরাচুটনা লাম্মী থাদরকপসি গ্লাইডর ( মফম অমদা হেক্তো তাবা য়াবা প্লন মথল অমা ) না নম্মা শিজিন্নখি। মুমিং অসিদা জর্মন লাম্মী ৭,০০০ লোম থাদখি।

তারিখ ২১ অমসুং ২২ দা লান অসি কনশিনখি। গ্লাইডর চাম চামনা থক্কুগী লাম্মী থাদখি। তারিখ ২৬ ফাওবগী মতুংদা জর্মন লাম্মী ২০,০০০ ইথৎ অসিদা খোংদাগ্রে। শোক ১৯৪১, মে ৩১ দা বৃটিশনা ক্রেট থাদোকখি। বৃটিশকী ফাখিবা অমসুং শিখিবা লাম্মী ১৩,০০০ গুখী। লানফম অসিদা জর্মনশিংগী লাম্মী ১৫,০০০ রোম মাংখি।

## জেনেরেল ৱেভলগী লানওং মচা ২

শোক ১৯৪১ মে ১৫ দা রেভেলনা নোংচুপ থংবা মরুভুমিগী সোলুম (Sollum) অমসুং কেপুজো লানবন্দা ( Fort Capuzzo ) লান্দানবা হুকুম তৌখী। মাতু কান্নখিদ্রে। মরম অদুনা জুন তারিখ ১৫ দা অমুক থেংনখি। মসিমসু কান্নখিদ্রে। মতম অসিদা সিরিয়াদা জর্মনশিং হায়জিল্লক্লে। টর্কীরোমদগী য়েক্লবা ঙাক্লবা কন্না হোৎনবা তাবা মতাংনি। মরম অদুনা জর্মনশিং অসিবু তাম্হোক্লবা টোব্রুক্তগী অষ্ট্রেলিয়াগী তরেৎগুবা ডিবিজন অমসুং পেলেষ্টাইন্দগী ফ্রান্সগী লাম্মী হৌজিক সিরিয়াদা পৈশিল্লবে। ইরাক্তগী লানমী পুরক্লুনা সিরিয়াদা থোমজিল্লরে। অপুনবা লানমী অসি জুন ৮ দা লানগীদমক খোংশাল্লি। ফনা কন্না শোক্লরবা মতুংদা জুলাই ১৪ দা সিরিয়া অসি এলাইড কাংবুদা তাখি।

## হিটলরনা রুসতা লান্দাবা

হৌজিক ঐখোইনা উরে বিলাততা লান কন্না তারম্বদগী হিটলরনা ইজিপ্টলোমদা অমুক ইটালিগী মতেং পাংলকই। ইংলেণ্ডবু মাইথিবা পিননবগীদমক মহাক্না ঈশিংগী লানমী মতিক চানা শেন্নফম থোকপনি অদুসু তৌহোদ্রে। অদু নত্রগসু ফ্রান্স হেক লৌশিনবা লোইবগা ইংলেণ্ডদা লান্দারম্নবদি মতম অদুদা লানগী করিসু শেম শাদ্রিবা

ইংলেণ্ডবু লায়না মাইথিবা পিবা য়াবা অসি থল্লনিঙাইনি। অদুগা ইংলেণ্ডগা লান শোক্লরক্লবা মতম অদুদা আফ্রিকারোমদা বৃটিশপু মাইথিবা পিবা ওইথোক্লম্বনি। মরমদি জর্মনীগী মরুপ ইটালিনা আফ্রিকাদা মাইথিত্রিঙৈদা হিটলরনা ঙস্তানা—১৯৪০ গী নিংথমথা চংলকপদা—লানমী ডিবিজন অহুম মরীদং থাদহুনা ইটালিগী মতেং পাংলম্লগদি ইজিপ্ট অসি একসিসকী খুত্তা তারমগদবনি। অদু ওইরগদি ইংলেণ্ডবু মাইথিবা পিনবগী অচৌবা মচাক অমা ওইরমগদবনি।

হিটলরনা ওইহল্লিংবা মতম অদুদা ইংলেণ্ড অসি মাইথিবা পিবা ঙমখিদে অদুবু মহাক্না ইজিপ্ট অমসুং ইংলেণ্ড অনি অসিদা কল্লা হোৎনরমলবদি ইংলেণ্ড তুবা য়ানা লৈরম্বনি। মহাক্না মাদু তৌহৌদ্রে রুসরোমদা মমাই ওনশিল্লকলে। ইংলেণ্ড লোইশিল্লগা রুসতা লান্দাগে খল্লম্বা অদু রুস লোইশিল্লগা ইংলেণ্ডদা কোল্লা মাইথিবা পিবগী রাখন হিটলরদা চংথ্রে। ইংলেণ্ড অদু য়ৈনবা হৌরুরগা রুসপুস্ত অমুক কোন্নশিল্লুবসিনা হিটলরনা নাকন অনিমক্তা—নোংচুপ অমসুং নোংপোক—য়েক্লবা ঙাক্তা লৈহনখি। হিটলরনা খনখিবনা ইংলেণ্ডনা চপচানা মপাঙ্গল ফরক্তুনা রুসকী মতেং পাংলত্রিঙৈ অমসুং আমেরিকানা লান য়াওরকত্রিঙৈদা রুসবু লোইথোক্কে অসিনি। হৌজিক রুসকী লানফম অসি য়েংলসী।

হিটলবনা লানফম অসিগীদমক্তা লানমী ডিবিজন ২০০ দগী ২১০ ফাওবা শেম-শাখী। মসিগী মমুংদা প্লেন ৩,০০০ রোমনি। জর্মনশিংগী লানমীশিং অসি কাংলুপ অহুম থোক্লা থায়রমই। অমনা মার্সেল ভোন লিবকী মথাদা জেনেরেল বুচ, জেনেরেল কুচলর অমসুং জেনেরেল হুপনর লৈহনা থবক চৎথবা। অমনা মার্সেল ভোনবোক্কী মথাদা মার্সেল ভোন ক্লুগ, জেনেরেল স্ত্রাউস, জেনেরেল রেইচস, জেনেরেল গুডেরিন অমসুং জেনেরেল হোথ লৈহনা চৎথবা। অকোনবা কাংলুপ অসিনা মার্সেল ভোনরনস টেডটকী মথাদা

জেনেরেল তুলপনা গেল, মার্সেল ভোন রিচেনো, জেনেরেল ভোন স্কোবর্ট, জেনেরেল ভোন ক্লিস্ক লৈতুনা চৎথখি।

অসুম তৌনা জর্মন লাম্মী লাখ ৪০ দগী লাখ ৪৫ ফাওবা রুস্তা লান্দানবগীদমক্তা শেম শাখী। অসুক চাওনা শেম শাবা তেঙ্গোন অসি ইতিহাসতা করিগুম্বা মতমদসু থোকখিদ্রি।

শোক ১৯৪১ গী জুন ২২ নোংমাইজিং নুমিৎ অহিং পুং ৩ তাবা মতমদা হিটলরগী লাম্মীনা নাইমেন তুরেল ( Nieman river ) লাম্থোক্তুনা রুসতা লান্দাখী। হায়রিবা নুমিৎ অসিমক্তদা নেপোলিয়াম্না শোক ১৮১২ দা তুরেল অসি লাম্থোক্তুনা রুসতা লান্দাখি অমসুং ১৮১৫ দা মহাক্কী মঙাল অতু হায়থখি।

রুসকী প্লেন তাফমশিংদা জর্মনশিংনা বোম কল্লা থাদরমই। তারিখ ২৬ তা রুসকী অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল য়াম্না জর্মনশিংগী মখুত্তা তারমই। তারিখ ৩০ দা রিগা, মতুংদা গ্রোডনো, ব্রেষ্টলিটোবস্ক অমসুং মিনস্ক লৌশিল্লমই।

অতুম ওইনমক রুসকী লাম্মীশিংগী মথৌনা অঙকপা ফংলমই। জুলাই ১০ দা জর্মনশিংনা লান ঙমলগনি হায়না লাওথোকখি অমসুং মখোইগী মখুৎতা বোন্দী ৩২৩,০০০ লৈরে হায়খী। আগষ্ট ৭ তা জর্মনশিংনা লাম্মী ৩,০০০০ ফাজিল্লে হায়খি অমসুং মখোয়রোমগীসু মী য়াম্না শিখি। সেপ্তেম্বর ১দগী ১৪ ফাওবা অসি রুসকী লান্দা খ্বাইদগী তমথিনা শোক্লখিবা মতমনি। লানফম অসিদা জর্মনশিংনা রুসকী লাম্মী ৬৬৫,০০০ বোন্দী তৌথি হায়।

মার্সেল ভোন বোককী লাম্মী লাখ ১৫ শেম শাতুনা ওক্টোবর ২ দা মোস্কোগীদমক থৌজিনবা হৌখ্রে। থা অসিগী তারিখ ১৫ দা রুসকী কোনুং অসি য়োগদবা মাইল ৬৫ দমক মঙাইরে। অতুবু জর্মনশিংগী খ্বাইদগী খুদোংথিবদি থা অহুম ঙনখৎনা রুসতা নিংথমথা চংলক্লে। শোক ১৯৭১ ডিসেম্বরগী তারিখ ৫ দা জর্মন লাম্মীশিংনা মোস্কো য়োগদবা মাইল ৩৫ ফাওবা চংশিল্লমলগা মখা চৎথখিদ্রে।

মতম অসিদা হিটলরনা জর্মনীগী সেনাপতি মকোক অহু মক্ষম তাহনখি অমস্তুং মশামক্না কমাণ্ড লৌখি। ডিসেম্বরগী তারিখ ১১দা হিটলরনা লাওথোকখিবগী মতুং ইন্না মতম অসি ফাওবদা রুসকী লান্দা জর্মনীগী লান্মী ১৬২,৩১৪ শিখি, ৫৭১,৭৬৭ শোকখী অমস্তুং ৩৩,৩৩৪ মাংখী।

৬ শুবা পন্দুপ

# জাপান্না লান য়াওরকপা

## মতাং অসিদা জাপানগী ইতিহাস ভাইহাক নৈনসি

জাপান দেশ অসিনা নোংচুপ্লোমগা মরী লৈনরকপা অসি শোক ১৫৪২ দগীনি। চহি অসিদা পোর্টুগিজশিংনা জাপান্দা লাকখি। অদুদগী চহি ৯৯ লৈরগা শোক ১৬৪১ দা জাপান দেশ অসি পুমথিং থিংখি। মপান্দগীসু লাকহনখিদ্রে মন্নুংদগীসু মপান্দা চৎহনখিদ্রে। অসুম তৌনা চহি ২০০ দগী হেন্না জাপান অসি মওং অসুম্না লৈখী। কায়নথংদা শোক ১৮৫৪ দগী মপানগী মীগা মরী লৈনখিবনি। চহি অসিদা আমেরিকাগী কোমোডর পেরী (Commodore Perry) না লানগী জহাজ পুদুনা নমদুনা জাপান্দা চংলগা ললোন-ইতিক্কী সন্ধী তৌনখি। অসুম তৌদুনা নোংচুপকী ইচেন অসি জাপান্দা চংবা হৌখি। পোৎ মখল মখল শাবা হৌরে, মচাক ফংনবা অমসুং মচাক অদুনা শারগা পোৎশিং অদু য়োন্নবা মফম পুম্বা অসি লৈতবা য়াবক্তে। মরম অদুনা করি করি লম লৌশিনসিবা হায়না মমিৎ লাওনা পাংথোক্কুনা কোয়েং য়েংবা হৌরক্লে।

জাপান্না মফম কয়া কয়াদা লান তাখ্রে। শোক ১৯৩৭ জুলাই ৭ তা জাপান্না চিনাদা লান্দাখি। শোক ১৯৪১ জুলাই ২১ দা জাপান্না ইন্দোচিনা লৌশিনখী। জাপানগী লানগী শাজৎ অসি থিংনবগীদমক জুলাই থাগী মন্নুংদা আমেরিকাদা লৈবা জাপানগী পাউণ্ড ৩৩,০০০,০০০ রোম অদু লান লেপত্রবদি পিররোই হায়না প্রেসিডেন্ট রুজভেল্টনা লাওথোকখী। আমেরিকাগী মওং অসি বৃটেনসু চৎথবগা লোইননা শোক ১৯১১, ১৯৩৪ অমসুং ১৯৩৭ কী ললোন ইতিক্কী সন্ধীশিং অদু ককথৎখ্রমই।

হৌজিক ফিবম অসিদা জাপান্না হিংবা রাগদৌরি। চাদদনা

শিবসু শিবা লান্দা শিবসু শিবা অতুম অক্সা তারে। মগম অতুনা জাপান লান য়াওবদা তারে। জাপান্না আমেরিকাদা লান্দাড্রিঙৈদা জাপানগী প্লেন ২,৬২৫ লৈরমই।

মসিগী ওন্ন-তৈনবদা মিত্র শক্তিশিংগী প্লেন ১২৯০ লৈরমই। শোক ১৯৪১ ডিসেম্বর ৭ তা পরল হারবরদা জাপান্না লান্দাখী। লানফম অসিদা জাপান্না প্লেন ৩৬০ শিজিন্নখি অমসুং ৬০ দি কাপথুখি। আমেরিকাগী মী ২,৭৯৫ শি, ৮৭৯ শোকই অমসুং ২৫ মাংখি। মুমিৎ অসিদা ফিলিপাইন অমসুং মালয়দসু লান্দাখী।

শোক ১৯৪২ জানুৱারী ২ দা জাপান্না মনিলা লৌখী। অসুন্না মে ৫ ফাওবগী মনুংদা ফিলিপাইন অসি জাপানগী মখুৎতা তাখী। শোক ১৯৪১ ডিসেম্বর থাগী মনুংদা ফোরমোসা জাপান্না লৌখী। অমসুং জাপান্না লান্মী ১০,৯৪৭ ফাখী। ডিসেম্বর ৯ দা জাপান্না বৃটিশকী লানগী জহাজ প্রিন্স আফ ৱালস কৌবা টন ৩৫,০০০ ডিসপ্লেসমেণ্ট লৈবা অতু লুপহনখি।

শোক ১৯৪২, ফেব্রুৱারী ১১ দা জাপানগী সেনাপতি মকোক জেনেরেল টোম্যুকি য়ামাসিতানা প্লেন্দগী বৃটিশকী লান্মীশিংবু খুৎলাই লেপ্পু হায়খী। য়ানদতুনা কন্না কাপ্পখী। ফেব্রুৱারী ১৫ দা জাপান্না সিঙ্গাপুর লৌখী অমসুং লানফম অসিদা লান্মী ৭০০,০০ জাপানগী মখুৎতা তাখী। অসুম তৌনা মওং চাদনা বৃটিশনা মাইথিখিবা অসি আমেরিকাগী নিংতম্বা লান্দা বৃটিশকী জেনেরেল কর্ণৱালিসনা মহাক্কী লান্মী তেঙ্গোনগা লোয়ননা ভরজিনিয়াগী য়োর্ক টাউন্দা শোক ১৭৮১ দা মাইথিখিবা অতুদগী মতম অসি ফাওবদা থোকখিদ্রি।

## ডৎচগী লমশিংদা লান্দাবা

জাপান্না শোক ১৯৪২ গী জানুৱারী মনুংদা বোরনিয়োদা লান্দাখী। ফেব্রুৱারী ১৪ দা সুমাত্রাদা লান্দাখী অমসুং পালেম্বাং লৌশিনখি। অতুগা সুমাত্রা অসি জুন ১৪ দা লৌশিনখী। জুনদা জাবাদা লান্দাখী অমসুং ডৎচ এডমিরল ডুরমান মওং থিনা মায়থিখি।

হাপ্তা অমগী মন্নুংদা ডৎচ লান্মী ৯৩,০০০, বৃটিশ অমস্তুং আমেরিকাগী লান্মী ৫০০০ জাপানগী মখুত্তা তাখী।

অসিদসু নত্তনা জাপান্না কেরোলিন্স, জিলবাই অমস্তুং মার্সেল ইথৎ, সোলোমোন ইথৎশিং, বিসমার্ক ইথৎ মপৈ অমস্তুং নিউগিনি ফাওবা ফুজিল্লমই। জান্নুৱারী ২৩ দা নিউ বৃটেন্দা জাপানশিংনা থোংদারমই অমস্তুং নুমিৎ অসিমক্তদা নিউ আয়রলণ্ডদসু য়ৌরকখি। মত্তৌ অস্তুম্না, ফিলিপাইনগী লান লোইহিন্ত্রিডৈনা প্রসান্ত মহাসাগরগী খা থংবা শরুক্তা মিত্র শক্তিশিংগী মপাঙ্গন পুমহিক হিকথখি। অস্তুম তৌত্নুনা পানামা খোং-লোমদগী, অমনা হৱাই ইথৎলোমদগী অষ্ট্রে-লিয়া তান্না মাল পুথোক-পুশিন্দা অথিংবা ওইখি।

## বর্মা ( কবোলৈবাক ) গী লান

মালয় অমস্তুং সিঙ্গাপুব লৌশিল্লবা মতুং অসিদদি জাপান্না ব্রহ্মা-রোমদা চংশিল্লক্লে। জাপান হেনজিল্লক্তনবগীদমক, ব্রহ্মাগী মখা থংবদা বৃটিশ লান্মী ডিবিজন অনিনা ঙাকলমই।

শোক ১৯৪২, জান্নুৱাবী ২১ দা মৌলমীনলোমদা তকশিল্লই। মার্চকী তারিখ ৭ তা রেঙ্গুন্দগী বৃটিশ খোংশানখ্রে। মার্চ ২২ দা জাপানশিংনা ইরাবতী তুরেন মপান্দা লৈবা প্রোম সহর নকশিল্লক্লমই এপ্রিল ১ দা বৃটিশনা প্রোম থাদোকখী। মতম অসিরাইদা মণ্ডলেদা বোম য়াম্না থাদখি। চিনগী তরুকশুবা লান্মী তেঙ্গোন খা-রাই থংদনা পুমচাই চাইখি। এপ্রিলগী তারিখ ১৪ দা থাও থোকফম খোং অদু বৃটিশনা থুগাইখি। থা অসিগী তারিখ ৩০ দা জাপানগী টেঙ্কনা লাসোদা চংখি। বৃটিশকী লান্মীশিং অদু কলেৱারোমদা হন্দোকখী অমস্তুং চিনাগী লান্মীশিংনা মচিনাবোমদা হন্দোকখি। মেগী ১বদা বৃটিশনা মণ্ডলে থাদোকখী অমস্তুং ইরাবতী তুরেন্দা শাবা অচৌবা 'অৱা-থোং' (AVA) অদু থুদেকখী। শোক ১৯৪২, মে তারিখ ১০

নোংমাইজিং হুমিংতা মণিপুরদা জাপান্না বোম থাদখি। মে ১৪ দা জেনেরেল আলেকজেণ্ডরনা মহাক্কী হেড কার্টর অতু তামু মনাক্তগী আসামগী সিমানা ( ওমখৈ ) দা হোংখী। অমুম তৌহুনা ব্রহ্মা অসি জাপানগী মখুৎতা তাখী।

৭ শুবা পন্দুপ

# মণিপুর পার্টি

## Manipur Party ( Manipur Pauna Independence League )

মনিপুর পার্টি অসি মরু ওইনা শ্রীলাইশ্রম গুনসিংহনা থবক পায়খৎখি। মহাক নমতুগী বি, সি, এল ( বর্মা কোরপোরেসন লিমিটেড ) মিলিং ডিপার্টমেন্টগী পেরোল ১৪৮৮০ দা থবক তৌরমই। ডিসেম্বর ১৯৪১ দা থবক থাদোক্লুনা মহাক মাণ্ডলেদা লাকখি। মাণ্ডলেদা ২ রক শুবা বোম থাদবগী নোংভাল্লগা সাগাইদা লান চেল্লমই। মফম অসিদা জাপান সিফাই থুংলবা মুমিৎ অতুদা সিফাইশিং অতুবু মখোইনা পিজ পিথক তৌরমই। সিফাইশিং অতুনা মহাক্কী শিখা পায়তুনা 'গান্ধীকা' হায়রম্মী। মহাক্কসু 'গান্ধীকা ২' হায়রমই। হায়বদি ভারতকী গান্ধীগী কাংবুনি হায়বনি। গুনসিং অমসুং বাবুধন শর্ম্মানা সিফাইশিংতুবু য়েথাওং ষ্টেশন তান্না থিনবিরুই।

মতম খরা লৈরগা মহাক মাণ্ডলেদা অমুক লাক্লুনা মনিপুরী পাওনা ইণ্ডেপেণ্ডেন্স লিগ, শেমখী। লিগ অসিগী প্রেসিডেন্ট খুনগী মকোক উথোংনটেন শর্ম্মানা ওইরমই। হায়রিবা লিগ অসিগা ইণ্ডিয়ন ইণ্ডেপেণ্ডেন্স লিগকা য়াম্না মরী লৈনরমই।

জাপান্না বর্মাগী মফম পুম্নমক লৌবা লোইরক্লবদা নোংমা শোক ১৯৪২, সেপ্তেম্বর ১৭ তা জাপানগী আফিসার অমগা বর্মা পুলিস ইন্সপেক্টর অমগা কার অহনবা অমা তোংতুনা শ্রীগুনসিংহনা লৈরিবা মাণ্ডলে 'তমীদোজী পৌনাজু' ( মাণ্ডলে নিংথৌগী মচা ইবেম্মগী কৈথেলগী বামন খুঙ্গাও ) দা লাকই।

খুন অসিগী মকোক ( আয়ালুজি ) ব্রজলালা শর্ম্মাদা খুনগী মীগা রারী শানিংই ময়াম ঙাইবিরমউ মথংগী মুমিৎতা লাক্কনি,

মুমিংযুংবা মতমদা ঙাইরমউ হায়রমই অদুগ। চৎখ্রে। মুমিং অসি থৌরানী জন্ম সেপ্তেম্বর তারিখ ১৮ শোক ১৯৪২ থোকই হায়বদি মুমিং অসিদা ময়াম বা ঙাংনগদৌরিবনি। খুনগী মকোক ব্রজলালা শর্মানা মুমিং অদু থৌরানী জন্ম থোক্লগসু খুনগী মনুংদা খ্বাইদগী অচংবা শ্রীগুনসিংহনা ওইবনি অদুনা জাপানগী অফিসার অদু উন্নবিয়ু হায়রমই। অসি হায়রম্লগা ব্রজলালা শর্মা চৎখ্রে।

হায়রম্বা মতম অদু চানা জাপানগী অফিসার অমা, বর্মা পুলিস ইন্সপেক্টর অমগা; অয়ুক পুং ১২ তাবদা খুনগী মকোক ব্রজলালা শর্মা, বায়েন শর্মা, চুরামনি শর্মা অমসুং মধু শর্মা মখোই ময়াম লাক্লে। মখোই ময়ামগা লাক্লিবা অফিসারশিং অদুগা ৱারী খরা শারে। অদুদগী ঙাইহাক ৱারী শারগা মখোই মণিপুরী মঙা-মক আফিসার অদুনা পুরকপা কার অদুদা মথক থোংবা অপর বর্মা পুবা অফিসার অমা উন্নবা মঙলেদা চৎলমই। মফম অদুদা থুংলগা মনুং ইথং থংবা কা অমদা মখোইনা উন্নগদৌরিবা সাহেব অদু লৈরমই। হায়রিবা সাহেব অসি অপর বর্মাগী খ্বাইদগী চাওবা সাহেবনি।

ময়ামবু উবদা মহাক্না হৌগৎতুনা সলাম তৌরমই অমসুং ময়াম্নসু মহাক্কী সলাম অদু ওকই। মহাক্না চংলকতুনা মহাক্কী টেবলগী অকোইবদা থারিবা চৌকীশিংদা ফম্বীয়ু হায়রমই। অদুম ওইনমক ময়াম অদু লেপতুনা লৈরমই। মহাক্না ফমজ্রিবা করিগীনো হায়না হংবদা ময়াম্না খুমখি—"নহাক্তি অপর ব্রহ্মাগী মকোক ওইনা পুরিবা অচৌবা সাহেব অমনি মরম অদুনা নহাক্কী নাক্তা ঐখোইনা লেপতুনা ইকাই খুম্নবা উৎনিংই।" মতুদা অফিসার অদুনা খুম্লমই মতুদি বৃটিশকী মতমদদি ওইরম্বা য়াই তৌইগুম্বসুং জাপানশিংদি অদুম চত্তে মরম অদুনা মুংঙাইনা চিংনবা লৈতনা ফম্বীয়ু হায়রমই। মহাক্না হায়রমই—"লাকপিরিবা ময়াম অসি ঐগীদি ইথকথোংবা ঙাক্তনি, গুরু ঙাক্তনি, মরমদি ঐদি লানগী মতমদদা ঐগী সিফাইশিংগী

মথক্তা চাওক্রবনি, ঐ তঙাংদি নখোইগী সেবকনি।" ঙাইহাক লৈরগা মখোয় লোয়না ফম্লমই। আফিসার অতুগী য়েৎতা অম্বা লোম্নচিংবা লোন ময়াম খংবা জাপান আফিসার ফুজি কৌবা মুপা অমা ফমই। অফিসার অসিনা ময়ামতুগী মরক্তা মনিপুর য়োরুবা ঋাওরিব্রা হায়না হংলমই। মতুদা মধু শর্ম্মানা মহাক মনিপুর য়োরুরে হায়না খুমখি। মঙোন্দা মনিপুরগী মরমদা নিংথিনা খংবরা হংবদা মহাক্না কয়া মুন্না খংদে হায়না খুমখি।

অতুদগীদি ওচৌবা অফিসার অতুনা ময়ামতুগী মনুংদা মনিপুরদগী লাকপা মৈতৈ অশেংবা য়াওদ্রা হায়না হংলমই। ব্রজলালা শর্ম্মানা হায়রমই—"গুন সিংহ হায়বা মুপা অসি মনিপুরদগী লাকপনি ব্রহ্মা অসিদা মঙোন্দগী হেনবা য়াওদ্রবনি।" অতুদগী জাপান অফিসার অতুনা ব্রজলালা শর্ম্মাদা গুন সিংহগা ফমফম ঙাইহাক্লং ওনবিয়ু হায়রমই। অস্থম তৌনা শ্রীগুন সিংহগা অচৌবা আফিসার অসিগা নকনা ফমিন্নরমই। মহাক্না মনিপুরগী মেপ অমা পুথোক্লগা খংনিংবা হংনিংবা মফমশিংগী মরমদা মবানী ঝারী শারমই। শ্রীগুন সিংহনা য়াররদি ভারত অমস্থং মকওইনা মনিপুরদগী বৃটিশ তান্থোক্নবা হায়তুনা 'মনিপুরী পাওনা ইন্দেপেন্দেণ্টস লিগ' থোন্দুনা পার্টি অমা শেম্বা কুইরে হায়রমই। মতুদা মহাক্না য়াম্না হরাওনা হায়রমই—"ঐখোইস্থু বৃটিশ তান্থোক্লগা মখোয়দা নিংতম্বা পিনিংবনি হৌজিক্তী ঐখোই পুন্না থবক চৎথবসী, মহাক্তী ঝা তাবদা ঐহাক য়াম্না পেল্লে ঐখোই জাপান্না মখোয়গী পার্টি অসিগী মতেং পাংলগনি। ঐহাক্না দরকার লৈরবস্থু খংহনজরক্কে ঐবু দরকার লৈবরস্থ হেক খংহনবীরকউ।" অতুদগী ময়াম অসি আফিসার অতুনা অমুক কারদা থিনবিরকই। মতম অতুদা শ্রীগুন সিংহনা মনিপুরী দল অসিগী থবক কন্না পুরমই অমস্থং মতম অতুগী ইণ্ডিয়ান ইণ্ডেপেণ্ডেন্স লিগ অতুগা জাপানগী হিরারী ববান ভাষিস (হিঃ আই ডি ভাফিসকুম্বা) কা মরী লৈননা থবক চৎথরমই।

হৌজিক মনিপুরদা লান চংনবগীদমক পার্টি অসি শেম শাগ্রে। পার্টি অসিবু মতেং পাংগদৌরিবনা জাপাননি। জাপানগী হিকারী কিকান আফিসারনা লান চংগদৌরিবা মনিপুর পার্টি অসিগী লুচিংবা শ্রীগুন সিংহবু ওইহন্নিংবা উৎপদগী পার্টি অসিগী লুচিংবা শ্রীগুন সিংহনা ওইবা তারে। হৌজিক লান চংমিন্নগদৌরিবা কাংবু অসি জাপান, মনিপুর পার্টি অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ (I. N. A.) নি।

শোক ১৯৪২ গী মতম অসি জাপান অমসুং জর্মনীগী অকিবগী মশক ফংলবা তমথিরবা লানওং কয়া কয়াদস্থ নত্তুনা ভারত্তস্থ রাজনীতিগী কল্লবা য়ুহারবা অমা থোকখি। মসিবু শোক ১৯৪২ গী আগষ্ট আন্দোলন হায়না খংনৈ। বোম্বেদা আগষ্টকী তারিখ ৭ তা ভারতকী কংগ্রেস কমিটিগী অধিবেশন ফমখি। হায়রিবা কামিটি অসিনা বৃটিশপু ভারত থাদোকউ হায়না ব্লারেপ তাখি। আগষ্ট ৯ দা মহাত্মা গান্ধী অমসুং কংগ্রেসকী লু চিংবা কয়া ফাজিনখী। মতুগী ফল ওইনা মফম মফমদা হরতাল কয়া তৌখী। অহানবদা শান্তিগী মওংদা চৎথরম্বদগী মওং থিনা হিংসা চৎথখি। পুলিসকী গুলিনা মী ১০,০০০ রোম হাংখী অমসুং মী ৬০,০০০ দগী হেন্না ফাজিনখী।

## আজাদ হিন্দ ফৌজ ( I. N. A. ) শেমগৎখিবা

সিঙ্গাপুর অসি জাপান্না শোক ১৯৪২ ফেব্রুয়ারী ১৫ দা লৌখিবদা লান্মী ৭০,০০০ জাপানশিংগী মখুৎতা তাখিবগী মরমদা ঐখোয়না থেংনগ্রে। ভারতকী লান্মীশিং অতুনা, বৃটিশকা লাম্বা তৌনবগীদমক লান্মী তেঙ্গোন অমা শেমগনি হায়না জাপানগী আফিসার অমনা সিঙ্গাপুরগী ফারেরপার্ক ( Farrer park ) তা রা ভাংখি। মরম অতুনা কেপ্টেন মোহন সিংহ অমসুং অফিসার খরনা সেপ্তেম্বর থাদা আজাদ হিন্দ ফৌজ শেমগৎখি। ইণ্ডিয়ান ইণ্ডেপেণ্ডেন্স লিগকী মকোক রাসবিহারী বোসনা শোক ১৯৪২ গী ডিসেম্বর থাদা কেপ্টেন মোহন সিংহবু ফাজিনখী। অসুম্না অহানবগী থবক অতু কায়খি।

হায়না ইণ্ডিয়ান ইণ্ডিপেণ্ডেন্স লিগ হায়বা সংস্থান অমা অহুম লৈরম্ল-বনি। শোক ১৯৪৩, জুলাই ২দা সুভাষচন্দ্র বোসনা জর্মনীদগী সিঙ্গাপুরদা থুংখি। ভারত জাতিগী সরকার অমা সুভাষনা মকোক ওইদুনা শোক ১৯৪৩, ৎক্টোবর ২১ দা লিংখৎখি। নেতাজী সুভাষ শোক ১৯৪১ জানুয়ারী ২৬ তগী থিবা থংখিদে। থরা লৈরগদি জর্মনী য়োৌখি।

হায়রিবা সরকার অসি নোংপোক এসিয়াদা লৈবা ভারতকী নী ২২৩,০০০ না য়ারবনি হায়না রাশকখি। আজাদ হিন্দ ফৌজ অসি মখল কয়ামুক থোক্লা থাইদোকখি—হেড ক্বার্টরস, হিন্দুস্থান যেল্ড গ্রুপ, সেরদিল, গুরিলা গ্রুপ, স্পেসিয়েল সাভিস গ্রুপ ইণ্টেলিজেন্স গ্রুপ অমসুং রেইনফোর্সমেণ্ট গ্রুপ। আজাদ হিন্দ ফৌজগী লান্মী ২৩,০০০ দগী তাদনা লৈখী।

৮শুবা পন্দুপ

# মণিপুরদা লান চংননবগী থৌরাং

শ্রীগুন সিংহগা মতম খুদিংমক্তা লোয়নননবা মণ্ডলেদা পোকপা মণিপুরী বামোন মচা শ্রীচন্দ্রমনি শর্ম্মা অমস্তুং শ্রীব্রজলালা শর্ম্মা মখোই অনিস্তু লান চংপা তারমই। অহুম অসি শোক ১৯৪৩ গী এপ্রিল থাদা মেমিয়োদা চংতুনা লান চংগদৌরিবা অসিগী মরমদা ইণ্ডিয়ান ইণ্ডেপেণ্ডেন্স লিগকী লুচিংবা শ্রীগোপাল সিংহ, আই, এন, এ, গী আফিসার কেপটেন নেপালী শর্ম্মা, মেমিয়ো হেড কার্টর পুরিবা জাপান আফিসার লেফটেমেণ্ট নাকা মুরাসান অমস্তুং জাপান আফিসার খরগা ৱারী শামিন্নখি।

হৌজিক শ্রীগুন সিংহ জাপানগী হিকারি কিকান আফিসকা মরী লৈননা থবক কন্না পুরে। মহাক্কা মেমিয়োদা থুংবা নিনিঙ্গবদা নুমিদাং পুং ৯, ১০ রোম তাবা মতমদা বৃটিশকী প্লেন্না বোম থাদখি। শ্রীব্রজলালা শর্ম্মাদি মথংগী নুমিংতা চংখ্রে। মেপ পুথোকতুনা মনিপুরগী চীং লম্বী, লান চংগদবা মওং অমস্তুং মতমগী মরমদা নৈন-তুনা নুমিং ৪/৫ নি থবক শুরম্নগা শ্রীগুন সিংহ মণ্ডলেদা লেফটেনেণ্ট নাকা মুরাসান্না মাগী জিবতা অমুক থিনখি। মণ্ডলে য়ৌরবা মতমদা শ্রীচন্দ্রমনি শর্ম্মাস্তু লুপা ১০০ পিতুনা ময়ুমদা হলহনখ্রে।

লানগী মরমদা ৱা তান্নবগীদমক শোক ১৯৪৩ গী মে থাদা শ্রীগৌরহরি শর্ম্মাগা লোয়নননা শ্রীগুন সিংহ রেঙ্গুন হেড কুৱাটরদা চংলী। রেঙ্গুন য়ৌবদা রেলনা য়াম্না খুদোংথিনা নুমিং ৫ নি চংলমই। হায়রিবা নুমিং অসিগী নুমিদাং পুং ১০ তাবা মতমদা মখোই থুংই অমস্তুং রেঙ্গুন সহরদা বোম থাদতুনা মৈ চাকপদগী নুমিদাং অতু পুমঙান ভাল্লমই। মথংগী অয়ুক্তা ওন্না হৌরগা রেঙ্গুনগী গোল্ডন ভেলীদা লৈবা হিকারী কিকান অফিসকী হেড কার্টরদা থুংলগা ফুজি লেপ্তেনেণ্ট উনাখি।

হায়রিবা জাপান আফিসার অসিনা শ্রীগুন সিংহগী লৈফম চাফমগী থৌরাং তৌগে হায়দুনা হংলকপদা শ্রীগুন সিংহনা রেঙ্গুন্দা তাবা মৈতৈশিংগা উন্নগদবা লৈবনা, মৈতৈ খুলদা থুংনিংবগী মোত জাপান আফিসার অদুদা ফোংদোকখি। য়াম্না ফরে হায়দুনা জাপান আফিসার অদুনা অতৈ ২ থবক্কীসু শিজিন্ননবা হায়দুনা শ্রীগুন সিংহদা লুপা ২০০ পিরে।

রেঙ্গুনগী রাইমী মৈতৈ খুলদা চংদুনা শ্রীগুন সিংহনা ময়ামগা উন্নখি অমস্তুং মনিপুরবু মীনাই ওইহল্লিবা বৃটিশপু তাম্থোক্লবা হোৎনবদা থরাই য়েন্দুনা থবক পায়খৎপনা মৈতৈ খুদিংমক্কী কোকথক্তা তারবা মথৌনি তাক্লমই। মনিপুরদগী থাপ্না লৈথ্রবা মৈতৈশিং অদুনা মনিপুরগী ইজ্জত ঙাক্লনবা থবক পায়খৎলকপদা মীপুম খুদিংমক্না মচিন থংনা থবক পায়খৎনিংলমই; বৃটিশপু লমন খুম্নিংবা, পেন্দবা অস্তুং অশাওবগী ঈনা মখোয় খুদিংমক্কা মাইথোংদু ঙাংহল্লমই। শ্রীঙাংবম থানিন সিংহ অমস্তুং লাইরেনলাকপম ইরাবোৎনচিংবা অহল ময়াম্না হায়খি "বৃটিশ তাম্থোক্লবা ভারতকী জাৎ খুদিংমক্কী মীপুম শুনা য়াওদুনা লান কাগদবা মতাং আসদা নখোয়না ইরৈবাক্কী সেবা তৌগনি হায়না চোংথোরকপা অসি ঐখোয়গী মনিপুরগী য়াম্না ফবনি, ঈশ্বরনা নতেং পাংসনু।"

শ্রীগুন সিংহনা মনিপুরী বস্তি রাইমীদা লৈদুনা নুমিৎ খুদিংগী পুং ৯ দা হিকারী কিকান আফিসদা কাদুনা লানগী থৌওং কয়া হেক হেক তান্নে। নুমিৎ ১০ নিমুক শুরবদা জাপান আফিসারশিংনা প্রসান্ত মহাসাগরগী ইথৎশিং অমস্তুং ভারতকী মফম কয়ামুক্তা জাপান্না বোম থাদবগী মরমদা শ্রীগুন সিংহদা তত্তনা খংহল্লমই অমস্তুং মেপ পুথোক্লুনা তান্নরমই।

মনিপুরগী মতাং য়ৌরকপদা শ্রীগুন সিংহনা আসাম রাইফলস, পি, এ, গী বাঙ্গলা অমস্তুং মিলিটরী লৈবা মফম নত্তনা অতৈ মফমদা বোম থাদদনবা কম্না হায়রমই। মনিপুরনা লুনা নিংনরবা শ্রীগোবিন্দগী

মন্দিরদা বোম থাদরোইদবনি হায়না কন্না ঙাংনরমই। মহাক্না য়াবা মথৈ মনিপুরগী প্রজাশিংবু কন্ননবা হোৎনরমই। মহাক্না জাপান আফিসারশিং অতুদা হায়খিবদি মনিপুরগী তমপাক অসি প্রজাগী য়ুম্না কুক ২ ইন্ননা তাবনি খুন ২ খুদিংদা উ-ৰা, ইনা শাবা য়ুম্না অয়াম্বনি, য়ুম অমা চাকপদা খুন অমা তুন্না চাকদবনি; মনিপুরগী য়ুমদি মন্নুংদা চাবা থক্নবা ফৌগী গুদাম অমসুং চাকশং পুন্না ওইবনী হায়না তাক্লমই। শ্রীগুন সিংগী ৰা তারগা জাপানশিং অতুনা করিস্নু ন্নুংশা থিগন্নু হায়রমই।

নোংমা ৰারী শানবদা রেঙ্গুন হিকারী কিকাম আফিসকী লেফটেনেন্ট ফুজীদা শ্রীগুন সিংহনা হায়খি—"মনিপুরবু বৃটিশনা লৌতুনা ঐখোই মনিপুরীশিংবু মিনাই ওইনা থম্বসি কোক্লনবা নখোয়গা মরুপ শান্নতুনা লান শোক্লরগা অমুক হন্না থায়নগী মতৌগুম নিং-তম্না পান্নবা অমসুং মনিপুরদা নুপী লান্দা মনিপুরী নুপীশিংবু বৃটিশকী সাঙ্গিন্না থিনখিবা; অহিং চুপ্পা ইমা ইবেনশিংনা মনিপুরগী সহর ইমফালগী মচি মচিদা ৰানা লেনখিবা অতুগা মনিপুরগী নিংতম্বগী লানফমদা পাওনা অমসুং মরৈবাক নিংবা কয়া কয়ানা মথৱাই কৎখিবা, মনিপুরগীদমক্তা ফাঁসীগী শগাইদা কাখিবা বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গালগী লমন শিংগে হায়বগীদমক ঐখোয়না থবক অসি পায়থৎলকপনি।"

ৰাহৈ অতু তাবদা ফুজি লেফটেনেন্টনা য়াম্না হরাওনা হৌগৎতুনা শ্রীগুন সিংহগা খুৎ চিংনরগা হায়রকই—"ইশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা জাতীগী থবক তৌনিংৰা অতুমক্তি ঐখোয়না পামজবা।"

জাপান অমসুং আই, এন, এ, না ভারতগী বৃটিশ তাম্হোক্লবা লান চংগদৌরিবা অসি অমনা মনিপুরলোমদগী অতোপ্পা অমনা আরকানলোমদগীনি; অতুগা হৌবদি মনিপুরলোমদগীনা হানগদবনি মরম অতুনা মনিপুর লিগস্নু লাঙ্গং অসিদা য়াওদবা য়াত্রবনি হায়না শ্রীগুন সিংহদা খংহনখি।

শ্রীগুন সিংহগী চানবা খরচকীদমক জাপানশিংনা হাপ্তা অমদা লুপা চাম। চামা মতম অসিদগী পাংখি ; অমসুং শ্রীগুন সিংহ অহুগা শ্রীগৌরহরিগী খরচকীদমক লুপা ২০০ পুথোক্লুনা পিখী। জাপান-শিংগী প্রেস্তা বাঙ্গালী ময়েক য়াওরমই অমসুং বাঙ্গালীশিংসু য়াওরমই। মৈতৈরোন্দা ইবা চে চাইনবা শ্রীগুন সিংহনা মৈতৈলোনগী পামফ্লেটসু ইবা তারমই। মরম অহুনা মথংগী মুমিত্তা মৈতৈলোন্দা ইবা পামফ্লেট অহু জাপানশিংদা খংহল্লে। অহানবদা আফিসতা বা তান্নরগা মথংদা প্রেসতা চংহুনা বাঙ্গালী কমপোজিটরশিংনা তৌরিবা থবকশিং অহু য়েংশিনবা তারমই। মতৌ অসুম তৌহুনা পামফ্লেট মখল অনি নমল্লে। অসুম্না থা মখাই অমুক লৈরগা নোংমা জাপান আফিসারশিংনা এরোপ্লেন্দা সিঙ্গাপুরদা চৎতুনা নেতাজী সুভাষচন্দ্র বোসকা উন্নরুনবা শ্রীগুন সিংহদা হায়রমই! মহুদা শ্রীগুন সিংহনা নেতাজী সুভাষচন্দ্র বোস রেঙ্গুন্দা করম্বা কান্দা লাক্কদগে হায়না হংবদা হাপ্তা অমগী মতুংদা লাকপা য়াই হায়রমই। মরম অহুনা নেতাজীনা রেঙ্গুন্দা লাকপা মতমদা উন্নবগী বাদা লৈনখী।

অহুদগী মিষ্টর ফুজিনা শ্রীগুন সিংহদা মনিপুরগী রাজনীতিদা থবাই য়াওবা নেতা খরগী মমিং ইহুনা পিযু অহুগা মখোয় মখোয়না মরৈবাক্কী নিংতম্বগীদমক করি ২ তৌখিবা মহুসু তাকউ, মহৈ হৈবনা কনা ২ লৈ, মখোয়গী মমিংসু ইহুনা পিযু হায়রমই। মহাক্না মতিক চাই হায়না খনবা লুচিংবশিংগী মনুংদা শ্রীইরাবত সিংহ মেম্বর, শ্রীএলাংবম তোমপোক সিংহ, শ্রীলৈরেন ডাক্তর সিংহ, নোংমৈকাপ্পম গোপাল সিংহ, মুহরী, কোইজম অমুবী সিংহ অমসুং মহেন্দ্রো সিংহ-নচিংবা মমিং পিখি অহুগা মখোয়না মশা মশাগী কম থাদোক্লুনা প্রজাগী কান্নবা হোৎনৈ হায়না লিখি। মহুদা জাপান আফিসারশিং অহুনা হায়রিবা নেতাশিং অসিনা করি ২ তৌখি, করম্না থবক থাদোক-খিবগে হায়না হংবদা শ্রীইরাবত সিংহ মেম্বরনা সদর পঞ্চায়েৎ (মনিপুর) কোর্ট থাদোকপা, শ্রীতোমপোক সিংহনা আফিস্তগী কেরাণীগী থবক

থাদোকপা, শ্রীনৈরেন সিংহনা কোন্নুং থাদোক্লুনা ময়ামগী কান্নবা য়াকায়রোন্নচিংবা ফোংখিবা, চূড়াচান্দ হায় ইংলিস স্কুল লিংখৎপগী মরমদা শুগায়না তাকখি। বৃটিশ রাজবু তুকচচবদগী মনিপুরী মুপী-শিংনা অকনবা আন্দোলন তৌখিবগী মরমদস্তু মুন্না থংহনখি।

মহৈ হৈবগী মঙ্গুংদা শ্রীশোগাইজম স্নাজাওবা সিংহ B. A. শ্রীঅরাম্বম ইবোহল সিংহ B.A.B.T. শ্রীকালাচান্দ সিংহ শাস্ত্রি, শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ M.A.B.L. শ্রীদ্বিজমনি শর্ম্মা, M.A. শ্রীপণ্ডিত ললিতমাধব শর্ম্মা, শ্রীবঙ্কবিহারী শর্ম্মা, শ্রীরাধামোহোন শর্ম্মা, শ্রীশিবদত্ত শর্ম্মা তর্ক তর্ক তীর্থ অমস্নুং শ্রীপণ্ডিত অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্নগী মমিং পিরম্নই। ময়াম অসিগী ব্রারী শুগাইনা তাক্লম্নই।

লান অসি মনিপুরগী লম্বীদগী ভারত্তা চংগদৌরিবনি মরম অত্থুনা নেতাজী সুভাষচন্দ্র বোসপু উন্নবা সিঙ্গাপুরদা প্লেন্না চৎলু হায়না, মিষ্টর ফুজীনা শ্রীগুন সিংহদা কন্না তক্লমই। অস্নুম তৌরিঙৈনা আপার ব্রহ্মাগী মোলাইকতা ফিল্ড হেড কার্টরগী আফিসারশিংনা থবক চৎথবদা অপনবা ওইরে মিষ্টর গুন সিংহবু থাবিরকউ হায়না রেঙ্গুন হেড কার্টরদা থা অমা চুপ্পা তত্তনা টেলেফোন তৌরকই। মত্থুগী মতুং ইন্না শ্রীগুন সিংহনা য়াম্না হরাওনা মোলাইক চৎনবগী-দমক শেম শাখী। হৌজিক জাপান আফিসার অমগা, জাপান সিফাই খরগা, আই, এন, এ, সিফাই খরগা অমস্নুং আই,এন,এ, আফিসার অমগা মোলাইক য়োনবা শ্রীগুন সিংহবু শোক ১৯৪৩ গী জুলাইগী অরোইবদা থিল্লম্মী।

লম্বীদা অস্নুম চখৎলকপত্থুনা শ্রীগুন সিংহনে অত্থুগা মহাক্কা লোয়নবা শ্রীগৌরহরি শর্ম্মানে মখোয় অনি মণ্ডলেদা চংথুনা মনিপুরী পৌনা ইণ্ডেপেণ্ডেণ্ট লিগকী প্রেসিডেন্ট উথোনটেন অমস্নুং মরুপ মপাং ময়ামগা উন্নরে অমস্নুং মখোয় ময়াম অত্থুদা মখোয় অনি লান চৎপা তারে হায়বা খংহল্লম্নগা মোলাইক তান্না হায়গৎলক্লে। মতম অত্থুদা

চৎথোক চৎশিন তৌবা য়াম্না লুনা থোকই। মোলাইকতা মোটোর বোট তোংদুনা য়ৌই। মফম অদু য়ৌবদা মখোয় অনিবু কেপটেন য়ামাদা, নাগাসিসান অমস্তুং সুদুসান হায়রিবা আফিসার অদুম অসিনা ওকলমই।

আফিসতা চংলবদা শ্রীলাইখুরাম মুখ সিংহ কৌবা মনিপুরী অহল অমা থবক তৌদুনা লৈরমই। শ্রীগুন সিংহ উবদা থবক নিংথিনা চৎথবা ঙমলগনি হায়না য়াম্না হরাওবা উৎলমই। থুংবগী মুমিৎ অদুমদি পোৎথারে। নোং ঙাল্লগা কেন্দাতকী মৈতৈ থুনগী মৈতৈ প্রজাময়াম লাকতুনা শ্রীগুন সিংহগা উন্নখি। মখোয়না হায়রমই "কেনদাতকী অরা তজীনা মৈতৈশিংবু য়াম্না ওৎ নৈরে, জাপান-শিংনা অপাম্বা পোৎ লৌগে হাযবদা মৈতৈ খুন্দগী ঙাক্কা লৌই অরাশিংদি কন্দুনা থমই। জাপান আযিসাবনা ষন অমা পামই হাযবদা মৈতৈশিংদগী হেক্কা লৌই, কিবদগী পিদবা য়াদদুনা পি।" অস্তুম হায়না পাও তমলমই। তৌইগুম্বস্তুং শ্রীগুন সিংহনা মুমিৎ মঙা তরুকনি লৈরগা লাক্কে হায়দুনা মখোয় ময়াম অদু হলহনখ্রে।

অদুগী তুংদা মবম অসিস্তু অদুগা শা লানগী মরম কয়াস্তু মুন্না তাম্নরে। কেন্দাতকী মৈতৈশিং অদু শ্রীগুন সিংহনা পাস অমমম পায়হল্লে অমস্তুং লান য়াঙগদবা মনিপুরী পাটিদা চিংশিল্লমই। পাস অদুদা ইবদি "পাস পায়রিবা মী অদু শ্রীগুম সিংহগী অফিসদা হংদনা অতৈ অমা লাক্লগা করিস্তু তৌরোইদবনি, আইনগী মতুং ইন্না দণ্ড পিবা তারবস্তু আফিস অসিদা খংহল্লমগদবনি।" অদুদগী মৈতৈশিং অদুগী চান-থরুবা যুম খুদিংগী থাগী লুপা ৫০, ১০০ নত্রগা ১৫০ অস্তুম তৌনা মতা য়েংনা পিরমই অমস্তুং যুম অমদা লুগ্রাবী অমতা লৈবা ফাওবা থাগী লুপা ৫০ পিরমই।

অদুদগী থা মথাই অমরোম লৈরগা কেন্দাৎকী মীয়াম্না কৌবদগী শ্রীগুন সিংহনা মোলাইকতগী মাইল ৩ হি তোংদুনা চৎলগা কেন্দাত্তা থুংলমই। ময়াম্না হায়জবদগী মহাক্না কেন্দাত তজি উন্নবা চৎলি।

তজ্জি অতুনা মহাক্না মৈতৈশিংবু য়াম্না ওৎ-নৈরম্বা অতুদগী কিবনা নিক্না ২ ফিদা থারমই। শ্রীগুন সিংহনা মাঙোন্দা মহাকপু খংবরা হংবদা মহাক্না অস্নুম্না খুম্নলমই—"বৃজি চুনো তিবারে খেময়া মনিপুরা অচো য়াবে" হায়বদি "ঐ খংজৈ নহাক অসি মনিপুরগী সরকার পায়বনি।" শ্রীগুন সিংহনা হংলমই "নহাক্না নহাক্কী খুন্দা মৈতৈ খুন অমা লৈজববু করিগী লাকচ লাকচ তৌবগে?" তজ্জি অতুনা খুম্নমই—"ঐনা নত্তে জাপান্নিনি"। অতুদগী শ্রীগুন সিংহনা তজ্জি অতুদা হায়রমই—"মতুং তৌরবদি মৈতৈগী থাং নিংশিংউ, নখোয়গী অরা নিংথৌনা শীবু ( Shebo ) চিংবদা কোন্নুং শারম্বনি অতুবু মৈতৈগী থাং কিবদগী মমৈদা ইরাবতি রাংমা লাম্থোকতুনা ইরাং, অদুদগী অমুক অমরাপুরদগী মথং মথং মণ্ডলে য়ৌখিবা নত্তরা?" তজ্জিনা খুম্নমই - "হোক্তোব্যা নাউকমা মলুকপু" হায়বদি— "চুমই মতুং তৌজররোই" হায়বনি।

মতাং অসিদা ঐখোয়না মনিপুরগী ইতিহাসতা ঙাইহাক খল্লবা ফৈ। হায়রিবা লানগী মতম অসি ফাওবদি মনিপুর অসি বৃটিশকী মখুত্তা লৈখ্রে, চুম্না রারী শান্নবা ফাওবদা বৃটিশ সরকারনা করি তৌবক্কদগে খল্লবা, মেক মাক লাওবা ঙমত্রবা মনিপুর অসি মমাং-ঙৈদগী অস্নুম উপায় লৈতনা, মতু ইশোন শোন, মুপা ইথোক থোক্তুনা অতুম লৈরকলব্রা হায়বা অসি ঐখোয়না য়েংবা তাবনি। ব্রহ্মাগা মনিপুরগা লান তৌনবা অসি চহি ৬৮ চুপ্পা তোক্লখিদে, শোক ১৮২৬ তা য়েন্দাবুদা বৃটিশকা তৌখিবা সন্ধি অতুগী মতুংইন্না দেশ অনি অসি লান শোক্লবা লেপনখি। শোক ১৭৮২ দগী চহি ৭ চুপ্পা মনিপুর অসি ব্রহ্মানা নৈখায়তুনা খুত্তাক লানশিখি। অতু ওইতুনসু মনিপুরীশিংগী অহনবা লৈত্রবা লিংজেন, মপানাত মপূনাত ওইরবা থাংগী জগোই শাতুনা নিংথি তুরেন রাংমা লাম্না অরা লাম্বী ৩০,০০০ তানখাইরগা অরাশিংগী লিরবা জাকিয়াং কোম্নুং চংতুনা কাংমুদো লাইশংগী নোংপোক থংবা থোংদা মনিপুরীশিংগী থাংশাংনা য়ালম্বগী খুদম অতু হৌজিক ফাওবা লৈরিবনি।

শোক ১২৫০ দা খাগী ( চিনা ) বু ঙমহুনা লান্মী কয়া ফাহুনা পুরকপগী মরমদসু ঐখোয়না থেংনৈ। হায়রিবা খাগী অসি ব্রহ্মাদা লৈবাক ঙাকপা খাগীশিং ওইরম্বা য়াই মরমদি ব্রহ্মা অসি খাগীনা লোইচনবা লৈবাক ওইরমই, খাগীনা য়াম্না কন্না খুৎ থিংজিন্নরবসু ব্রহ্মানা লোইপোৎ হেক হেক কাৱমই। শোক ৬১৮ দা খাগীগী নিংথৌরেন কাউতন্নুনা লিংখৎলম্বা কাসপিয়ন সাগর ফাওবা শন্দোরকপা তাং সম্রাজ্য অহু হৌজিক্কী ওইরিবা ব্রহ্মাগী অরাং থংবা শরুক য়াম্না য়াওই।

হায়রিবা তাং শাগে অসি শোক ৯০৭ ফাওবা চৎথখি অহুদগী মরক মরক্তা নিংথৌমচা মচাশিংনা মতম থরা শিল্লগা শোক ৯৬০ দগী সুং নিংথৌরেনশিংনা শোক ১২৬০ ফাওবা পানখি। ঐখোয়গী মনিপুরগা মরি লৈনরিবা মতাং অসি সুং শাগেগী মতমদা ওইরমগনি। ব্রহ্মানা খাগীদা লোইপোৎ কাবা অসি বৃটিশনা লৌশিন্দ্রিঙৈ ফাওবা ওইরম্বা তাই মরমদি বৃটিশনা শোক ১৮৮৬ তা ব্রহ্মা লৌশিনবদা হান্নগী চৎনবী মতুং ইন্না চহি তবা তরাদা খাগীদা লোইপোৎ কাগনি হায়না য়াথী।

তরাতরেৎ শুবা শতাব্দী লোইরমদাই ফাওবদা মনিপুরগী শক্তি অসি লুসাইচীং, ত্রিপুরা, নাগা চীংশাং অমসুং হিদিম্বপুর ফাওবা শান্দোক্লমই।

মনিপুর অসি মমাংঙৈদগী হৌনা মাইকৈ অনি শমজিন্নবা তুরেন অচৌবদা শাবা থোংগুম্না নোংপোক অমসুং নোংচুপ মাইকৈ অনিমকপু শম্নহনবা লৈপাক অমনি। ললোন ইতিক অনসুং চখোক চনশিন তৌবদা মনিপুর অসি য়াম্না মরু ওইরমই। খাগী (চিনা) দগী মখারোমদা চৎথরকপনা নিংথি থোংবান লাকুনা মণিপুর ফাওরগা আফগানিস্তান য়ৌবা থা অহুম চংবা, তোইনা চৎথোক চৎশিন তৌবা ঙম্বা অমা লৈরমই। লম্বী অসি শৃষ্টনা পোকপা মতুং অনিশুবা শাতাব্দীদগীনি। খাগীদগী কাবুং পুহুনা লম্বী অসিদা চত্নুনা

আফগানিস্তান য়োম্নগা ইউরোপকী ললোনবশিংনা সনাগা শিন্নরমই।

সনাগা মমল মান্নরবা কাব্রং পুকম লম্বী ওইরম্বা মনিপুরদা মোইরাং থোইবীনা থাইনা মমাংগৈদা কাব্রংগী ফী 'শাসবা ঙাসবা' হায়না কৌবা শন্দোক্লগা শরাসন পায়শিল্লগা খুদাপ ফা হায়নরিবা অদু মতম অদুগী মনিপুরদা থোকপদা করিসু ঙক্লিংঙাই লৈতে। অদুনা হৌজিক ফাওবা ফি শাবদা মনিপুরনা ভারত নত্রগা বর্মাগী করিগুম্বা মফম অমদগী হুম্বদ্রি।

ঐখোই ইশাগী সভ্যতা য়েংলুরগসু ঐখোয়গী সংস্কৃতি অসি ভারতকী আর্য্যশিংনা লুনা নিংনরবা ঋগবেদ ( Rig Veda ) গী মতমদগীদি তাররোই। ঋগবেদদা মৈবু পূজা তৌবা অমসুং মৈগী মঙান তরেৎ—মরৈ তরেৎপু পূজা তৌবা অদু মনিপুরীশিংসু মৈ ইরাৎলম্বগী খুদম ৱাৎতনা ফংই। ঋগবেদদা তরেৎকী ৱা য়াওরিবা অসি ঐখোই মনিপুরীশিংগী পুন্সিদদি তরেৎ হায়বা অঙ্ক অসি হৌজিক ফাওবা কন্না চংলবা মচাক অমনি। খুদম ওইনা—য়েক তরেৎ, সলাই তরেৎ, চয়োল তরেৎ, মরোল তরেৎ, মঙান তরেৎ, পুরোন তরেৎ, হিরেন তরেৎকী ঈশিং অসিনচিংবা কয়া।

ঐখোয়গী হকচাং অসি চহি তরেৎ তরেৎকী মন্নুংদা অফবা ওইরবসু ফত্তবা ওইরবসু মওং অমা হেক হেক হোংই; মীওইবগী থোপ অসিসু মথং মথং তরেৎলক ওল্লবগী মতুংদা অরোইবা মওং তারকপনি। অদুগা বাইবলদসু তরেৎ হায়বা মশিং অসি য়াম্না মরু ওইবা মশিং অমনি। মীওইবনা লোন শিজিন্নদ্রিঙৈদা খুৎশাগী ইঙ্গিৎ তৌনফম থোকপনি, অদুগুম্বা মতমদগীসু মনিপুরীশিংনা য়াম্না নৈনরকই হায়বসি মনিপুরী জগোইনা শেংনা ভাকই।

ভারত্তা আর্য্যশিংনা লাকদ্রিঙৈদা লৈরম্বা হারাপ্পা অমসুং মোহেন-জোদারোগী সভ্যতা অদু হিমালয়গী চিংখোংবাইদনি। অদুগা মণিপুরনা লৈরিবা মফম অসিসু হিমালয়গী চিংশাংদনি। হিমালয়গী লমশিং অসিবাইদা য়াম্না লির-লিরবা সভ্যতা হৌফম্নি। খুদম ওইনা—

হায়রবদা তিব্বতকী সংস্কৃতি ( Culture ) না পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তগী লিরবনি হায়নরি। অতুগা মনিপুর হায়বা লৈবাক অসিসু মীওইবগী নিংশিংবা ঙম্বা ইতিহাসকী মমাংদগী লৈরক্লবনি হায়বা প্রমাণসু ফংই। মতুদি; লৈথারোন থংবাশিংগী মত মতুং ইন্না মণিপুর, ত্রিপুরা, বেঙ্গোলগী শরুক অয়াম্বা, কছাড়, গাড়ো চিংশাংশিং অসি ঈশিংনা থুম্নমই, অৱাংদদি চিংশাং পরেং লৈরমই। মতম অতুদা প্রসান্ত মহাসাগরদা মহাদেশ অমা লৈরমই। হায়রিবা মহাদেশ অতু ঙসিদগী চহি করোড় ১০ রোমগী মমাংদা লুপথখিবদগী মণিপুরন-চিংবা লুপলম্বা লমশিং অসি ফাওগৎলকখি।

মরম অতুনা অস্থক কুইরবা মতমগী মমাংদা মণিপুরনা লৈরম্বা অসিগী প্রমাণদি মনিপুরগী সভ্যতা ঙরাংদগী নত্তে হায়বা তাকপনি। ঙসি ফাওবা মনিপুরগী মখা থংবা শরুক্তা ঈশিংগী শরুক য়াম্না লৈরি। প্রসান্ত মহাসাগরদা হৌজিকসু অরুপ্পা চীংজাও লৈরী চীং অসি মাইল ১০০০ শাংই, মাইল ২০০ পাকই। মগুংশিং অসি য়েংলু-রগা ঐখোয়না লৌফম থোকপদি মনিপুরদা খুন্দারকপসি নোংচুপ, অৱাং অমসুং নোংপোক্লোমদগী লাকপা কাংবুনা ওইরম্বা তাই। অতুগা হৌজিক মনিপুরদা লৈরিবা মীওইশিং অসিদি নেংচুপ্লোমগী শকওংগা ইমান মান্নদে। মনিপুরদা তারিবা মীওইশিং অসিদি নোংপোক হারমগী মীনা খ্বাইদগী মশিং হেল্লি। নোংচুপ্লোমগী মীওইনা মনি-পুরদা শিংথাবা য়ানা লৈরমদ্রিবা অসিগী মরমদা ওইবা য়াবা থরা লৈ। অমনা, মনিপুরগা নকবা নোংচুপ্লোমগী লমদা মতম কুইনা মী তাদত্তুনা লৈবনা মনিপুরদা অদোমগী মী চংলক্তবা। অনিশুবদা নোংচুপ্লোমগী হায়রিবা লমশিং অতুদা মী তাদ্রিদৈদো মনিপুরদা নোংপোক হারমগী মীনা খুন্দাখিবা মরমদি কুইনা ঈশিংদা লুপতুনা লৈরুরবনিনা মফম অতৈদগী মনিপুরদা মী খুন্দাবা লাক্লমগনি। অহুমশুবদা, নোংচুপলোমগী মীওইশিং অসি মনিপুরগা নক্লবা লমদা লৈরম্বা খোক্লগনা চংথোক চংশিন নত্রগা লম কোইবা পামদবা।

মরীশুবদা, মনিপুর অসি নোংচুপকী লম্না চেন্না হুংডাইরম্বা ( মতম অদুদা মনিপ'রদা ঈশিং য়াম্না লৈরম্বা য়াই )। মঙাশুবদা, নোংপোক অমসুং নোংচুপকী কাংবু অনিনা মনিপুর মুন্নবদা নোংপোলোমগী কাংবুনা ঙমখিবা। অদুবু কাংলুপ ময়াম অদুনা পুন্দুনা হৌজিক্কী মনিপুরী সমাজ অসি অমুক নৌনা ওইররবনি।

মনিপুধদা তারিবা মীওইশিং অসি অরাংলোমদগী লাকপা কাংবুনা হানবা য়াবগী মরম থরসু লৈবী। মনিপুরদা শিব মহাদেবনা খ্বাইদগী হান্না খুন্দাখি হায়রি, হায়বদি শিব লাৎপা কাংবুনা হান্না খুন্দাখি হায়রসু লাল্লোই। অদুগা 'শিব' হায়বা লাই অসিসু আর্যশিংগী লাই ওইরোই। 'শিব' গী লৈফমদি কৈলাসনি। হায়রিবা কৈলাস অসিদি তিব্বতকী লমনি। তিব্বতকী মীদি মনিপুরীশিংগা শকতা মান্নে। অদুগা 'শিব' হায়বা লাই অসি ভারত্তা আর্যশিংনা লাকত্রিঙৈদা য়াম্না চাওখৎলম্বা 'হারপ্পা' অমসুং 'মোহেনজোডারো'গী সভ্যতা থনম্বা কাংবুনসু লাৎলম্বগী প্রমাণ ফংই। হায়রিবা মফমশিং অসি তৌবদা 'শিব'গী মুর্তী ফংখি। মফম অসিদা তারম্বা কাংবুদি দ্রাবির জাতিনি হায়নৈ–ভারতকী খা থংবদা লৈরিবা মীশিং। দ্রাবির-শিংগা মনিপুরীশিংগা শক্তাদি খেন্নে তৌইগুম্বসুং সংস্কৃতি (culture) দি য়াম্না মান্নে। মনিপুরদা 'শিব'না খুন্দাবা অদুগা 'হারপ্পা অমসুং মোহেনজোডারো' তৌবদা ( dig ) 'শিব'গী মুর্ত্তী ফংখিবা অদুনসু মরম অসোমগী লংলা লংজিন ওই।

শিব মহাদেবনা মনিপুরদা খুন্দাবসি চিংদা হান্না তাই হায়বা ঐখোয়না থেংনৈ। মসিনা তাকপদি মনিপুরদা খুন্দাবসি চীংদনা হানবা তাবনি। অদুনদি মতম অদুদা মনিপুর তমপাক অসি ঈশিংনা থুমলম্বা তাই। মসি ৱারীদসু হায়রি। ঈশিং কংথরকপগা লোইনা লোইননা চীংদগী তমদা খুন্দারকপনি হায়বদা করিসু চিংননিঙাই লৈতে।

হৌজিক্কী মতম অসিদা মনিপুরীশিং অসি মঙ্গোলিয়ান্নি হায়নরি।

নোংপোকলোমগী মীওইশিং অসিবু মঙ্গোলিয়ান হায়না খংনৈ। মঙ্গোলিয়ান হায়বা ৱাহৈ অসি ইংরাজী লোন্দী ( Manglian ) অদুগা ইংরেজ অমসুং ইউরোপকী মীনা 'মঙ্গোল' হায়বা ৱাহৈ অসি কদাইদগী লৌরকপনো হায়বা ঐখোইনা থিজিনকম থোকই।

খৃষ্টনা পোকখ্রবা মতুং তরানিথোইশুবা শতাব্দীদা ঐখোয়গী এসিয়া মহাদেশকী মনুংচনবা মঙ্গোলিয়া হায়বা দেশ অসিদা চেঙ্গিজ খান কৌবা মুপা অমা ফাওরকুনা মতম অদুগী পৃথিবীবু থক থক নিকহল্লমই। লৈপাক জয় তৌবা মুপা অমসুং মীয়ামগী লুচিংবা অমা ওইনা ঙসি কাওবা অসিদা চেঙ্গিজ খান ( Chengiz khan ) অসি পৃথিবীগী খ্বাইদগী হেন্দোক থোইদোকলবনি। কনা অমতসু মহাক্কা চাংদমবা য়াদে। মপাঙ্গন অমসুং মচৌশিংনা জয় তৌরম্বা লৈবাক অসি নোংপোক্লোমদা প্রসান্ত মহাসাগরদগীনা নোংচুপলোমদা কৃষ্ণ সাগর (Black sea) কাওবা শন্দোক্লমই।

চেঙ্গিজ খান অসি শোক ১১৫৫ দা পোকই। অঙাং য়াম্না ওইনা মপা কাইনখি। অসুম অহনবা লৈতনা হোৎনরকপনা মমৈদা মহাকপু অচৌবা খান নত্রগা কাগান হায়বদি নিংথৌরেন হাপখি। মতম অসিদা মহাক চহি য়াঙ্খেদগী হেল্লে। অসুম্না, চহি য়াঙ্খে হেল্লগা লৈবাক জয় তৌবগী থবক চৎথখি। মতম অদুদা মহাক্কা জয় তৌখিবা অদু মহাক্কা পোকখিবা মঙ্গোলিয়া অসিগুম্বা নিপান্দগী হেন্না চাওই অদুগা হৌজিক্কী ঐখোয়গী ভারতকুম্বা তরানিথোইদগী হেন্না চাওগনি। মহাক্কা জয় তৌখিবা লৈবাকশিং—কোরিয়া, ইরাক, রুস, খীবা সম্রাজ্য ( হৌজিক্কী ইরান অমসুং আফগানিস্তান )— অসি হৌজিক্কী মঙ্গোলিয়াদা তারিবা মীশিং অসিগুম্বা ১৮২ দগী হেনগনি।

শগোল তোংবা লাম্নী লাখ মঙাতনা মহাক্কা নোংপোক্লোমদগীনা মাঞ্চুরিয়া ( Manchuriya ) অদুগা নোচুপ্লোমদা কাকেসস ( Caucasus ) কাওবগী মমুংদা লৈবা লম অসি তমথিরবা নোং-মুংশিংকুম্না

খংহৌদনা মঙ্গোলীয়াদা হৌরক্লগা ঙংহূনা নৈথেকখী : মতিক মঙাল লৈরবা নিংথৌ কয়া ২ অমসুং থৌরবা সেনাপতি কয়ামক্রম চেঙ্গিজ খানগী নোং মুংশিংনা মাইগৈ খংদনা চেনথুহূনা ফুজিল্লমই। অসুম তৌনা মঙ্গোলিয়াগী মরুভুমিরোমদগী শিংলকপা নোং মুংশিং অসিনা ইউরোপকী য়েনখাদা ফুজিল্লকপদা মতম অহুগী সংসার অহু থরক হুনগংখি। অসুক চাওবা লৈবাক অসি জয় তৌবদা চেঙ্গিজ খানগী মখুত্তা মী লাখ ১৮০ মথৱাই মাংখী। মতম অহুদগী মীহাৎ থীবা, থৌনা ফবা অমসুং লান্দা হৈ-শিংবদা 'মোঙ্গোল'হু মঙাইরে হায়না প্রমাণ তৌনৈ। হৌর্জিক ফাওবদা ইউরোপকী জাতীশিংনা মরুওইনা ইংরেজশিংনা তমথিবদা 'মোঙ্গোল' গুমইদা হায়নরি—'Mongoloid destructiveness', হায়রিবা মোঙ্গোলশিং অসিগা শক্তা মান্নবশিংবু মোঙ্গোলিয়ান হায়বদি মোঙ্গোলশিংগী কাংবু হায়না খংনরে।

অসুক চাওববা মী অমত্তগী থবক, ঙসি ফাওবদা থোকখিদ্রিবা,* চেঙ্গিজ খানগী পান্থোমতনা শেমগৎলম্বা সম্রাজ্য অহু নিংশিংলুরগা ঐথোয়না খংবা ওম্বদি কনাগুম্বা মী অমনা মহাক্কী পুন্সিদা কদাই ফাওবা তৌরম্বা ঙম্বগে হায়বগী লারবা খুদম ফংই। হায়রিবা মোংগোলশিং অসিনা হৈনজবদি শগোল অমসুং থাংদনি। মখোয়গী থাং অহু ইংরেজীদা 'সিমিটার' (Scimitar) কৌই।

চেঙ্গিজ খান অসি পাঙন নত্তে; 'খান' নত্রগা 'কাগান' হায়বা অসি মখোয়গী চৎনবী মমিংনি। মহাক্কী ধর্ম্মদি অতিয়াগুরু (কুরু) শিদবা লাৎলি। মহাক্কী শাগৈ-নাতৈশিংদি মমৈদা অয়াম্বা ইসলাম ধর্ম্ম চৎখি। মঙ্গোলশিংগী চৎনবী মমিং অমমা 'বাগাতুর'—'থৌনা ফবা' য়াম্না কৌনৈ। 'খান' হায়বা মিংথোল অসি আফগানিস্তান লোমদদি মী খুদিংমক্কী ওইনা কৌবগুম তৌই। মসি মঙ্গোলিয়ারোমগী থৌনা ফবশিং অহুগী মতৌৎম্বা ওইরম্বা য়াই মরমদি— আফগানিষ্টান অমসুং ইরান অসি চেঙ্গিজ খানগী সম্রাজ্যগী মনুং চনবনি। প্রমাণ ওইনা হায়ববদা ইংলিসকী 'সার' (ইবুংঙো) হায়বা ৱাহৈ অহু ভারত মচাশিংনা মমালোনগুম্না শিজিন্নরকপগুম্বনি।

চেঙ্গিজ খান শোক ১২২৭ দা মশাগী চহি ৭২ শুবা মতমদা শিথি। মহাক্কী মচাম্নুপা ওঘোতাইনা নিংথৌ ওই অমসুং মহাক্কী মতমদা মঙ্গোলশিংনা অসুম জয় তৌরকপনা ইউরোপকী ময়াই য়োৗরকলগা সাইলাসিয়া কৌবা লমগী লেবনিটজ ( Liebnitz ) হায়বা মফমদা পোলেণ্ড অমসুং জর্মনীগী অপুনবা লাম্মীশিংবু মঙ্গোল লাম্মীশিংনা শোক ১২৪১ দা তকখাইখি। মসিদগীদি ইউরোপ অপুম্বা জয় তৌবদা য়াম্না লাইরননি অতুবু থংহৌদনা ওঘোতাইনা শিথিবদগী য়ুমলোমদা নিংথৌ থুবম মুন্নবগী ৱা থোক্নুনা মাইথিবা ফংখিদ্রবা মঙ্গোল লাম্মীশিং অতু শোক ১২৪২ দা মঙ্গোলিয়াদা হুনবা তাখি। মতৌ অসুন্না ইউরোপ হিংহৌই। ওঘোতাই শিরবা মতুংদা মংগুনা নিংথৌ ওই। মনিপুরীশিংগী মরক্তা মক ওইনা মৈতৈশিংদা মঙ্গী হায়বা মিং অসি য়াম্না তোইনা কৌনৈ। মসিগী অর্থ শোয়দনা লৈগনি। বাবর হায়বা মুপা অমা শোক ১৫২৬ দা চোংশিল্লকুনা ভারত্তা মুগোল সম্রাজ্য লিংখৎলমই। হায়রিবা বাবর অসি মঙ্গোলনি। মহাক্না লিংলম্বা সম্রাজ্য অসি ভারত্তা মুগোল সম্রাজ্য হায়না চহি ২০০ রোম পানখী।

মনিপুরীশিংগী নশাগী লৈজরম্বা ধর্ম্মদি 'অতিয়াগুরু নব্রগা কুরু ( কুবিবা ) শিদবা' লাৎপনি। ধর্ম্ম অসি য়াম্না পাকথ্রে ; ব্রহ্মাণ্ডদগী ৱাথন্না য়ুমফম ওইবনি। ঐখোয়গী ইপা ইপু পোকপা খুরুম্বা অসিসু চিন লৈবাক্তদি য়াম্না অচৌবা থৌদোক অমনি। ঐখোয়গী কাং মওং অসিগা চিন লৈবাক্কী য়ুম মওংগা য়াম্না মান্নৈ। মনিপুর হায়বা অসি মহাভারত্তা য়াওই হায়তুনা মনিপুরী অয়াম্বনা চাওথোকনৈ তৌই-শুম্বসুং মহাত্মা গান্ধীগী মত মতুং ইন্নদি লান অসি ঐখোয়গী হকচাংদা অফবা ৱাথনগা অমসুং ফত্তবা ৱাথনগা চিংথেক্নবগী লাননি হায়না তাকপিরমই।

শোক ১৭১৪ দা শ্রীশান্তিদাসনা রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোরকপদগী ধর্ম্ম অনি চৎপা অমসুং চংতবা খাইদোবতুনা মনিপুর অসি কাংবু

অনি থোকপা হৌখি। তমগী মীনা ধর্ম্ম অসি চৎখিবদগী চীংগী কাংবুদগী অসুম অসুম লাপথোকপা হৌথী। হৌকম তিন্নবা, ঈ তিন্নবা, ধর্ম্ম তিন্নরম্বা চীংমী ইচিন ইনাওশিংবু নোংমা ২ লাপথোক্ল-রকপা অমসুং অসুম ২ কাওহনখিবনা ওসি চীং অমসুং তমগী মরক্তা অসুক নিংবা কাইবগী থাক য়ৌররে। শোক ১৮০১ গী অহুরাইদদি মনিপুরীশিংগী হান্নগী ময়েক থাদোরক্লুনা হৌজিক ইনরিবা ময়েক অসি কন্না শিজিন্নবা হৌথী।

# ৯ শুবা পন্দুপ

মনিপুরগী লিৱবা ইতিহাসতগী হৌজিক লানগী মতমদা অমুক লাক্লসি। শ্রীগুন সিংহনা হায়বদগী কেন্দাটকী তজিনা মতুংদা মৈতৈ মচাশিংবু থিনা তৌজবোই হায়না খুমখ্রে। জাপান্না মনিপুরীশিংবু পোৎথাং পুবা কুলী ওইনা শিজিন্নরম্বতু থিংলে। বৃটিশনা লৈবা মফমদা মৈতৈশিং অদু থাদুনা স্পাই ওইহল্লি। বৃটিশকী লাম্মী লৈবা মফমদা আই, এন, এগী চে চাইহল্লি।

নোংমা কেন্দাটকী কৈনা-অমু কৌবী মুপী অমগী শল অঙাংবী হাতম অমা জাপানগী স্পাই আফিসার অমনা তজিগা লোয়ননা লাক্লগা পিয়ু হায়বমই। মদুদা মুপী অদুনা মঙোন্দা পিবা পাস অদু উৎখি। মদু ফাওবদা শল অদু পিয়ু হাযনা কন্না হাযবমই। মুপী অসিনা লাকুনা শ্রীগুন সিংহদা তন্নরে। শ্রীগুন সিংহনা চৎখি-বদা আফিস পুবা কেপ্টেন য়ামাদাসান বেঙ্গুন হেড কাটরদা চৎখিদুনা মহাক্কী চার্জ পুবা নাগাসিসানগা উন্নকই। আফিস অদুগী দলান মথক থংবদা কাদুনা মবান্নী শল অদুগী মবমদা ঙাংনখি। জাপানগী আইন্দা মশানা য়াদনা নমদুনা কবিগুম্বা অমতা লৌ হায়বা লৈতে অদুবু লান্দা চীংদুং-মানুংদা ৱানা শোক্লরিবা লাম্মীশিংবু পিজনিংদুনা তৌবনি হায়না শ্রীগুন সিংহদা হায়খি। আফিসার অদুনা হায়খী— "ঐখোয় জাপানসু নখোযগুম্না হান্না চহি ৬০ গী মমাংদদি শা-ঙা চাদবা য়াওরম্বনি অদুবু ঐখোয জাপানগী মথক্তসু বৃটিশনা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা নমথবগুম শোয়দনা নোংমা নমথবক্কনি খনবদগী শা-ঙা কন্না চাথ্রবনি। ব্রহ্মা য়োৗরকপসিদা ঐখোয় জাপানশিং অসি লিনসু চাবে, হুইসু চারে, পংচাদা চাখরে; অঙকপনি। শা চাবনা চাদবদগী মতম শাংথনা থবক শুবা ঙমই। মশা মশানবু যাদ্রবদি ঐখোয় জাপানশিংনা কবিগুম্বা পোৎ অমতা লৌরোই, মসি নহাক্কী মীদা

লোন্না তাকপিয়ু ঐনা তাকপনি গায়বিরুম্মু। সপ্লাই আফিসারনা শল অদু লৌরগা ঐখোয়গীসু শরুক থুংলক্কদবনি মখোয়না চাগদবা নত্তে।”

অসুম তৌদুনা পাস অমমম পায়হন্দুনা মৈতৈশিংগী শল হাৎপা থিংলমই। মদু তাবদা হিন্দু থালাশিংনা মখোয়গীসু পাস পিয়ু “ঐখোয়সু হিন্দু ওইবনা শল অসি হাৎহলনিংদে” হায়দুনা মখোয়গীসু পাস অমমম পিদুনা হিন্দুশিং অমসুং মৈতৈশিংগী শল হাৎপা কল্লমই। অচুম্বা অমসুং অরুবা তানবনা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী হৌফম ওইরবদি ধর্ম্ম অমগা ধর্ম্ম অমগা থেংনফম থোক্কবনি।

মতুংদা নোংমা সপ্লাই আফিসারনা মৈতৈ অমগী শল লৌগদবগী চালাক তৌবদা শ্রীগুন সিংহনা উন্নবদা আফিসার অদুনা হায়খী—“ঐখোয় নখোয়গী স্বরাজ পীনবগীদমক লাক্লিবনি, বৃটিশকা লান থেংনগদৌবিবনি অদুনা চীংমুংদা লৈরিবা থারবা লাম্মীশিং অসি পিজনবা শলনি মসিদা নখোয়না হুরাও হুরাওনা শল অসি পিফম থোকপনি”। বা অদু তাবদা শ্রীগুন সিংহনা খুমখি—“ঐগী জাতীনা পাম্বা, চংনবী কুহী অমসুং ধর্ম্মবু ঙাকপা গুম্ববু স্বরাজ হায়বনি। হিন্দুশিংনা শলবু লাইনি হায়না পূজা তৌনবনি মদু নংনা হাৎতুনা চাগে পিরো হায়রবদি ঐখোয়না পামলিবা স্বরাজদি অদু নত্তে।” অসুম তৌদুনা জাপানশিংনা মৈতৈ অমসুং হিন্দুশিংগী শল হাৎপা পুমথিং থিংখি। অদুদগীদি শ্রীগুন সিংহ মোলাইক্তা হল্লকুনা লানম্মী থবক কল্লা গুরে।

মুংথিন্দা মুমিৎ খুদিংগী বৃটিশকী এরোপ্লেন পাইরক্কুনা আফিস তম্না বোম হেক ২ থাদরৈ অমসুং মেচিনগন কাপশিল্লমই। মবম অদুনা অয়ুক গুন্না চাক চারগা চীংদা চংতুনা থবক গুবা তারমই। লানগীদমক জাপানশিংনা পুখোরকপা মেপশিং অদু মরম অয়াম্বা য়াম্না গুগায়না য়াওরমই। মেপশিং অদুদা লবাই খুদিং, খুন খুদিং লোইনা য়াওই। থুংলু থুংলুগদবা খুনশিং অদুগী চাথোক

হান্না পাখোকই মরমদি লম্বী লৈতবনা লান কাগদবনিনা খুদোং চারোইদবা লৈরমই। মরম অদুনা লান কাবা হৌবদা মুমিৎ তরা, তরানিগী চিঙ্গাক মী খুদিংমক্না পুবা হায়না তান্নরমই। য়োকু য়োকুবা মকম অদুগী চিঙ্গাক অদু চারগা কোন্না লান লোইরগা শিংবিগদবনি হায়না তানরমই। জাপানগী আফিসারশিং অদুনা মনিপুর অসি করম্বা মওংদা লৈবা পাম্বগে হংবদা শ্রীগুন সিংহ অমসুং শ্রীমুখ সিংহ অনিনা খুম্নমই—("এৈখোয়দি লৈশেমচৈদগী নিংথৌ পানবা লৈবাক্কি ঙসি ওয়াংদা বৃটিশকী মখা পোনবা নত্তনা নীখা পোল্লক্কে। মরম অদুনা মনিপুরদি ইনিং তৌনা হান্নগুম্না ষ্টেট অমা ওইনা লৈগনি।" হায়রিবা রাকম অসি জাপানশিংনসু য়ারমই।)

আফিস অসিদা পার্টি মঙা লৈরমই—(১) মনিপুর পার্টি (২) উতেজী পার্টি [ব্রহ্মা] (৩) অমরসিংহ পার্টি [ভারত] (৪) খান পার্টি [ভারত] (৫) আই, এন, এ, পার্টি—লেফটেনেণ্ট ভীম সিংহ অমসুং লেফটেনেণ্ট শ্যাম সিংহনা লুচিংবুনা। অতৈ পার্টিদি মাগী ২ পার্টি লিডরশিংনা দায় পুরমই। মনিপুর পার্টিগী দায়দি শ্রীগুন সিংহ অমসুং শ্রীমুখ সিংহ অনিনা পুরমই।

মৈতৈগী তোম্বাসিংহ, বাবুসিংহ অরাগী স্পাই মকোক তাকউনচিংবা থাদুনা চীংগী মীগা মরী থম্নবা হোৎনখি। অসুম তৌদুনা গোলকোম বস্তিগী হোলকোয়াম কুকি, চহি ১২/১৩ শুবা অঙাং অমগা অহল চহি ৩০ মুক শুবা অমগা থবক অসিগী মতেং পাংনবা ফংলে। মমৈদা য়োলপাও কুকি, লমখোথাং কুকি অমসুং লমজাঙম কুকিনচিংবা য়াওরক্লে। ব্রহ্মাদা লৈবা মৈতৈ মখৈসু—কলেময়ো, মণ্ডলেনচিংবদগী কেন্দাটতা পুল্লরদুনা লান চংবগী ফিবম শেম শাদুনা লৈরমই। কেন্দাটতা পুল্লিবা মৈতৈ ময়াম অসি মিষ্টর মিয়ুরাসাননা কন্না ট্রেনিং পিরমই। অদুদগী শোক ১৯৪৪ গী মার্চ্চ থাদা মনিপুর পার্টিগী মী য়েম্বোক্লদুনা মিষ্টর মিয়ুরাসান, নাগা সিসাননচিংবা জাপান

সাহেবশিংগা মৈতৈ ১৩ অমগা চৌন চীংশাং কাহুনা চুরাচান্দপুর তানবা চংখি। মখোয়গী মমিংদি :—

১। শ্রীবলহভ শর্ম্মা, বামোন লৈকাই। ২। শ্রীসলাম য়াইমা সিংহ, শোইবম লৈকাই। ৩। শ্রীমাইরেনবম অহনজাও, মোইরাং। ৪। শ্রীতখেল্লম্বম চন্দ্র সিংহ, খুরাই। ৫। শ্রীমুতুম চাওবা সিংহ, কৈরাও। ৬। শ্রীলাইশ্রম নিংথেমজাও, কেন্দাট। ৭। শ্রীতোম্বা সিংহ, কেন্দাট। ৮। শ্রীক্ষেত্রিময়ুম বাবু সিংহ, তেরাকৈথেল। ৯। শ্রীওইনাম মাইপাক সিংহ, চরাংপাৎ। ১০। শ্রীনিংথৌজম গুলাপ সিংহ, হৈরোক। ১১। শ্রীলাইশ্রম তোলমু সিংহ, কেন্দাট। ১২। শ্রীতোম্বী সিংহ, কেন্দাট। ১৩। শ্রীমঙ্গী সিংহ, কেন্দাট।

মাইকৈ অশোমদা হান্না মী তরুক অমস্থ থাজিনথী :— ১। শ্রীনোংথোম্বম অমু সিংহ, হুইকপ। ২। শ্রীচানম অমু সিংহ, থৌবাল রাংখেম। ৩। শ্রীম্নাজাও, থৌবাল। ৪। শ্রীকোংখাম অঙৌ সিংহ, রাবগাই। ৫। শ্রীসাপম অঙৌ সিংহ, কবো রাকচিং। ৬। শ্রীথৌরোইজম তোম্বা সিংহ, মোইরাং।

শ্রীগুন সিংহ অমস্থং শ্রীমুখ সিংহনা লুচিংহুন। লেমহৌবা মৈতৈ মখেনে অমস্থং চীংমীগী লুচিংবশিংনে মনিপুরগী খা নোংপোক সিমনাদা লৈবা চাংপাল, লিবুং, খোংকাং বস্তিদগী কাহুনা সারকেম চীংশাং অমস্থং আংর্পর্স্থ রোমদা লান কাখৎলি। কাংলুপ অসিদা চৎপশিং : ১। শ্রীলাইশ্রম গুন সিংহ, লাইরিক য়েংবম লৈকাই। ২। শ্রীলাই-খুরাম মুখ সিংহ, থাংমৈবন্দ। ৩। শ্রীলৌক্রাকপম মুখ সিংহ, কৈরাও। ৪। শ্রীঅরিবম অতোম্বাবু শর্ম্মা, থাংমৈবন্দ। ৫। শ্রীঅমু সিংহ, কৈরাও। ৬। শ্রীনোংথোম্বম অমু সিংহ, কেন্দাট। ৭। শ্রীলাইশ্রম যুগেন্দ্র সিংহ, কেন্দাট। ৮। শ্রীবাটৌ শর্ম্মা, মণ্ডলে। ৯। শ্রীসিটসেন শর্ম্মা, মণ্ডলে। ১০। শ্রীবামাও শর্ম্মা, মণ্ডলে। ১১। শ্রীসোগাইজম খোমদোন সিংহ, কেন্দাট। ১২। শ্রীইবোতোন সিংহ

ককচিং। ১৩। শ্রীমাইরম থাগোই সিংহ, কেন্দাট। লুচিংবশিংগী মস্থংদা শ্রীলাইথুরাম মুখ সিংহ অসি থাংমৈবন্দগী চৎখিত্নুা ব্রহ্মাগী কেন্দাটতা লৈখিবনি, মকম অদুদগী লান কায়কপনি।

হায়রিবা পার্টি অসিনা চাংপোল কারকপদা বৃটিশকী লান্মীশিংনা কিত্নুা চেনখিরমই অমস্থং মখোয়না থাংদা আলু ভাজা তৌরম্বা থাংথয়মদে। জাপান্না তান্ন তান্নত্নুা হাৎলম্বা বৃটিশ লাম্মী লম্মীদা ভুত্নুা কয়া ২ শিরমই। শ্রীলামখোথাং কুকি অমস্থং গুনখোথাংনা য়েক্লবগী মাইকৈদা য়াওবা চীংমী কুকি ভি ফোর্সশিংবু মনিপুর পার্টিদা চিংশিল্লমই। শ্রীলামখোথাং কুকিনা চীংমী নিংথৌশিংবু মথং মথং চিংশিল্লকপদগী শ্রীগুন সিংহ অমস্থং মহাক্কা লোয়নবা কেপ্টেন য়ামাদসান্না মহাকপু মনিপুর পার্টিগী ভি ফোর্সকী কেপ্টেন হাপলমই। মতৌ অস্থুম্না চীংমীশিংবু মথং মথং চিংশিনখি। শ্রীলামখোথাং কুকি অসি তেংনৌবন্দ সব-ডিবিসনগী রায়াং খুন্দা লৈবা মুপানি।

## ১০ শুবা পন্দুপ

মতম অদুদা মণিপুরদা মী থাদুনা ময়ামদা চৎথরক্লিবা থবক অসিগী মরমদা খংহনবা য়াম্না দরকার ওইরমই। থবক অসি তৌবি-নবা মী য়াম্না তাংলবদা শ্রীলমজ.ঙম কুকিনা মাগী মুপী হোয়াকিম পুদুনা শুগুমু লম্বী চৎলগা য়াম্না ৱানা মণিপুর য়োদুনা শ্রীপোৎশংবম তমাল সিংহ, শ্রীলাইশ্রম কাহ্নাই সিংহ, শ্রীথোকচোম অঙৌ সিংহ অসিনচিংবদা পার্টি অসিগী চিঠি অমসুং চেনচিংবা পিদুনা পাও খংহনখি। মদুনা মরম ওইদুনা হায়রিবা ভদ্রলোকশিং অসিনা জাপান অমসুং আই,এন,এ, গী মতেং য়াবমখৈ পিরমই। শ্রীলমজাঙম কুকিবু অমুক হন্না থাদুনা শুগুমুগী লমদা লৈবা শুকোম নিংথৌ পুরকই। মহাক্না শুগুমুদা চৎতুনা থবক তৌরকপদা শ্রীডাক্তর গুলাপচাও সিংহনা মরম খুদিংমক্তা মতেং পিরমই অমসুং মশামকসু মণিপুর পার্টিদা য়াওরিবনি হায়দুনা ।হদাক্চিংবা পিরকই। মতৌ অসুম্না ডাক্তর গুলাপচাও সিংহনা মণিপুরগী নিংতম্বগী লান্দা মানা ঙম্বা মওংদা অথাকপা লৈতনা হোৎনখী। হায়রিবা লমজাঙম কুকি অসি মণিপুর পার্টিগী স্পাইগী মকোকনি। মহাকসু তেংনৌবন্দগী ৱায়াং খুন্দগীনি। মতম অসিদা পার্টি অসি চীংগী খুন্দগী ফৌ লৌরগা য়োৎকী তুপীদা শুদুনা চাবা তারমই।

পার্টি অসিনা সার্কেম চীংশাংদা কেম্প শাদুনা লৈরিঙৈদা য়েক্লবগী লমদা লৈবা খুনশিংগী নিংথৌশিংবু ভি, ফোর্স থাদুনা কৌহল্লি অমসুং নিংথৌ অয়াম্বা চংলক্লমই। মখোয়না মাগী ২ খুন্দগী রেসন পুরক্লমই।

মতম অসিদা রেসন য়োদদুনা খুন অতৈ অতৈদগী ফৌ হোল্লুরগা য়োৎকী তুপীনা শুম্বন ওইদুনা টেলিফোন তারানা পুল্লগা উগী বেংগী শাদুনা ফৌ শুরগা লান মাংথাবা সিফাইশিংগী রেসন হুল্লমই।

মমৈদা তুমুদা লৈবা বৃটিশকী লাম্মী জাপানশিংগী মখুত্তা তারহুনা হুন্দোক্লম্বা পোৎচৈশিং অতু জাপানশিংনা শিজিন্নহৌই। জাপানশিংনা আংপ্রস্থ য়োৌরগা কোন্না তুমুদা লৈবা বৃটিশ তেঙ্গোন মথন্ত কাইজবনি। কেপটেন লমথ্থাংনা মোম্বীদা লৈবা য়েরুবগী মঙং য়েংবা অমস্তুং এরিয়া অসোমগী নিংথৌশিং অমস্তুং প্রজাশিংবু মথং মথং থোমজিনবা চৎথ্রিবৈদা সিহাও নিংথৌ লিমথুসৈনা বৃটিশকী ভি ফোর্সকী সেকশন কামাণ্ডর ওইনা লৈরম্বদগী মণিপুর পার্টিরোমদা চংলক্লুনা য়াওরে। মহাক ওফিসার অমা ওইনা থবক, য়াংনা অমস্তুং থরাই য়াওনা আংপ্রস্থ য়োৌবা ফাওবা পুখি। অতুগী মতুংদা আংপ্রস্থ য়োৌরবদা থোংখু শাটনা য়েরুবগী ওভরসিয়ারগী থবক পুরম্বদগী মণিপুর পার্টিদা চংতুনা মানা অমুক ভি ফোর্সকী লুচিংবা ওইনা থবক পুখি মহাকপু রামাদাসান কেপটেন্নস্থ য়াম্না লুনা থমখি অমস্তুং ইম্ফাল থুনা লৌর-গনি নিংতুনা হরাওজখি। মতুদগী পাওয়াঙম, পাওয়াশৈ য়ুপী, লেট-খোঠাং হলুংদিং, তোইতুং নিংথৌ য়ামথুলুন ১স্তুং চুরাচান্দপুরগী দাম্পী —নিংথৌমচা লেটখোথাংনচিংবা ময়াম চংলকখি। মখোইশিং অসিনা চামোন কেম্প য়োৌরকপদদি V Force কী মকোক অমমম ওইনা য়েরুবগী পাঙ্গল ময়েং তাহনথী। দাম্পীগী লেটখোথাং অসি ইং শোক ১৯১৪ দা অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী মতমদা মাগী মপানা চীংশাং লাকপা ওইবনা কুকি লানগী লুচিংবা ওইরুবদগী বৃটিশকী অকনবা চৈরাক ফংখী। মতুগী রারীশিং অতু তাবদগী লমন খুম্বা মতাং চারহুনা মথরাই য়াওনা মণিপুর পার্টি অসিদা চংতুনা লান লোইবা ফাওবা ব্রহ্মাগী তাউঙ্গু য়োনা চৎতুনা লাল য়াওখি। তাউ-ঙ্গুদগী হায়রিবা দাম্পীগী লেটখোথাং, লময়াং—পলেটমতে, খেংয়োই নিংথৌ—য়ামথুলুম, উখাগী সেমখোহাও ১স্তুং পাকাং কুকি মখোই ৫ অসি বৃটিশনা ফাহুনা মেনজান (ব্রহ্মা) জেলদা থমখী মতুদগী ইণ্ডিয়াদা চিট্টাগোং, অতুদগী কলিকটা I. N. A. জেলদা চহি অমা মখাইরোম থমখি।

আংগ্রেসুদা কেম্প শারবা মতমদদি চীংগী খুন অয়াম্বগী মতেং নিংখিনা ফংলমই। মথংদা চামোন, ব্রাংকু, খোংজোন, মোনজাং অদুগা মমৈদা য়াইফোদা কেমপ শাররে। অহিং অমা ময়ামগী মকোক ওইবা জাপান আফিসার য়ামাদাসান্‌না চিংহুনা আই, এন, এ, অমসুং ভি ফোর্স থরগা অনালগী লম চাণ্ডেলদা লান চংলি ; মফম অসিদা য়েক্লবগা থরা কাপ্লখি। য়ামাদাসান্‌না মখোয়গী গিরজা অদু মৈ থাবদা খুনগী মী অয়াম্বা চেনখী অমসুং খুনগী মী ১ ফারকই। নোংমা চকপী তুরেন্দা লোং খোনবী অনাল অমা মণিপুর পার্টিগী ভি ফোর্সশিংনা ফারক্লনা নুমিৎ নিনি থমখি অদুদগী বৃটিশলোমগী অরোনবা পাও পুরকউ হায়দুনা মাবু থাখি।

য়াফোদা শাবা কেমপ অসিদা আই, এন, এ, ১০০০ রোমসু সুমেজর অমগা অমসুং কেপটেন দেবী সিংহগনা চিংহুনা লৈরমই। মফম অসিদা থা মথাই অমরোম শুরকপদা বোম তাখি। ময়াম লানগী থবক শুরিবা অদুব্রাইদা বোম অমা তাখি। তারিবা বোম অদুগী মনাক ফুট তরারোম লাপ্পা কোম অমদা, জাপানগী আফিসার য়ামাদানচিংবা অহুম, সিফাই থরা অমসুং শ্রীগুন সিংহসু লোৎলমই। মতম অদুমক্তদা পলেন্দগী বৃটিশনা কাপলকপা তোপ মরুশিংনা মখোয়গী মনাক্তা, চকপি তুরেন্দা ইতৎ তৎতনা তাখি। অদুগা মনিং চীংদোনলোমদগী মেচিনগন কাপশিল্লকপনা কোমদগী থোকপা লুনা থোক্লমই, মথক্তগী প্লেননা বোম থাদরমই, মেচিনগন কাপশিল্লমই। আফিসার য়ামাদাসাননা খোংজোনলোমদা হন্দোক্লসি হায়দুনা আই, এন, এ, শিংনে অমসুং জাপান সিফাই থরনে থনম্লগা মখোই খোংজোন্দা হন্দোকখী। অস্লুম্মা য়াফোগী বোম তাবা অসিদা শ্রীগুন সিংহগী অরু অরুবা চে, লানগী মন্নমদা শুগাইনা ইবা ডাইরি অমসুং অতৈ কয়ামরুম মাংখী। ভি ফোর্স থরা অশোক অনা য়াওরমই অদুগা হলুখুশৈ কৌবা ভি ফোর্স অমদি শিরমই ; আই, এন, এ, সিফাই থরা শোকখী, থরা শিখি। খোংজোন য়োনা হন্দোক্লবা মতমদা অরৈ

অরৈবা শেংনা-খাইনতুনা লেনখী। চাকথোং কোন লৈতবদগী শ্রীগুন সিংহদি নুমিৎ ৬ নি ফাওবা চাক চাখিদে।

লৈফমগীদমক্তা খাংকুদা কেম্প শারমই। মফম অসি ঈশিং য়াম্না লাপমমবদগী ঈশিং শোকপিনবা মী ফংদতুনা ঈশিং হেক ফংদে। ময়ামগী ঈশিং ফংননবগীদমক্তা শ্রীগুন সিংহনা খুনগী নুপী অঙাংশিংবু শোকহল্লমই; অমসুং মহাক্তি তুম্বা মতম যৌরবা ফাওবা থবক চিল্লমই। মতু উবদা জাপানশিংনা মণিপুরীশিংবু ভারতকী মনুংদা অঙকপা জাতি ঑মনি হায়না ইকাই খুম্নখি।

মতম অতুদা মহাক উহৈ-ৱাহৈ মনামশিং চাতুনা লেনখী অমসুং দারচিন খুনগী ভি ফোর্স আংনিন হায়বা অমনা মহাক্কী চানবা আলু, পান, মাঙ্গরেন্নচিংবা খিতুনা পুরকই। তরুকনি শুবদা য়াম খরা ফংতুনা নতু লাদা তোংলগা পাক্লা নমতুনা উতোংদা য়েনশাং থোংলগা চাখি। নুমিৎ ৭ নি শুবদা থোং-থাক্লবা কোন্নচিংবা শ্রীমুখ সিংহ কৌবা আংপরসুদা লৈহৌবা মৈতৈ নুপা অতুনা পীরকতুনা চাক থোংতুনা চাখি।

## প্রসান্ত মহাসাগরদা

হৌজিক পৃথিবীগী মফম তাতৈদা লানওং কবম তৌরিবগে হায়বা অমুক্কং য়েংখিসি। ঐখোয়না থেংনখ্রে শোক ১৯৪২ গী হৌরকপদা জাপান্না কেরোলিন্স, জিলবার্ট অমসুং নিউ বৃটেন্নচিংবা ইথৎশিং লৌশিনখি। তাতুবু ফেব্রুৱারীদা আমেরিকাগী লাম্মীনা প্রসান্ত মহাসাগরদা লৈবা মার্সাল, জিলবার্ট ইথৎমপৈ, নিউ বৃটেন অমসুং ৱাক ইথৎনচিংবদা লান্দাখী। মার্চ থাদা জাপানগী কোন্নুং টোকিওগী থা-নোংপোক থংবদা লৈবা মারকস ইথৎ অমসুং সালামাওনচিংবা ইথৎশিংদা আমেরিকানা বোম থাদখি। এপ্রিলগী তারিখ ১৮দা টোকিওদা বোম তাখী। মে ৭ অমসুং ৮ দা বিসমার্ক ইথৎমপৈ মনাক্তা জাপানগা আমেরিকাগা অকনবা ঈশিংগী লান চথখি। আমেরিকাগী জহাজ অচৌবা অনি থিনা শোকখি, প্লেন অনি কাপথখি। জাপানগী

প্লেন পুবা জাহাজ অমা, অচৌবা ক্রুইজর ( থুনা য়াংনা হোনবা য়াবা জহাজ ) অহুম, ডেস্ট্রায়র অনি অসিনচিংবা মাংহনখি। মতম অসিদগীদি জাপানগী ঈশিং লানগী থবক অসি প্রসান্ত মহাসাগরগী ময়াই অমস্তুং অরাংলোমদা থৈখী।

জুনগী তারিখ ৩ দা মিডরে ইথৎতগী আমেরিকাগী প্লেনশিংনা জাপানগী জহাজ মপৈদা বোম থাদখী। আমেরিকাগী ঈশিংগী অচৌ অচৌবা জহাজ অমস্তুং মথল মথলগী প্লেন্না জাপানগী জহাজশিংদা লান্দাখী। আমেরিকাগী তোরপেডো বোম্বর অনি ঈশিংগী তোরপেডো প্লেন মঙা অমস্তুং ডাইব বোম্বর নিপান কাপথখী। ডাহাক চৈরক অদুদা জাপানগী জহাজশিংদা আমেরিকাগী তোরপেডো স্কাড্রোনশিংনা কন্না লান্দাখী, জহাজ অমদি লুপহনখী। অসুম তৌনা কন্না অসোমদা লান শোক্নরিঙৈদা মিডরে ইথৎতা জাপানগী প্লেনশিংনা অঙকপা ফংনা বোমনা লান্দাখী। তান্নিখ ৬ তা জাপানগী সবমেরিন অমনা তোরপেডো কাপতুনা আমেরিকাগী অচৌবা জহাজ 'য়োবকতাউন' লুপহনখী। অদুগা জাপানগী জহাজ অচৌবা অমস্তু লুপহনখী। লানফম অসিদা আমেরিকাগী লাম্মী ৩০০ দগী হেন্না শিখী। শোক্নখিবা লানযম অসিদগী আমেরিকানা খুদোং খরা ২ চাবা হৌখী।

## ১১ শুবা পন্দুপ

# মতুং তারকপা লিবিয়াগী লানফম

অরাং আফ্রিকাদা জর্মন জেনেরেল রোম্মেল অমসুং বৃটিশকী জেনেরেল ওচিনলেক অনি অসিনা লুচিংদুনা অকনবা লান থেংনখি। জেনেরেল ওচিনলেক্কী লাম্মীনা কোড অনিনি—১৩ শুবা অমসুং ৩০ শুবা। রোম্মেলগী লাম্মীনা—আফ্রিকা কোড ( ১৫ শুবা অমসুং ২১ শুবা পেঞ্জর ডিবিজন ), খোংমী ডিবিজন অমা অমসুং ৯০ শুবা লাইট ডিবিজন অসিনি। মহাক্কী লাম্মী অসি শরুক অহুম থোকপগী ১না জর্মননি অতুগা অরেম্বনা ইটালি লাম্মীনি। লানফম অসি সিডিরেজাকতা নবেম্বর ১৮, শোক ১৯৪১ দগী জানুৱারী ১৭, শোক ১৯৪২ ফাওবা শোরুখী। শোরুবদি সিডিবেজাক্তা (আফ্রিকাগী অরাং থংবা শরুক ভূমধ্যসাগব মপান্দা লৈবা লম অমা ) ওইববসু লানফম অসিগীদমক য়াম্না মরু ওইবিবা লমদি বারডিয়া অমসুং টোব্রুকনি—অনিমক সমুদ্র মপান্দা লৈবা ঙাকনি। লম অনি অসিগী মরক্তা চীংমান য়াম্না লৈ। সমুদ্র মপান্দগী মাইল ১০ গুম্বা চংশিল্লগা চীংয়াং অনি লান্দুনা চীং অমা শাংনা চৎলি ; মসিগী মথা থংবদা মওং খংদ্রবা পাক্লবা মরুভুমী লৈখী। জর্মনশিংনা টোব্রুক কোইশিল্লমই অমসুং সিডিরেজাক অসি জর্মনশিংগী মখুৎতা তাখি। জানুৱাবী ২, শোক ১৯৫২ ফাওবদা বৃটিশকী অশোকপা অমসুং অশিবা মী ১৮,০০০ অমসুং জর্মন মাইকৈগীনা ২৪৫০০ অতুগা বৃটিশকী মখুৎতা মী ৩৬,৫০০ বোন্দী তাখি।

লিবিয়াগী লান অসি কুইনা অমসুং কন্না শোরুখি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি ভূমধ্যসাগব অসি তান্নরকপনি। শোক ১৯৪১ গী ডিসেম্বরদা জর্মনশিংনা মাল্টাদা বোম য়াম্না থাদখি। ডিসেম্বর ২৫ দগী ৩১ ফাওবদা মাল্টা ইথৎতা বোম ৬০ রক থাদখি। অতুগা শোক

১৯৪২ গী জানুৱারী থাদা বোম ২৬৩ লক থাদখি। মসিগা লোইন লোইননা বৃটিশকী লানগী জহাজদা থক্তগী প্লেননা, ঈশিংদা মাইন অমসুং টোরপেডোনা লান্দাখি। বৃটিশকী জহাজ ৭ লুপহনখি; অতুদগী হেন্দুনা ইজিপকী নীল তুরেল তাফম অলেকজেণ্ড্রিয়াগী হিথাংফমদা হায়জিল্লকুনা বৃটিশকী জহাজ অনি টোরপেডো কাপ্পুনা মাংহনখি। অঙকপদি, মুমিং ১৭ নিগী মনুংদা প্লেন য়াওদনা রোম্মেলনা বৃটিশকী লাণ্মীবু মাইল ৩৫০ দগী হেন্না তকশিনখি। শোক ১৯৪২ গী মে থাদা জর্মনশিংনা মাল্টাদা বোম ৫,৭১৫ রক হন্না থাদখি; নোংমগী মনুংদা ২০০০ রক য়েৌনা থাদখিবা য়াওই। কন্না ইজিপ য়োনবা থৌজিল্লকপনা জুন ২১ দা টোব্রুক অসি রোম্মেলগী মখুত্তা তাখি। লিবিয়াগী লানফম অসিদা রোম্মেলগী টেঙ্ক ৩৮৬, প্লেন ৮৫০ মাংখী। বৃটিশকীনা হান্নগী অতুগী মথক্তা জহাজ ৯; অমসুং লাম্মী ৩৩,০০০ য়েরুবগী মখুৎতা তাখী।

## জর্মনশিংগী মাইথোং লাংশিনবা

শোক ১৯৪১ গী ডিসেম্বর তারিখ ৭ তা আমেরিকানা লান য়াওরকপগী ৱা তাবদা জর্মনী অপুম্বা মকোক্তা মখুৎ হাপলমই। অতোপ্পা অমনা রুস মাইকৈদা জিরোগী মখা ডিগ্রী ৪০ য়েৌনা ইংখ্রে হায়বা পাও তাবদা হেন্না ৱারমই। অহানবা লাঙ্গাওদা আমেরিকা চংলকপদগী লান মাইথিখিবা, অতুগা নেপোলিয়াননা রুসদা লান্দারুবদা মাইথিখিবা অসিনচিংবা মথং মথং নিংশিলক্লমই। মতম অসিদা মী অয়াম্বা খেন-চাং য়েংনরমই। শোক ১৯৪১ গী ডিসেম্বর থাখাইবাইদা জর্মন লাম্মীশিং অসি রুসকী লানফম অয়াম্বদা মাইথিবা হৌথি। ডিসেম্বর ২৬ তা কালুগা ( Kaluga ) হায়বা রুসকী মরু ওইবা সহর অতু জর্মনশিংগী মখুৎতগী লৌথি অমসুং শোক ১৯৪২ গী জানুৱারী ২০-২২ গী মনুংদা মোজহাইস্ক (Mozhaisk ) হায়না কৌবা মোস্কোগী নোংচুপ্পা মাইল ৬৫ দমক লাপ্পা লম অতু রুসকী লাম্মীনা অমুক হন্না লৌশিল্লমই। রুসকী লাম্মীশিংনা

মরৈবাক কন্নবগীদমক কদাইফাওবা হোৎনখিবগে হায়ববু পাত. লাড়ো-গাগী মথক্তা তাবা উনদা জানুৱারীগী মনুংদা মোটোরগাড়ীগী লম্বী শেমখী।

শোক ১৯৪২, জুনগী অহানবা হাপ্তাদা জর্মন লান্মীশিংনা সেবাস্তোপোলদা কন্না লান্দাখী। লানথন অসি রুসকী লান্মী ৭৫,০০০ না জেনেরেল পেট্রোবগী কমাণ্ডদা ডাক্লমই। লানথন অসিগী মথক্তা জর্মনশিংনা টোপ মরু টন ৫০,০০০, বোম ২৫,০০০ হৈথখী অমস্রুং জুলাই ১বদা জর্মনশিংনা লৌশিল্লমই। অস্তুম তৌনা ক্রিমিয়া পুম্বা জর্মনশিংগী মখুৎতা তাখী। জর্মনশিংনা ডোন তুরেল লান্দুনা কোকেসিয়া চংলকখি অমস্রুং আগষ্টকী মনুংদা মাইকোপ, তেরেককী ময়াই থংবা শরুক লৌখী; শম্না হায়রবদা কোকেসিয়াগী লানফম অসি জর্মনশিংনা মাই পাকখি। হৌজিক মখাদা চংথরক্কদবদি রুসকী মী লাখ ৫ তাবা ষ্টালিনগ্রেড অসিস্তু জর্মনশিংনা খুত্থম চনখি। জর্মনীনা শোক ১৯৪১ গী জুনদগী নৈখাইরকপনা রুসকী মী ৩০% মাংখী—৫৮,০০০,০০০।

১২ শুবা পন্দুপ

# হিটলরগী মখাদা যহুদাশং Jews গী ফিবম

নোংমা হিটলরনা হায়খী "ঐহাক্না জর্মনীগী চান্সেল্লর ওইরম্বা অসি ওস্থোকপনি। ঐনা এস, এ, নত্ত্রগা এস, এস, ( S. A. or S.S. ) নহা অমা ওইজরম্বা থোক্তনা যহুদিশিংবু হাকথেংননা পেন্না কিন অমস্তুং খুতুম্না থিঞ্জবা ফংলবদি কয়া মুংঙাইগবা। মখোয়দি য়াম্না হন্থবা জীবনি, মখোয়না মতোল্লবনি।"

জেপেলিনগী মরমদা মুন্না খংবা ডাক, একেনরনা ইনশিনবদগী গোইরিংনা যহুদি খরবু হেক খত্তোকপা ফত্তে হায়রুবদা হিটলরনা শ.ওননখিহুনা মতুগী নুমিত্তগী মাগী মমাংদা যহুদিগী করিগুম্বা অফবা রা অমতা ঙাংহনখিদ্রে। লান হৌরকপদগীনা শোক ১৯৪২ গী কালেন চংত্রিঙৈগী মনুংদা রুস, বাল্টিককী লৈবাকশিং অমস্তুং পোলেণ্ডদা য়ামদ্রবদা যহুদি ২০০,০০০ দি হাংখি। লাখ লাখতা ফারগা পুল্লপ ২ কোর খারগা হোইজিন্দুনা থমই। যহুদিশিংবু হাংপদা হিটলরগী মতেং পাংবনা মরু ওইনা এইচমান, ষ্ট্রেইচর, গেয়বেল্‌স অমস্তুং হিমলরনচিংবনি। শোক ১৯৩৩, জানুৱারী ৩০ দা হিটলরগী মখুৎতা শক্তি পায়খিবদগী ফিবম অসি হৌখী।

জিউ ( যহুদি ) শিংবু করিগুম্বা শিংথাবা য়াবা ফম অমতা পায়হনখিদ্রে, লিশিং লিশিং হোইহুনা পন থাহুনা থনমই। মখে ইগী মাল গুদাম লুট তৌরমই ; শোক ১৯৩৮ গী নবেম্বর অমস্তুং ডিসেম্বরদা যহুদি ৪০ ০০০ পোলেণ্ডদা থাদোকখী। জর্মনীদা লৈবা যহুদিশিংগী মথক্তা রেইচমার্ক (জর্মনীগী লুপা) ১০০০,০০০০০০০০০ জোরী তৌখী অদুগা মখোইগী থুদেকপিখিবা য়ুমকৈশিং অদু মরনাই ২ নমহুনা শেমজহনখী ; মখোইগী লাইশংশিংবু থুদেকখী। যহুদিশিংগী ইনস্যু-রেন্সতা তুংশিনজবা মখৈ লোইনা মংখি।

অসিদগী হেন্দোক্লুনা, যহুদিশিংবু হোটেল, সিনেমা হোল, থিয়েটর, মিউজিয়ম ( অরিবা পোৎ থমফম ) অমসুং ঈরুজফমনচিংবদা চংহনখিদ্রে। কোর্টনা দণ্ডি পিরবশিং অদু শিখিবনা অয়াম্বনি। হুন্নু-হুম্থি, অঙাং, মুপী; অখাকপা লৈতনা কারখানাদা থবক শুহনখী, নিংথমথাদা যহুদিশিংবু ফিরোন মতিকচানা শেৎহন্দনা অমসুং খোং-উপনচিংবা উপহন্দনা ব্রত ২ ঈংবা মতমদা উন কোথোকহল্লমই। খোংউপ লৈননবা অমসুং ফি-রোন লেননবা রাসন কার্ড পিরমদে; মখোইগী রেডিও অমসুং টেলিফোনশিং অদু নমতুনা লৌরমই। জর্মনী থাদোক্লবা উপায় পুম্নমক পুমকক ককখি। শোক ১৯৩৩ দা জর্মনীদা যহুদি ৬০০,০০০ লেরম্বদগী হৌজিক্তি ১০০,০০০ দা মঙাইরে। য়াব-মথৈ জর্মনীদা যহুদি লৈতনবা হিটলরনা হোৎনরক্লে। হোন্দোকপা লোইদ্রিঙৈদা জর্মনীদা লৈহৌবা যহুদিশিং অদু নাপুগী ডেবিদ থরানমিচাক অমমম শিগদবান হায়বা হুকুম ফংলমই, মতুদা জুদে (যহুদি) হায়বা রাহৈ থাই। হুকুম অসি শোক ১৯৪১ গী সেপ্তেম্বরগী অদুরাইদা থোকখী। অদুগী তুংদা থরানমিচাক আস যহুদি খুদিংমক্কী খোংজিন্দা থেৎপগী হুকুমসু তারমই।

যহুদিশিংবু তাম্থোক্লমদাইদা মাগী অরৈবা মান-চাং পুম্নমক নাজী অঙম্বশিংদা রিপোর্ট পিখৎকদবনি হায়বা খংহল্লকই। অদুদগীদি যহুদি অমগী মশা মশাদা পকপা ফিরোন নত্তনা অতৈদি লোইনা লৌথৎখিবা তারমই। খংহৌদনা হুকুম অমা তৌরগা ময়ুমদগী যহুদি লিশিং ২ হোইদোক্লগা সহরগী মতাইদা পুল্লপ ২ নমশিল্লমই। অহাংবা য়ুমশিং অদু সরকারনা শিজিন্নবা নত্রগা অঙৌবা জর্মনীশিংদা লৈহল্লমই। অরোইবদা যহুদিশিং অদু নমতুনা "ঐহাক দেশকী য়েক্লবনি" হায়না শোয় তৌহল্লগা জর্মনীগী মপান্দা থাদোকই। মখোইগী পাসপোর্ট অদুদা কয়েক রান্দবর—Rueck Wanderer ( ময়ুমদা হল্লকপা )—হায়না থারমই। যহুদিশিং অসি মী খংদনবা হায়দুনা মুংদাংদা হোইদোক্লমই। নোংয়াই মতমদা জর্মনীগী গেস্তাপো

( Gestapo ) আফিসার অনি-অহুম লাক্লগা থোংদা কাক ২ থিল্লগা যহুদিশিংবু পুথোকই ; খাও মচা অমদা চনবদগী হেন্না পোৎ পুহন্দে। পু লিসগী গাড়ীদা হোল্লগা ঙাহাক পনফম কেম্পদা পুল্লপ ২ লৈহল্লমই. চিনবনা ফমফম ফাওবা লৈরমদে ; মফম অতুদা মফি-মরোন হোংদোক-হল্লগা মপোৎ-মচৈ চ্যেক তৌরমই। মথংগী নুমিৎতদি যহুদিশিং অতু পুলিসকী গাড়ীদা হোল্লগা নোংপোক থংবা ইউরোপলোমদা থোংশানগনি। তৌবিবা থবক অতু মী অতৈ উদনবা কন্না ঙাক শেল্লী ; মসিনা তাকপদি হিটলরগী থৌওং অাস য়ানিংদবা কয়া ২ লৈরম্বা তাই—নমতুনা তৌখিবনি। মতুবু হিংসাগা মায়োক য়াবদা করিগী চিংনরিবা ? পোলেণ্ডগী নোংপোক থংবা শরুক্তা যহুদিশিংবু খুন্দাহনগে হায়বসি হিটলরগী ৱাখননি।

করিগুম্বা, গাড়াদা তোংলবসু অঙৌবা জর্মন অমা লেপ্লৱ দি কনাগুম্বা যহুদি অমতা ফমবা য়াদে। কনাগুম্বা যহুদি অমতা পব্লিক টেলেফোন শিজিন্নবা য়াহল্লমদে। ফিবম অসিদা যহুদি লিশিং ২ মতোমতা শিজরমই। মতম অসিদা বর্লিনগী যহুদি অসপটাল ( লায়েংশং ) শিংদা হাপ্তা অমমমদা মতোমতা শিজগে হায়তুনা তৌরমবা মী ২৫ দগী ৩০ ফাওবা য়োথী—ইজৎ মাংগদবা লৈরবদি, পুন্সি অসি করি তৌনগদগে ? ইজৎকীদমক্তা মীওইবনা হিংনবনি ; "মীওইবদি মানা পামজবা ফিদমগীদমক্তা মথৱাই থাদোকপনি"—মেইনকাম্ফ ( Main kampf ), হিটলর। হিটলরনা ফিদম অমগী মথাপোন্না তৌরক্লিবা অতুগুম্না যহুদিশিংসু ফিদম অমগী মথা পোন্না হিটলরগী মায়োকতা থবক কন্না পাইখৎলমফম থোকপনি।

করিগুম্বা থেংলবা অহিংদা গেস্তাপো ( পুলিস মথল অমা ) শিংনা থোং থিল্লরবদা চারগা হেক শিবা য়ানবা যহুদিশিং অয়াম্বনা মশাদা হু পুনরমই। জর্মন অঙৌবগা যহুদিশিংগা চারো-মোরৌনবা য়াহল্লমদে, হান্না লৌনরম্বশিংবুনা খাইদোক্লহল্লমই। লাটভিয়াদা যহুদি ৫৬,০০০ জর্মনশিংনা হাৎখি। লিথুয়ানিয়াদা পোলেণ্ডদগী পুরকপা

যহুদি ৩০,০০০ হাংখি। টাউন কয়া অমসুং খুল্লক কয়া কয়াদগী যহুদি—মুপী, অঙাং, অহল লমনপুম্বা শিংবু লমহাংদা হোইদোক্লগা মশা মশাবু কোম তৌহল্লগা কাপতুনা হাৎলগা ফুমজিল্লমই। টাউন অমত্তদগী যহুদি ৮,০০০ দগী হেন্না মওং অতুম্না হাৎলমই। রুসকী য়ুক্রেইন্দা যহুদি ৪০০০ হেক্তা কাপতুনা হাৎলমই। লোন্না ২ মুংদাং-গুম্বদসু যহুদিশিংবু কাপতুনা হাৎলমই। যহুদিশিংবু লাক্লখিবা মওং অসি লিতুনবু লোইরোইদবগুম তৌই।

যহুদিশিংগী মরমদা য়াম্না শম্না খরদং ইজগে। মখোই জুদা বর্ম চৎলি—Judaism. মখোইগী ধর্মগী ৱারী মতুং ইন্না 'উর' সহর হায়না কৌবা জালদিজ লৈবাক্তা চহি ৪,০০০ রোমগী মমাংদা তেরাহ কৌবা মুপা অমা পোকখী। মহাক মূর্ত্তি শারগা য়োন্দুনা চাই। মহাক্কী মচামুপা অহুম পোকই—অব্রাহম, নাহোর অমসুং হরন। মচাশিংসি য়াওশেল্লমই হায়না থাজনৈ। মফম অসি মূর্ত্তি লাৎপা লমনি। অব্রাহমনা মুত্তিনবু করি কান্নগদগে খন্দুনা নোংমা মপানা শারিবশিং অহু শিংজংনা য়াম্তৎলুরে। অতুদগীদি মফম অতুদা লৈবা য়াদ্রতুনা অরাংপাংনা কানান কৌবা লমদা আব্রাহম, মুপী অঙাং পুতুনা চৎখি। মহাক্কী মশু আইজেক নত্রগা ইসরেল (Israel) কৌবা অমা লৈরমই। ইসরেলগী মচা ১২ পোকই। মখোই অসি অসুম শন্দোরক্লে। কাংবু অসিবু ইসরেলগী শাগৈ হায়না খংনখি। কানানদা চাক তাংতুনা মখোই অসি ইজিপকী নীল তুরেল মপান্দা হোংখী। মতম অতুদা ইজিপকী মীদি শন, হুই, হৌদোং, ঙা, উচেকনচিংবা লাৎলমই। ইজিপকী নিংথৌনা ইসরেলশিংবু মখোইগী শাজৎ লৌননবা হায়তুনা লোইনা মীনাই ওইহল্লি। মাতুনসু ওইবা য়াদ্রতুনা ইসরেলশিংগী পোটিকপা মুপা মখৈ ঈশিংদা থাদ্দগদবনি হায়না হুকুম তৌখী, মরমদি লৈহৌবা মুপীমচাশিং অহু ইজিপকী পাখংদা ময়ুম পান্নবগীদমক্লি।

অতুবু অঙাং অমদি থুমুক্তা হাপতুনা নীল তুরেন্দা থাদখি। মুমিৎ অতুদা নিংথৌগী মচা মুপীনা খেংনরুতুনা অঙাং অহু মহাক্না

মচা ওইনা য়োকখি। অঙাং অসিগী মমিং মোজেজ ( Moses খোনখী। চাওরক্লগা মোজেজনা মহাকপু ইসরেল শাগেগীনি হায়বা খংজখি। নোংমা ইজিপকী মুপা অমনা ইসরেল মিনাই অনিথকপু থিনা ফুবিবা উবদা মোজেজনা ইজিপ মুপা অমবু হাৎলুরে। ইজিপতা লৈবা ফররোই খন্দুনা মিদিয়ন কৌবা লৈবাক অমদা চেনখি। মফম অদুদা মহাক লুহোংখী। মফম অদুদা মকুবোক্কী য়াওশেনবা তেংবাংদুনা লেনখী। মানা চীংদা য়াও শেন্না ২ লাপ্না ইজিপতা মিনাই ওইনা লৈহৌরিবা মাগী ইসরেল জাতিগী খল্লুবদা হেন্না খোইনা ৱারমই। মহাক্না "ঐগী জাতিনা মিনাই ওইদুনা লৈরিবা মখৈ ঐহাক নিংতমদ্রিবনি; মখোইনা মিনাই ওইরগা ঐনা মসিদা নিংতমদুনা করি কান্নগনি, অদুনা চৎতুনা ঐগী জাতিবু কনবনা ঐগী ইথৌনি"—অসুম্না খল্লমই।

মহাক্না. অদুদগী চৎতুনা ইজিপপু ঈগী তুরেন চেলহল্লমলগা ইসরেল জাতিবু পূদুনা লাকখী। মসি ওসিদগী চহি ৩২০০ রোমগী ৱানি। অসুম লৈপাক জয় তৌদুনা লাকপনা কানানগী লম পেলেস্তাইনদা লেপখী। মফম অসিদা ইসরেলগী নিংথৌ অহুম পানখী—সাউল, ডেবিদ, সোলোমোন। মোং মান্নরক্তুনা ইসরেল অমসুং জুদাহ হায়বা লৈবাক অনি থোকখি। মখোই মশেন কাই-নরকপদগী জাতিগী মপাঙ্গল শোন্থরক্লুনা মখোইবু অসিরিয়া অমসুং বেবিলোননা জয় তৌখি। বেবিলোনিয়াবু অমুক পার্সিয়ানা জয় তৌখি। পার্সিয়ানা ইসরেলশিংদা মখোইগী লৈবাক অমুক হন্জিন-হনখি। পার্সিয়ানা ইসরেলশিংগী লৈপাকপু 'জেহুদি' কৌখি। অদুদগী মিং অসি লাকপনি। যহুদিশিংগী লৈবাক অসি গ্রীস অমসুং রোমগী কাংবুনা মথং ২ জয় তৌখী। অকোনবগী লানফমদা ইস-রেলগী লৈবাকতা মী লাখ ১৫ রোম শিখি। মতম অদুদগী যহুদিশিং অসি মচাই ২ চৎথোক্লখি। ১৯ শুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা ভিয়-নাগী ডাক্তর থিওডোর হারজল ( Dr. Theodor Hurzl ) না

"যহুদিশিংগী লৈবাক" হায়না কৌবা লাইবিক অমা ইখি। মকোকতা মহাক্না ইখি—"নখোইনবু খল্লবদি, মসি মং ওইরোই।"

মহাক্না হায়বগুম্নতুনা শোক ১৯৪৮ গী মেগী ১৪ দা পেলেস্তানইদা যহুদিশিংগী ষ্টেট ইসরেল হায়না থোন্দুনা লিংখৎখ্রে চহি ২০০০ রোম মাংলুরবা মরৈবাক অমুক ফংজখি। অতুবু করিগুম্বা ইসবেল অসি মপাঙ্গল য়াম্না কল্লকুনা মখোইনা চহি ২০০০ রোম মিনাই মিশল ওইনা লৈরুবতু কাওথোকখিতুনা হিটলরগী নাজী পার্টিগুম্না তৌবক্কদ্রা?

১৩ শুবা পন্দুপ

# জাপানগী ময়ুমদা লান তমশিল্লকপা

আমেরিকানা হৱাইন ইথৎতগী জাপানগী ময়ুম্মক্তা লান তার-ক্লবা কন্না হোৎনরকই। অষ্ট্রেলিয়ারোমদগীনা সোলোমোন, রাবোল, নিউবৃটেন, নিউ আয়রলেণ্ড, নিউ গিনী অমসুং মোরাটাই ইথৎ-লোমদা চংশিল্লমই। জাপানশিংনা মখোইগী মরৈবাক অসি মসুংদা অমা মপান্দা অমা, অনিথোক্না ভাক্লমই। মপান থংবা লাইন অতুনা অৱাংদা ক্যুরাইল ইথৎতগী মারকস, ৱেক, জিলবার্ট ইথৎকী নোংপোক্লোমদা অসুম লাকপনা মখারোমদা এলিস অমসুং সান্তা-ক্রুজগী মরক্তা লাক্লগা নোংচুপলোমদা অষ্ট্রেলিয়াগী অৱাং ওইনা অসুম চৎখিতুনা তিমোর অমসুং জাৱাগী হেক মখাদা লাক্লগা ব্রহ্মা য়োই। মনুংথংবা লাইন অতুনা জাপানগী কোন্নুং টোকিওদগী মখা-রোমদা বোনিন, মারিয়ানাস, সাইপান, মোরোটাই, অম্বোইনা অমসুং তিমোর ইথৎ য়োই।

জাজপান্না প্রসান্ত মহাসাগরদা অষ্ট্রেলিয়া তম্না ফুজিল্লকপদা আমেরিকানা নিউজিলেণ্ডদগী ফ্লোরিদা অমসুং গাউদাল খোংলোমদা চংশিল্লমই। মফম অসিৱাইদা এরোড্রোম অমা মপুংফানা শেমগৎখি অমসুং মতুগী মমিং হেন্দরসন কৌখি। অহানবদা সাবো ইথৎতা লান থেংনৈ। লানফম অসি শোক ১৯৪২ গী আগষ্ট ৯ দা হৌখি। আমেরিকাগী জহাজ মরি মাংখি। মথংদা রাবোল ইথৎতা জাপান-শিংনা শেম শাত্নুনা লৈখি। বোম কয়া ২ জাপান্না থাদখি। মথংদা আগষ্ট ২৩-২৫ ফাওবগী মনুংদা সোলোমোন ইথৎতা ঈশিংগী লান কাপ্লখি। মফম অসিদা আমেরিকানা খরা খুদোং চাখি। মতুগী মতুংদা

ওক্টোবর ১১-১২ দা কেপত্রসপেরান্সদা লাম্থেংনৈ। তারিখ ১৬ ওদি জাপান্না ফজনা তকশিল্লমই। লানফমশিং অসি অয়াম্বনা জঙ্গোলদা শোক্লখ। ওরানিমুক লৈরগা সান্তাক্রুজ ইথৎতা কন্না লান থেংনখি. আমেরিকাগী জহাজ অমা লুপখি। লানফম অসিদা জাপানশিংনা হেন্দরসন এরোড্রোম লৌনবা ঙম্মখৈ হোৎনখি।

নবেম্বরগী তারিখ ১৩-১৪ দা গাউদাল খোংদা খুাইদগী অকনবা ঈশিংগী লানফম থেংনখী। লানফম অসিদা জাপানগী জহাজ অনি লুপখি। নবেম্বর ৩০ দা তাসা ফারোগাদা শোক্লখিবা লানফমদদি জাপান্না থিনা লাকচখি। লানফম অসিদা মী ২০,০০০ রোম শিখি। শোক ১৯৪৩ গী আগষ্ট ১৬ তা মিলনে সমুদ্র মপান্দা অমুক্কা কাপ্লখি। লানফম অসিদা জাপানগী লান্মী ৭০০ শিখি।

শোক ১৯৪৩ গী মার্চ্চ ৩-৪ দা বিসমার্ক সমুদ্রদা জাপানগ আমেরিকাগা অকনবা লান থেংনখি। এলাইড শক্তিগী প্লেন মাংখী; জাপানগীনা প্লেন ৬১, জহাজ ২২, মাংখি অমস্তুং লান্মী ১৫,০০০ রোমগী ডিভিজন অমা তুমখী। থা অসিগী মনুংদা জেনেরেল মেক অর্থরনা নিউগানগী অতুরাইদা লম য়াম্না লৌশিনবা হৌথি। অস্তুম তৌনা শোক ১৯৪৩ গী সেপ্টেম্বর থা অসিরাইদগী প্রশান্ত মহাসাগরদা জাপানগী ফিবম খবা ২ শোকপা হৌখি।

শোক ১৯৪২ গী জুনদা জাপান্না আমেরিকাগী লম অসিদা লান্দাখি। তারিখ ১৪ দা জাপান্না কিস্কা, অতু অমস্তুং অগাতু ইথৎশিং লৌশিনখি। অতুবু আমেরিকানা তকাশল্লকপদগী জাপান্না লমশিং অসি আগষ্ট ১৫ দা থাদোকখি।

## আফ্রিকাদা

শোক ১৯৪২ দা জর্মন জেনেরেল রোম্মেলগা অমস্তুং বৃটিশকী সেনাপতিশিংগা অরাং আফ্রিকাগী মরুভূমিদা অঙকগা ফংনা লাম্থেংনখি। লানফম অসি মাইকৈ অমনা অমুক তকশিল্লি, অমুক অমরোম্না অমুক তকশিল্লি। লাঞ্জাও অসিগী ইতিহাসতা লানফম অসি মরুভূমিগী

পাঙন্দেম (Desert shuttle) হায়না খংনৈ। মমৈথংদা রোম্মেলনা ভুনখী। লানফম অসিদা রোম্মেলগী কা হেন্না হৈ-শিংবা, মতাং চানা হন্দোকপা, মতাং চানা তকশিল্লকপা অমসুং লানমাংদা চংতুনা অঙকপা ফংনা থোৌনা ফবা উংখিবা অতুনা রোম্মেলবু লাম্লাও অসিগী খ্বাইদগী মতিকচাবা সেনাপতিনি হায়না মহ কা লান শোল্লবা য়েক্লবা সেনাপতিশিংনা থাগৎখি। মতৌ অসুম তৌনা মিলিটরীগী বি, এ, Graduat নত্তে হায়তুনা জেনেরেল ওইহল্লমদ্রবা রোম্মেলবু হিটলর-তনদি মহাক্কী অথুম্বা মগুণ খংতুনা ফিল্ডমার্সেল হাপখিবদগী সেনা-পতিশিংনা কল্লক্লবা শিদবা মিংচৎ অসি ফংখী। য়েরবগী পন নমখাইরগা এপ্রেল থাদা ইজিপ য়োনবা থোৌজিনখী। জুলাই থাগী মনুংদা বোম্মেলনা তকশিল্লকপসি এলেকজেন্দ্রিয়া য়োগদবা মাইল ৮০ দা ঙাইখি ; এলাইডকী লাম্মীশিংনা অরোইবা খোংফমদা ফেৎ ২ হায়না ইজিপতা খাংখী।

শোক ১৯৪২ গী আগষ্ট ৩১ দা রোম্মেলনা অলামেলহা ফলাদা লান্দাখি। মহাক্না লাম্মী কোড় অসি শিজিন্নখি। মহাক্কী লাম্বাদা বৃটিশকী জেনেরেল মোণ্টগোমেরীগী ৮শুবা আর্মিগা থেংনখি। অতুবু লানফম অসিদা মোণ্টগোমেরীগী ফিবম হেন্না ফখিবনা রোম্মেলগী উপাই লৈখিদে। অতুদগী ওক্টোবরগী তারিখ ২৭ তা রোম্মেলনা জর্মনীদগী হল্লক্লগা কন্না লান্দাখি। নবেম্বরগী তারিখ ৭-৮ দা রোম্মেলগী ফিবম শোইখিতুনা এল অলামেইনগী লানফমদসু মাইথি-খি। রোম্মেলগী মী অশিবা, অশোকপা অমসুং ফাখিবা ৫৯,০০০ নি, টেঙ্ক ৫০০, টোপ ৪০০নি। বৃটিশকীনা মী ১৩,৫০০ টেঙ্ক ৪৩২ মাংখী।

মথংদা এলাইডনা টিয়্যুনিসিয়া লৌনবগীদমক শোক ১৯৪২ গী নবেম্বর ৮ দা লানচংবা হায়না তানখি। মরম অতুনা হান্না নবেম্বর ৫ দা লানফম অসিগীদমক মকোক ওইনা থল্লবা জেনেরেল আইজন হোৱরনা জিব্রালটরদা মহাক্কী হেথ কার্টর খুলিখী। লান-ফম অসি শোক ১৯৪৩ গী মে থা ফাওবা চংশাখ অমসুং এলাইডনা

ভমখি। মথংদা মারেথ লাইনগী লানফম থোকখি। অসুম্না আফ্রিকাগী লান অসিদা রোম্মেলগী মী ২৫৪,৯:৫ কাখি, প্লেন ১৪৭ কাপথখী অমসুং জহাজ ৩১ লুপখী। হৌজিক আফ্রিকাদগী জর্মনশিং থোকখ্রে।

## রুসতগী জর্মনশিং তাম্থোরকপা

শোক ১৯৪২ গী নবেম্বর হৌগৎলকপদা ষ্টালিনগ্রেড মনাক্তা জর্মন লাম্মী লাখ ৩ পৈথুনা লৈরমহ। লফম অসি য়াম্না কল্লবা লানফম ওইখী। শোক ১৯৪২ অমসুং ১৯৪১ দগী শোক্ররকপনা জর্মনশিং অসি য়াম্না শোকথরমই। অতৈ মীনদি হৈনদবা রুসকী মীনদি হৈনজবা নিংথমথানা জর্মনীগী অচৌবা য়েক্লবা ওইরমই। জর্মনশিংনা রুসকী লাম্মীশিংবু লান থেংননিংই তৌইগুম্বসুং রুসকী লাম্মীশিংনা য়াবমখৈ লৈথোকই, পাক চাওখ্রবা রুসতা অমনা কোইচং চংলি অমনা অসুম ইন্নে, অমগীদি ময়ুম্মি, অমগীনা চম্মরবা মীরৈবাক্নী। অসুম্না কোইপু পুথুনা জর্মন লাম্মীশিংবু চোকথহল্লমই। জর্মনশিংনা শিজিন্নবা য়াবা পোৎ অমতা থনমদে, মৈ থাদোক থাদোক-তুনা চৎখী। মসিনি রুসকী লানওং Scorched Earth policy; জর্মনশিংগী লানওং য়াবমখৈ খংদোক্লে, লান শোক্লবা হৈনরে, ভোলগা অমসুং অরলস রাংমগী কারখানাশিং অথু চপচাবা পোথোক ফংলক্লে; অথুনা হৌজিক্তি জর্মনশিংবু ষ্টালিনগ্রেডতা মাইথিবা পিরগা ময়ুম-লোমদা তানথ্রগে হায়না রুস লাম্মীশিংনা লেপখি।

জর্মনশিংনা সারাটোব লৌনবা মমাংঙৈদা হুম্না ২ হোৎনবা মঙ্গল ওইখিদবা অথুগা, মোস্কোগী য়েন্নখা য়োরম্নগা মথা হাইজিনবা য়াখিদবা অথুনা জর্মনশিংগী ফিবম ইতাও তাওবমই। সারাটোব অসি ষ্টালিনগ্রেডকী অরাংদা ভোলগা তুরেন মপান্দনী; মসি রেলনা মোস্কোগা শম্নৈ, রেল অমসুং তুরেননা অরলগী কারখানাশিংগা শম্নৈ, রেলনা অসত্রাখান, ওরেনবর্গ—মসিগী মনাক্তা কাসপিয়ান থাও থোকফম ফাওবা পাইপ লাইন তামা চেল্লী—শম্নরি। সারাটোবকা ষ্টালিনগ্রেডকা অনি অসি তুরেন অমতগী মপান্দা তাই, অনি অসি

লাম্লদে। অমনা সারটোব অমস্থং অসত্রাখান অনিগী মরক্তা চেল্লিবা রেল লম্বী অহু ষ্টালিনগ্রেডকী নোংপোক্তা মাইল ১০০ ফাদনা লৈ। মবম অহুনা লম অসিরাইদা মোস্কো, পাবসিয়া, কাকেসিয়া, সাইবেরিয়া, কাজাক্রচিংবদগী পোৎ অমস্থং লান্মী হোল্লকপা নিংথিনা য়ারে। অসত্রাখান অসি কাসপিয়ান সমুদ্র মপান্দা তাবা সহরনি; পারসিয়াগী উপসাগরদগী কাসপিয়ান, অহুদগী অসত্রাখান য়ৌবা য়ারে। অস্থম তৌহুনা রুসনা মপান্দা এলাইড শক্তিশিংগা ইশম শন্নবা অহুম য়ারে। ময়াম অসিগী মন্নুংদা মরু ওইবা অমনা রুসকী মীশিংনা হুংথিলদা জর্মনশিংগী থবক শুরগা হুংদাংদনা য়েক্লবা লান্মী ওইহুনা জর্মনশিংগী য়াম্না খুদোংচাদবা ওইরমই।

রুসকী জেনেরেল রোকোসোৎসকী ( Rokossovsky ) গী আর্মিনা ডোন তুরেন লাম্থোক্লগা কালাসরোমদা চৎহুনা ষ্টালিনগ্রেড অমস্থং ষ্টালিনোবু শন্নবা বেল লম্বী কক্লবা হোৎনরমই। মহাক্কী য়েৎলোমদা লাপ্পা নোংচুপ পাংনা জেনেরেল বাতুটিনগী লান্মীনস্থ ডোন তুরেন লাম্থোক্লগা লিখায়াগী রেলবে জংসন তম্বা হায়না লেপ্লখি। মতম অসিদা মখাবোমদা জেনেরেল যেরেমেনকোগী লান্মীনা এবজেনী চীংশাংদা পৈবিবা রুমানিযা লান্মীশিংবু নমথৎলগা চংশিন্নবা হোৎনরমই। রুসকী লাম্থোকনা মার্সেল ঝুকোব ( Marshal Zhukov ) না শিল্লী। জর্মনশিংগীনা জেনেরেল ফ্রিইডরিচ পাউলসনা শিল্লী।

শোক ১৯৪২, নবেম্বর ১৯ দা ষ্টালিনগ্রেডকী লান হৌখী। রুসকী লান্মী কাংলুপ অমনা কালাসরোমদা যুজিনখি, অমরোমগী লিখায়া তমলকপা অহুস্থ অপনবা লৈতনা চংশিনখি, অহুগা মখা রোমগী এর্জেনী চীংশাংগী তকশিনবা অহুস্থ অপনবা লৈতনা যুজিনখি। ফিবম অসিদা ৬শুবা জর্মন আর্মি নোপ্পা খাংলমই। পাউলসবু নিংহন্নদনবা বার্লিন্না হুকুম পিবমই অহুগা মহাক্কী মতেং পাংনবা লান্মী মপৈ অমস্থ শেমগৎখি। জর্মন লান্মীশিংবু ষ্টালিনগ্রেডতগী হন্দোরক্তনবা হুকুম তৌখিবসি হিটলরগী ইজৎ ওাক্লবনগীদমক্তি।

আফ্রিকাদা রোম্মেলনা মাইথিবদা ঙাইরিঙৈদা রুসতসু অমুক মাইথিরবদি হিটলরগী ফিবম ফবোই। তারিখ ২৮ রাইদদি জর্মনীশিংগী পোং-চৈ থক্তগী থাদবা তারমই। হৌজিক লৈরিবা জর্মনশিংগী মতেংদা ভোন মান্সটেননা লান্মী ১৫০,০০০ না ডিসেম্বর ১২ দা রুসকী লান্মী তকথাইখি।

ডিসেম্বর ২৭ তা ভোনমান্সটেনগী লান্মী অয়াম্বা শরুক মাইথিখি। শোক ১৯৪৩ গী জানুৱারী ২ দা রুসকী লান্মীনা মোজদোক লৌখি। জর্মন লাগ্মীশিং অসি নিংথমথাগীদমক্তা মতিক চানা ফিরোন লৈরমদে, অয়াম্বা নানরমই, লানগী খুৎলাই অমসুং চানথকুবা পুমরাৎ ৱাংলমই। চাব চাদনা লান চংবা য়াদে।

শোক ১৯৪৩ গী জানুৱারী ৩১ দা পাউলসনে অদুগা জেনেরেল ৮ গা ফাখী। ফেব্রুৱারী ২ দা জর্মন লান্মী ২২,৫০০ রুসকী মখুত্তা তাখি, প্লেন ৬০০ মাংখী। রুসনা হায়খিবদি, ষ্টালনগ্রেডকী লানফমদা জর্মন লান্মী ৯১,০০০ ফাখি, ১০০,০০০ শিখি, লোভী ৬০,০০০ না মীগী মখুত্তা তাখিবা নত্রগা মাংহনখি। অনিশুবা লাঙ্লাওগী আকাশতা জর্মনীনা জয় তৌবগী মমিৎ অদু লানফম অসিদগী হায়থখি; হিটলর মমিৎ পাংনা ২ মংলারুখি।

## অপাইবা বোম অমসুং রোকেট

জর্মনীনা শোক ১৯৪০ দা মহাক্কী য়েরুবশিংদা অনৌবা খুলাই অমা শিজিন্নখী খুৎলাই অসি যেংবদা এরোপ্লেন মচা মাল্লা। শম্না হায়রবদা মসি অথৌবা মী য়াওদবা, জেট (Jetpropelled) এরোপ্লেননি। মহাক্কী মশা অদু ফুট ১৬ শাংঈ, মযুংনা ফুট ২৫ ইঞ্চি ৪ নি; মশাগী অপাকপনা ফুট ২ ইঞ্চি ৮ গা মখাইনি। পুংদা মাইল ৩৫০ দগী ৪০০ ফাওবা পাইবা ঙমই। মাইল ১৫০ ফাওবগী মনুংদা শিজিন্নে। মশাদা কিলোগ্রাম ১০০০ লুম্বা পোখাইনবা পোৎ পুই। কিলোগ্রাম অমগা চাওবাক্লা সের ১ ছটাক ১ তোলা ১ গা মান্নে।

ইংলণ্ডদা অপাইবা বোম অসিনা শোক ১৯৪০ গী আগষ্টতগী ডিসেম্বর ফাওবগী মতমদা মী ২২,৭৪৪ হাৎখি, ৩০,৪৯৮ না শোকখী। শোক ১৯৪১ গী জানুয়ারীদগী মে ফাওবদা মী ১৯,৫৭৩ শিখী, মী ১৯ ১৭৭ শোকখী। জুন থাদগীদি থারকপা লেপখী, হায়রিবা থা অসিদা মী ৩৯৯ শিখি অমস্তুং ৪৬১ শোকখী। খুৎলাই অসিবু অপাইবা বোম নত্রগা ভি ১—VI (Vergeltung swaffe Ein) হায়না খংনৈ। খুৎলাই অসি ফ্রান্স অমস্তুং হোলেণ্ডগী লমদগী ডোবর মথক্তা পাইহনখি।

১৪ শুবা পন্দুপ

# লিবুং খুন য়োবদা

মনিপুর পার্টিনা য়াফোদা বোম তাহনা হন্দোক্লগা বাংকুদা কেম্প্ শাহনা লৈবগী বারমদা মমাংদা ইখ্রে। বাংকুদা লৈরিঙৈদা শ্রীগুন সিংহনা ভি, ফোর্স পুহনা য়ামাদাসান অমসুং জাপান সিফাই অনি অহুমগা চালোং তান্না পেট্রোল চংলি অতুগা অমুক মখোয়গী অনৌবা আংপ্রেস্সু বেম্প্‌তা হঞ্জনখি। মতমঅহুদা আংপ্রেস্সু অমসুং চীংগী নিংথৌশিংনা মথৱাই হকচাং য়াওনা মনিপুর পার্টিগী মতেং পাংখী। মতম অহুদা মনিপুর পার্টিগী ভিফোর্সকী ল্লচিংবদি শ্রীখোং-খোসাট, শ্রীবেরং মোয়াল, শ্রীবাংপা, শ্রীজিরাকুন, ওমশা, লিনচুং, আংজন ১সুং হাংজিরনচিংবনি। মখোয়না মতম কুইনা মিনাই ওই-রক্লবা মনিপুর বৃটিশকী মখুত্তগী কল্লনবা অঙকপা ফংনা হোংনবমই।

লান কাইরমদাইদা রাসন ফংবা রাগদবা মরম লৈবনা মী পুদিংমক্লা মকুগী রাসনস্তোক্তগী মুমিং তরা তরানিগী রাসন পুরক-পহু মী অয়াম্বদি লম্বীদা অসুম খবা ২ হুন্দোক্লমই। লিবুং য়োবদদি রাসন য়াওরমদ্রে। শ্রীগুন সিংহগীদি চপচানা পুরকখি। আই. এন, এ, শিংসু চেং য়াওরমদ্রে। চাক থোংলমদাইদা চেং লৈত্রে। লিবুং খুনসু বোম তাখিহুনা খুন্দা মী অমতা লৈরমদে। ময়াম ভহু চংহুনা চুচাক, চকহৱাই, পান, মাইরেন্নচিংবা অফং-অফংবা চানৈ। মহুদা য়ামাদা সাহেবনা শ্রীগুন সিংহগা তান্নহুনা খুন অহুদগী ফৌগী হিসাব থংনা লৌরগা পার্টি ২ শিং অহু সুনহুনা থোংলগা চাখি। মৈতৈ পার্টিদি থুনা চেং ওনহনবা ওমখি অমসুং আই. এন, এ, শিংদদি য়ান্না রানা থোকখি। অসুম তৌনা খুন্দগী চেং লৌই অমসুং অরাংপনা চীংমিশিংনা পুবিরকই। নিংতম্বগী লান অসিদা চীংমী-শিংদি লানসু য়াওরে অহুগা ময়ামগী চান থক্লবসু অয়াম্বা হুনখী।

আই, এন, এ, গা চন্না হেনবা তারবদা শ্রীগুন সিংহনা শিন্দুনা অরাঙ্গদগী হোল্লগা রাৎতনবা হোৎনখী।

চীংগী প্রজাশিংনা নিংতম্বগী লান অসিদা রাসন, এমুনিসন হোনখী; অশোক অনা মখোইতনা অয়াম্বা হোনখী। লাপ্পা মখাদা লৈপ্রবা ঈশিংখোংদগী ময়ামগী থক্নবা খুনগী মুপী অঙাংনা ঈশিং হোনখী। মিষ্টর য়ামাদাগা শ্রীগুন সিংহগা মতম অয়াম্বদা ইথা-থানখিদে; তুম্বা মতমদা কাওবা লম অমদগী হেন্না থানখিদে। মনি-পুরগী নেপালী মহারাণীগী জাতিশিংনা বৃটিশকী মতেং পাংদুনা লান য়াওবগীদমক্তা জাপান অমসুং অতে অতৈনা শ্রীগুন সিংহদা অশাওবা ফোংদোকখী। শ্রীগুন সিংহনা খুমখী "মনিপুরগী নিংথৌদি বৃটিশকী মখা পোনবনি অদুদা মখোইনা হায়বা ইনবা তাবনি।" মতম আসদা শ্রীগুন সিংহনা মানপুর মহারাজদা চিঠি কয়া কয়া থাহনখি তৌইগুম্বসুং মদুগী চপ চাবা থংখিদে।

চাংদা য়েনশাং ফংদ্রবদা শ্রীগুন সিংহনা লফু চাবা হৌখিবদগী মমৈদদি লোইনা লফু চাখী। অকোনবদাদ লফুগী মরু ফাওবা চানখি। জাপানশিংগী য়েনশাং খুদংদা "মীশা" কৌবা ঙাংলি ঙাংলিবা মকুপ অমা থোংবদা থাক্লমই; খুমসু থাক্লগা চিনসু থাক্লমই। জাপানশিংনা মুমিৎ খুদিংগী শ্রীগুন সিংহগী অথোংবা য়েনশাং হাওই হায়দুনা নিরমই। তৌইগুম্বসুং মৈতৈগী য়েনশাংদি মোরোক শাবনিনা জাপানশিং অদু মপি চদুম চদুম তারমই অদুবু চাবদি তোক্তে।

য়েক্লবগী প্লেননা ঙাইহাক লৈতনা থক্তা লৈ-লৈদুনা পাইরমই। চাক থোংবদা অদুগা মরম অতৈগীদমক্তা মৈ হৌগৎপা তারবসু মৈখু উদনবা কন্না হোৎনরমই। করিগুম্বা মৈখু কাদুনা য়েক্লবগী প্লেননা উথ্রবদি মকম অদুদা বোম হেক ২ থাদৈ। জাপানশিংনা অন্নাপ্পা লোকতা মৈ হৌদুনা মৈখু কাহল্লগা মনাক্তা উশা অকংবা থরা য়ুংলগা কি শেগায়বা শেৎচিনবিদুনা বৃটিশশিংবু নমথাক তৌরমই।

মকম অদুদা য়েক্লবনা বোম পংথা থাদরে অমসুং মেচিনগন কাপশিল্লে। অমুক অঙনবা অমসুং মুংদাংরাই, অনি অসি এরোপ্লেন লাক্লে। মঙ্গ অদুনা মতম অনি অসিদা চাক চানবা কন্না হোৎনৈ।

নোংমা 'মীনৌ' খুনগী নিংথৌনা মনিপুর পার্টিগী স্পাই ৪,৫ ফাবগা য়েক্লবদা পিথিবদগী সার্কল চীংশাং য়ৌবদা জাপানশিংনা মাবু থাংনা কককে তৌরবদা শ্রীগুন সিংহনা মহাক্কী মরান লৈতে বৃটিশপু কিহুনা তৌথিবনি হৌজিক ঐথোই লাক্লবনিনা ঐ.থাইগী থবক তৌহলগনি ঐথোইগী মী ওইরবনি হায়বদগী খুনগী নিংথৌ অহুগী মথৱাই কনথী অমসুং মতুংদা মনিপুর পার্টিগী থবক কন্না তৌবা স্পাই ওইখি।

## আংপর্সু কেমপনচিংবা

রাংকুদগী অমুক হন্দোক্লগা আংপর্সু কেম্পতা মতম থবা অমুক লৈখী। মকম অসিদদি মনিপুর পার্টিগী অতৈ অতৈ মযামগা পুন্না লৈমিন্নখি মতম অদুদা শ্রীলাইশ্রম যোগেন্দ্র সিংহ, শ্রীতোম্বাপু শর্ম্মা, শ্রীহৈরোক গুলামজাৎ সিংহ অমসুং শ্রীলৌক্রাকপম মুখ সিংহবু স্পাই ওইনা থবক তৌরুনবা থাজিনখী। শ্রীতোম্বাপু শর্ম্মাদি শুংঙনু য়ৌরমদাইদা ফাখী। কৈরাও মুখ সিংহনা ময়ুমদা থুংলগা বৃটিশনা ফাখী। শ্রীলাইশ্রম যোগেন্দ্র সিংহদি মনিপুর পার্টিগী ভি, ফোস না থোংজাও য়ৌনা থিনবীবদগী ফাবা ঙমখিদে। অদুদগীদি চামোল খুন্দা কেম্প অমুক শারে। হায়রিবা কেম্প অসিদা ভি, ফোর্সকী আফিসার শ্রীএম, আর বাইবং অমসুং শ্রীথোংখোসাত অনিগা শ্রীগুন সিংহগা পুন্না মতম থরা লৈমিন্নরমই। মতম অসিদা বৃটিশনা পলেন মাইকৈ, মিতোং থুনৌরোমদগী তোপ কাপলকপদা মথোইগী লৈকম মনাক্তা হেক ২ পোকথাইরমই।

সাইবোংলোমদগী জাপানশিংনা পলেনলোমদা কাপই। অদুনা কাম্নবা অনিগী মরক্তা শ্রীগুন সিংহ অমসুং মথোই ময়াম অসি লৈরমই। মনিপুরী পার্টিদা য়াওবা মগুলেগী বামোন মচা বামাউ শর্ম্মা তুমুদা

এমুনিসন লৌবা চৎলুবদগী হল্লকপদা জাপান্না তোপ কাপ্পা মপা য়ৌরকপদা মনাকোং য়ৈশিনখিবদগী ৱাঙাংবা তাদহুনা মাগুলেদা অমুক হন্না থাখি। মতৌ অসুম্না আই, এন, এ, শিংসু হন্দুনা থাদোকখিবা য়াওই। মতম খরগী তুংদা চামোল কেম্পতা মেজর সুচিমুচিসান লাক্লুনা মতম খরগীদমক শ্রীগুন সিংহবু চৎসি হায়রবে অমসুং য়ামাদাসানদা হাইজরবে।

মহুদা শ্রীগুন সিংহনা কেপ্তেন থোংখোসাতপু পুহুনা মহাক্কা লোইননবা কুৱাং নিংথৌমচা ১। শ্রীয়াম খুলুন, ২। শ্রীসোলিম (তেংনৌপল) ৩। ঙুলতূক (তোলবুং) ৪। সোঙম (মোনবী) ৫। য়ামসো ৬। সুহেম (তোলবুং) ৭। খেংয়োই নিংথৌ লেট-খোৱুমনা সেকসন কমাণ্ডর ওইহুনা চৎখী। শ্রীগুন সিংহনচিংবনা মফম অসিদগী তুমু. মংশা তারে, অহুদগী য়াঙৌপোকপী তারগা খাও-শাৎ য়ৌরে। মতম অসি শোক ১৯৪৪ গী মে থানি খাওশাত্তা খরা লৈবগা অমক হল্লকুনা নাকম মরিংদা কেম্প শাহুনা লৈখী, অহুদগী কৈফনদা কেমপ শাহুনা লৈরে। মফম অসিদা মনিপুর পার্টিগী ভিকোর্স থাহুনা বোংলীগী নিংথৌ সেময়িল কৌরুরগা মঙোন্দগী ৱা-পাও লোইনা হংহুনা খংদোক্লে। অহুদগী পার্টি অসি বোংলী-বোমদা চ শিল্লে। লম্বীদা লান কাপ্লখি, য়েরুবগী মী খরা শিখি; মখোই চেনখিহুনা পার্টি অসি বোংলী য়ৌখী।

বোংলিদা লৈরিঙৈদা জাপানশিংনা মখোইগী পার্টি অসিগী অয়াওবা, শেল পুম্নমক বোস্তাদা হাল্লগা কাচিন্দা পংথম থমই। শেলশিংহুগী হিসাব হায়বা লৈতে। দায় পুবিবা নুপা অহুনা চংগদবা য়েংলগা পংশি শিজিন্নে। মমৈদদি শেলশিং শিজিন্নবগী দায় শ্রীগুন সিংহনা পুই। শিজিন্নবা লোইরগা মহাক্কী সোই অমা তৌর-গা অমুক হেক লৌই। মখোইগী ফজবদি মশা মশাগী মরল্লাই কান্নবা তৌবা নত্তে; শেলতানবা লাকপা নত্তে, মশা মশাগী মথৌনী মশাগী শেলনী হায়না শিজিন্নে। থবক খুদিংমক্তা জাপানশিংগা অমসুং

অদুদা শ্রীগুন সিংহনা বোংলিদা শেমগৎখিবা কৈথেলগী দরদি অসিনি।

১। হিদাক ময়াং মনা ১দা·· লুপা ১

২। হঙ্গাম মপুন ১দা লুপা ১

৩। পানয়োন নপুন ১দা · লুপা ১

৪। আলু সেব মখাই চনবা কৌটাদা লুপা ১

৫। হৈবিৎ ১০দা ..লুপা ১

৬। শরিক হৈনৌ তরাদা লুপা ১

৭। ফৌ টিন অমদা . লুপা ৫

৮। চেং টিন ১দা · লুপা ১০

৯। য়েন অচৌবা ১দা লুপা ৫ নত্রগা ৬

১০। শন্দং অচৌবা ১দা লুপা ৪০০ ; য়াইমবদা লুপা ৩০০ ; অপিকপা লুপা ২০০

১১। ওক অচৌবা ১দা লুপা ৮০ , যাইমবা লপা ৬০ ; অপিকপা লুপা ৪০

নোংমা আই. এন, এ, সিফাই অমনা বোংলী খুনগী ওক অমা চাননবা হাৎকে হায়দুনা ওক অদুগী মবুক্তা সঙ্গিন্না থিনবদা ওক অদু সঙ্গিন্ন লেংনা ২ নযুমলোমদা চেনখিবমই। ওক মপু অদুনা খুদক্তা লাকুনা শ্রীগুন সিংহদা বাকৎলবে। অদুদগী মহাক্না আই, এন, এ, গী কেপটেন সাহেবতা চংখিদুনা—"নহাক্কী সিফাই-শিংগী চান থক্নবগীদমক ঐহাক্না কন্না বন্দবস্ত তৌবি, অদুগা মথোইনা ওকতা শঙ্গিন্না থিন্দুনা হাৎকে তৌরমলে, ওক মবুকতা শঙ্গিন্না থিন্দুনা লৈবিবা অসি য়েংলোলাও।" —অসি হায়দুনা কেপটেন অদুবু মখুং শমদুনা পুরমই।

অদুদগী কেপটেন অদুনা ওক্কী ফিবম অদু য়েংলগা চংখিদুনা মাগী বেবেকতা লৈবা সিফাই পুম্নমক পোথোক্কুনা লেপহল্লে। মাগী ২ নেংমৈদা সঙ্গিন য়াওদবা থিরকপদা ওকতা সঙ্গিন্না থিল্লুবা সিফাই অদুগীদি য়াওরমদ্রে। মদুদা কেপটেন অদুনা মানা পায়রিবা

লিচৈ অকোনবা অতুনা মথুৎ অনি থাদুনা ৪'৫ রক কনবিরে। মতুদা শ্রীগুন সিংহনা মখুৎতগী চৈ অদু পায়দুনা খামথী। অতুদগী সিফাই অদুবু মমাইদা হামুক তৈশিনবিরগা আই, এন, এ, শিংগী বেরেক খুদিংদা পুদুনা খুংগোইনরমই।

থোদোক অমদনা খুঞ্জা থরনা লৌশংদা থুম বোরা অমা লোৎচবা মাংগ্রে, থরা অমনা হিদাক মনা মপুন ২০ মাংগ্রে, কাংবু অমনা শেল মাংগ্রে হায়দুনা শ্রীগুন সিংহদা রাকৎখি। অতুদগী আই, এন, এ,গী কেপ্তেন অদুদা তাকউবদগী মবান্নী চংদুনা বেরেক খুদিংদা য়েংবদা পোৎশিং অদু হুরাল্লম্বা সিফাইশিং অদুনা লোন্না মনিংলোমদা লংথোক্লমই। কেপ্তেন অদুনা পেট্রোল চৎলুবা সিপাইশিং থিগৎলগা পোৎ হুরাল্লম্বা অদুবু ফাবগা মমাইদা হামুক তৈশিন্দুনা সিফাই ময়ামগী মমাংদা খুংগোইনখি।

## ১৫ শুবা পন্দুপ

# হৈরোক্লোমদা মাইন বোম ফুস্বা

মনিপুর পার্টিগী মথৌনা লৈবা ভি, ফোর্সশিং থাখিদুনা মরু-ওইনা শ্রীথোংঙাম কুকী অমসুং মনাওত্মপা সোলিমনা লুচিংদুনা চংবদা লুরবা মফম মফম চংদুনা সিতা অমসুং হৈরোক্কী মরক্তা সোরোক্তা মাইন বোম ফুমখি; মতুদা য়েক্লবগী গাড়ী কয়া কাপ-খাইখিবগী পাও ফংখী। লম্বীদা তিংবা টেলেফোন লাইন কক-থৎলমই। নিংতম্বগী লানফম অসিদা অঙম্বা মতেং পাংননবগীদমক শ্রীথোংঙম কুকীনা য়েক্লবগী লমদা লৈবা চংনিংপোকপি খুন থাদোক্লম্লগা মনাওত্মপা সোলিম অমসুং মমা হনুবী পুদুনা চামোন্দা মনিপুর পার্টিনা কেমপ শারিবৈদা চংলকপনি। মহাক্কা থৌনা ফবগী থবক কয়া কয়া তৌখী। শ্রীথোংঙম কুকীনা য়েক্লবগী লমদা লৈবা নিংথৌশিংবু কৌরদুনা ফৌ অমসুং চেংনচিংবা পুরকহল্লগা চিঞ্জাক ব্রাৎলবা আই, এন, এ,শিংদা পিদুনা অচৌবা মতেং ওইখি। থৌনা ফবা অমসুং থবক্তা থরাই য়াওবগীদমক মহাকপু লান লোইরগা চীংশাংগী মকোক অমা হাপ্পীগনি হায়না হায়খী।

বোংলী মাইকৈদা লৈরিবৈদা, শ্রীথোংখোসাত কেপ্তেননা ছুটি চংখিবা কান্দা শ্রীচুখোহেননা মকোক অমা ওইনা থবক কন্না তৌখী। বৃটিশকী সেক্সন কমাণ্ডর ওইরম্বা থাদোক্লুনা লময়াংগী শ্রীপলেতনা মনিপুর পার্টিদা চংলকপদগী মাবু অসোমদা গ্রুপ কমাণ্ডর অমা ওইহনখি অমসুং মহাক্না অকনবা থবক পুখী। আসাম রাইফলসকী হাবিলদার ওইরম্বদগী শ্রীদেম খুপকমনা মাইকৈ অসোমদা চংখি অমসুং মাবু গ্রুপ কমাণ্ডর হাপখি। নম্বসি তাংখুন খুন্দগী নিবা তাংখুন ভি, ফোর্স ওইনা চংখি। খাওশাট খুনগী খুলখুলেট য়েক্লবা ভি ফোর্সকী সেক্সন কমাণ্ড ওইরম্বদগী অসোমদা চংখি অমসুং মাবু সেক্সন

কমাণ্ডর হাপখী। মহাক্না কোমদা লোৎতুনা থনম্বা বৃটিশ বসন ফৌচেং, ঘা, চিনননচিংবা লোইনা মনিপুব পাটি দা কৎথোকখী। খোইবু মবিং খুনগী শ্রীআংস্থন অসোমদা চংলত্তুনা সেক্সন কমাণ্ডব অমা ওইনা থবক থৱাই য়াওনা নিংথিনা পুখী। বোংলী খুনগী নিংথৌমচা নেটখুমাং সেক্সন কমাণ্ডর অমা ওইনা থবক কন্না পুখী; মহাক্না চান থক্কবা অৱাৎ অপা লৈতনবা কম্না হোৎনখি। যোংখুনগী শ্রীপিতন মবিং অমসুং সাইবোল মবিং খুনগী শ্রীথমরৈবা মবিং অনিনা সেক্সন কমাণ্ডর ওইনা দাক্কী ( চিঠি অমসুং পাও পুথোক পূশনগী ) থবক কন্না পুখী।

## ৱারিশা তুরেন্না অপনবা পিরকপা

মংশা ( Mitha ) গী ৱারিশা তুবেন চাওখৎলক্কুনা লম্বা চংথোক-চংশিন যাবকএবদা মাইকৈ অসোমদা লান কাবকপা ডাপান ১সুং আই,এন,এ,শিং অত্থু বাসন ফংদতুনা যান্না ৱাখী। মতাং আসদা শ্রীগুন সিংহনা ভি,ফোস থাতুনা খুন খুন খুদিংতুগী ফৌ, চেং, পুহল্লকুনা মযামগী অবাবা ডাকখী। চতোং খুনগী নিংথৌ, মোলহাং খুনগী নিংথৌ অমসু খৌশাং খুনগী নিংথৌ . চিনচিংবা যানা আই, এন এ বু মতে পাখী। কনা কনাগুম্বনা লুপানসু মতেং পাংখী। লনথম্বগী লান্মীশি আস চিঞ্জাক যান্না মাতম চাদনা লাকপনি। কবিগুম্বা চীমীশিনা মখোংগী মতেং পিরমদবদি লান্মীশিং আস তরানি ফানা লান তৌবা বাগানি। মখোনা লৈরবশিং অসিনা নান তৌবমদবদি ভাবগু বৃটিশকী পাঙ্গল হিকথমোই . লান্মীশিংগী মখোনা বাসনদগীনি, বাসন অত্থু চাংমীশিংনা শেৎপা। মচেং, চাবা মচেং তৌবগা হুন থবান। অতুনা মনিপুব অমসুং ভারতনা অসিগুম্বা থবাই, হকচা অমসুং লন-থুম পুথোক্তুনা বাখিবা চাংমীশিংগী লমন কদাই ফাওবা তোল্লি হাযবা অথবা অমসুং অপারশিংদনা ভাব তাগনি।

জাপানশিংনা শ্রীগুন সিংহবু হন্না হন্না থাগৎলমই —"মিষ্টর সিং নংগুম্বা অনিদং শুরবদি কয়াদা নুঙাইগবা! নহাকপু মনিপুরদা থাজিনবা ঙমলবদি নহাক্কা থবক কয়া তৌগনি হায়বা ঐখোইনা লোইনা থংই অতুবু নংনা মনিপুরদা চৎথ্রবসু অসোমদা নংগুম্বা অমা অতৃম চংবনি।" মখোইনা হায়রমই "মনিপুরদগী মৈতৈ ফংননবা করম্বা উপায় তৌসিগে? নখোই দেশকী মহৈ-মশিং হৈবা অমদি মরৈবাক নিংবশিংনা নিংতম্মা পান্ননবা হোৎনদবা করিননো? মখোই অতু তলব খরা চারগা মখোই মখোইগী ইমুং মন্নুংগী রাখলদগী হেন্দুনা লৈকাই অমসুং দেশকী রাখল য়াওরমলোই।"

মতুদা শ্রীগুন সিংহনা খুমখি- "মনিপুরনা ভারতকী নোংপোক হোং ওইবনা মৈতৈগী মকোক ওইবা মী মখৈ যাজিন্দুনা লৈরমগনি করিসু লৈত্রবা ঐহাক্তসু ইবোবাকপু নুংশিবা অমসুং ইজাতিবু নুংশিবগী নিংতম্বগী লান্দা থরাই পানমুদনা য়াওরিবা অসিনি; মনিপুরদা ঐখোইদগী হেনবা য়াম্না লৈরিবনি ঐখোই অসিদি মনিপুরদা মশিং থাবা য়াবা নত্তে।" হায়নাবা মতম অসি মনিপুরদা থিকা তৌদুনা পৈশা য়াম্না ফংবা অদুনাইদা ওইরমগনি।

তোংলিদা আই, এন, এ শিংগী রাসন মতিক চানা ফংলকত্রবদা মনিপুর পার্টিগী ভি, ফোস অমসুং স্পট থাদুনা চৌংশাং খুনাশংগী নিংথৌশিংবু কৌকরগা মখোই মখোইগী খুন্দগী--য়েক্লবগী লমদা লৈরবসু--চেং, ফে পুরকহনদা নুপী, নুপা অমসুং অঙাং থাকখিদে। মনিপুরগী চীংগী প্রজা কয়া কয়াদি জাপান অমসুং আই, এন, এ,গী পোথাং পূবদগী হল্লকতবসু কয়া য়াওরি। নোংমা নোংমগী রাসন রাৎতনবা হোৎনবদা চীংমী প্রজাশিংনা য়েক্লবগী লমদা লৈবা মনিপুর তম্পাক্কী নিংঙেল কৈথেলদগী পোৎ ফাওবা লৈরুতুনা শ্রীগুন সিংহনা লিংখৎপা বোংলি কৈথেন্দা পোৎ য়োলহন্দুনা ময়ামগী রাৎতনবা তৌখী।

## নুংতাক ময়াদা য়েকনবগা লান্থা

নোংমা বোংলিগী কেমপতগী জাপানগী হিকারি কিকান আফিস পুবা কেপটেন নাগাও সান অমস্তুং ওই রাসাননচিংবা আফিসার অমস্তুং জাপান সিফাই খরগা, আই, এন, এ, গী অফিসার অমস্তুং আই,এন,এ, সিফাই খরগা ; মনিপুব পার্টিগী ভি, ফোর্সশিং খরা, শ্রীগুন সিংহগী অর্দালী অমু সিংহ অসিন চিংবা, বোংলিদগী নুং-তাকলোমদা পুন্না পেট্রোল চৎমিনখি। খুল অনিসিগী মবক্তা বৃটিশকী সিফাই ৫০ মুক্তা শুক্লরমই। বা ঙাংনবা তানবা লমদা লেপ্পরমই। মতুদা আই, এন, এ, ইনতেলিজেণ্ট আফিসাব অমনা লাক্লিবা য়েক্লবা মাইকৈগী ভারত সিফাইশিংদা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা "ঐখোইবোমদা চং-লকউ ঐখোই আজাদ হিন্দ ফৌজগী সিফাইশিংনি ঐখোইনা ভাবতপু স্বরাজ পিনবগীদমক অমস্তুং ইমা লৈবাকপু মীথা পোলহল্লিবা য়েক্লবা বৃটিশপু ভাবত্তগী তান্থোক্কে হায়বগীদমক খুৎলাই পায়তুনা জাপানবু পুতুনা লাক্লিবনি। ঐখোয়গা নখোয়গা য়েক্লবা নত্তে ঐখোইরোমদা চংবিবকউ, নখোই ঐখোয় তিন্নরগা বৃটিশপু থুনা তান্থোকসি।" অসি হায়তুনা লেপ্পা ১ ঙাংলমই। য়েক্লবা মায়কৈগী সিফাইশিংনস্তু মখোযরোমদা চংলবউ "নখোইবুস্তু ঐখোইনা করিস্তু দণ্ডি পীবোই মতিক চাবা নখোই নখোইগী ফম পিগনি" হায়তুনা লাওরমই।

অস্তুম তৌনা আই, এন, এ, আফিসার অতুনা পুকচেল শেংনা অকিবা হায়বতু য়াওদনা ঙাংলিঙৈদা য়েক্লবা মাইকৈরোমদগী ব্রেনগন অমস্তুং মেচিনগন কাপশিল্লকখি। মখোইরোমদা গোরা কেপ্তেন অমনা নোংমৈ কাপ্পগী হুকুম তৌতুনা শিল্লিবতু খুদক্তা খংতুনা অসোম-দগীস্তু নোংমৈ কাপখী। মতৌ অস্তুম তৌনা নাকন অনিমক কন্না কাপনখি—অমনা ডাকুনি অমনা হুখিবা মপোৎ তান্নরি ; অমনা অচুম্বগীদমক লান তৌরী অমনা অবানবগীদমক্নী, অতুবু ফনা তৌতুনস্তু অরানবদি মাইথিদবা য়ারক্তে মসি মহৌশানি।

লেপতুনা রা ঙাংলম্বা আই, এন, এ, আফিসায় অহু মফম অসিদা নোংমৈ গুলিনা পান্দুনা মথৱাই থাখী। মহাক্না শিরমদাই ঙাইহাক অতুদা মহাক্কী মমা, মপা; মচন, মচা; মচিন-মনাওশিংবু মথং ২ নিংশিংলমগনি। ময়ুমদগী লাপগ্রবা চীংলক্তা ভারতকী নিং-তম্বগী লান্দা থৱাই থারে। হয়েং ভারতনা নিংতম্নকপা মতমদা মহাক্কী ইমুং-মন্নুংবু কয়া নিংথিনা অমসুং কয়া লুনা থম্বীরগদগে, অদুগা শিরিবা মহাক্কী মোংফমদা মহাকপু নিংশিংনবা; তুংগী মীরোনশিংদা থৌনা হাপ্পনবা করি খুদম থম্লগদগে? অসিনচিংবা রাখনগী চীংজাওনা সহীদ অথোইবা অসিগী থম্মোইদা নন্দুনা থৱাই লাল্লমগনি। ঐথোইনা ঙমজবা হায়ববু দেশভক্ত অসিগী আত্মা শান্তিগীদমক থম্মোইশোক্না অৱাবা ফোংদোকলি। মরৈবাক নিংবা, মজাতিবু হুংশিবদা সহীদ অমগীদমক্তদি ত সিংগী হেনবা লৈত্রে। মহাক্কী হায়নিংঙাই লৈতনা মবাইবক ফগ্রবনি। লাইবক থিবদি, শিগদবা লৈরবদা শিবা কিরিবা ঐথোয়নি। খৃষ্টনা পোকত্রিডৈ, চহি ৪৮০ রাংলিডৈদা পারসিয়াগী নিংথৌরেন জেরেকসেজ (Xerxes) না গ্রীসতা লান্দাখী। খুদোংথিবা মতাং অসি য়োৌরক্লবদা মখোই মখোইগী লানাই য়েংথিনবন্থ তোক্লুনা গ্রীস পুম্নমক অমতা ওইনা পুনশিন্নরমই। পারসিয়াগী লাম্মীনা তকশিল্লকপদা গ্রীস লাম্মীশিং অদু অস্নুম হন্দোকলমই। নাকন অমদনা সমুদ্র লৈবা অদুগা নাকন অমদনা অৱাংবা চীংনা ঙম্না লৈথিবা থারমোপাইলে কৌবা খুরবা মফম অমা লৈ। হায়রিবা অদু মী থরতনা য়েক্লবা ময়ামবু থিংবা ঙম্বা মফমনি। মফম অদুদা পারসিয়াগী লাম্মীশিংবু থিংননবা লিওনিদাসনা লুচিংতুনা স্পার্টন ৩০০ না ঙাক্লমই। খুরবা লম্বী অদুদা য়েক্লববু থিংবদা লিওনিদাস অমসুং স্পার্টন ৩০০ মক অমমম ওইনা চোংশিন্দুনা থৱাই থাখী। মখোইগী জাতি অমসুং দেশকীদমক থৱাই থাখিবশিং অদুগী নিং-শিংনবা ওইনা মফম অসিদা য়ুম্বী অমা য়ুংই, হৌজিকসু লৈরী। মতুদা ইরি—

"চৎলিবা, চৎলু স্পার্টাদ হায়রু চৎলু,
মরমদি তাকপিরম্বা য়াথং ইন্দুনা মফম অসিদা ঐখোই হিপ্পী।"

বোংলীদা লৈরিবৈদা নোংমা শ্রীগুন সিংহদা মহাক্কা য়াম্না চান্নবা জাপান আফিসার নাগাওসান কেপ্তেনন। য়াম্না চিক্না ব্বারী শাথী। মতুদা মহাক্কা শ্রীগুন সিংহদা, জাপাননা প্রসান্ত মহাসাগরদা মাই-থিক্তুনা য়েক্কবনা মখোইগী কোন্নুংলোমদা থরা নকশিল্লকপগী মরমদা মেপ পুথোক্তুনা ব্বারী শাথী। মানা সেপ্টেম্বর থাসি জাপানশিংগী অরুবা থানি হায়রমই অমসুং শ্রীগুন সিংহদা মী অতোপ্পা অমদা তম-থোক্তুনবা কন্না হায়থী। মহাক্কা শ্রীগুন সিংহদা জাপান ১০ শুনা লৈরিবৈদা যেরবা আমেরিকানা জাপান দেশ লৌবা ভমলোই হায়থী। শোক ১৯৪৩ গী সেপ্টেম্বব থাদগী আমেবিকানা প্রসান্ত মহাসাগবদা ফিবম ফরকপা, মকুওইনা অষ্ট্রেলিয়াগী অরাংলোমদা লৈবা নিউ গিনিদা তকশিল্লকপগী মরমদা মমাংদা ঐখোইনা থেংনগ্রে। মতৌ অসুম তৌনা লান তৌরি তৌরিবা মফম্‌শিংগী ব্বারী নুমিৎ খুদিংগী শারমই।

১৬ শুবা পন্দুপ

# জাপানশিংগী লিংজেন

জাপানগী লাম্মীনা চাক চারিথৈদা য়েক্লবগী নাশোন খজিক্কুং ফংবদা মখোইনা চারিবা চাক অমত্থ থম্লমলগা লানমাং থানা চেনশিনবা হানবা তাম্লে। শ্রীগুন সিংহদা তমই—"লান্দা শিরগা, ময়ুমদা অশিবগী শরু থুংলবা কান্দা মপা-মমানা নোক্লা ২ শরু মচেৎ অত্থু পুরহুনা য়ুমলোন কৈরোম্নবদা ঐগী ইচানা মাগী মরৈবাক্কীদমক অমসুং জাতিগী-দমক মথৌ পাংথোক্নুনা থরাই থাবা গুম্বগুম নখোই নখোইগী নচা নগুস্থ ঐগী ইচাগুম্না পোল্লকপা লাই নিংজৌ" হায়রুনা লেম্লে।

নোংমা জাপান আফিসারশিংনা শ্রীগুন সিংহদা ৱারী শাথী— মখোই জাপাম্না লান লাক্লিবসি ইমুং-মম্নুংগী মুপা তংখাই অমা য়ুমদা লৈহৌরগা তংখাই অমনা লান্দা লাকপনি। করিগুম্বা ইমুং ১দা নিপা ৩ লৈরবদি অমা লাক্লগা ২ লৈহৌই; ৫ লৈরবদি ৩ লাক্লগা ২ লৈহৌই। অসুম তৌনা লৈহৌবা মীশিং অহুনা চৎখিবা মীশিং অত্থুগী মথৌ অত্থু লোইনা তৌবা তাই; মীশিং য়ামদ্রে হায়রুনা থবক্তা অমসুং লৌউ শিংউবদা হান্নগী লৌফম অত্থুগী লমশিং অত্থু হাংহনবা অমসুং চাথোক ৱাৎহনবা য়াদে। মীশিং য়াম্বদগী করিগুম্বা ইমুং অমনা থবক থুনা লোইশিনগ্রবদি লোইহৌদৰা অতৈগী মতেং অমুক হেক পাংই, লেম্না লৈহুনা পোথানদে।

অত্থুগা ৱারী অমসু জাপানশিংনা শ্রীগুন সিংহদা লিখী—ময়াম্না লান চৎলকপা মতমদা মমা মচাদা লৈজবা কনাগুম্বী লুখ্রাবী অমগী মচাম্নুপা অমনা মরৈবাক অমসুং জাতিবু মুংশিবদগী লান চৎনিংহুনা ভর্তী তৌবা আফিসারদা লান চৎকে হায়রুই। আফিসার অহুনা হংবদা মুপা পাথং অহুনা মমা হমুবী অমগা মবাম্লী লৈ হায়রুনা খুম্বদগী আফিসার অহুনা মমা হমুবী অহুবু থাদোক্নুনা লান চৎপা ম্নারোই হায়না থিংলমই।

পাখং অতুনা নিংবা কাইনা মমাদা তমলুবদা মমাতুনা মথংগী মুমিত্তা পিস্তোল অমা লোল্লা পুরগা মশামক চংখিতুনা ভর্তী তৌরিবা আফিসার অতুদা মচানুপাবু লান্দা থাবিয়ু হায়বদা আফিসার অতুনা মমা অতুবু থাকপিনবা লৈত্তে, মরম অতুনা মচানুপা অতু লান্দা চংপা য়ারোই হায়না খিংলমই। অতুদগী হন্নবী অতুনা মহাক লৈবদগী মচাগী নিংবা কাইরবনি হায়তুনা মানা পুরকপা পিস্তোল অতু পুথোক্ল-গা "ঐগী ইচাবু লান চংহন্দবা য়াদে" হায়রগা মতোমতা কাপতুনা শিজখি। মতৌ অসুম তৌনা মচানা লান চংপা ঙমখি। "অসুক্কী মতিক জাপান ঐখোয়না নুপা, নুপী, অঙাং থাক্তনা মীখা পোন্দবা জাতি অমা ওইনিংই" হায়না শ্রীগুন সিংহদা হায়খি।

## সিফাই অমনা মথল্লাই য়োনগে ল্লাচংপা

ল্লারী অসি শ্রীগুন সিংহনা লান কাদ্রিঙৈ, মোলাইক্তা লৈরি-ঙৈগী ল্লানী। মফম অতুদা য়ামাদাসানগী অর্দালী ওইতুনা লৈবা জাপান সিফাই অমনা শ্রীগুন সিংহদা মহাক লান চংচগে মহাক্কী সাহেবনা মাবু থাবিয়ু য়াদ্রে, অহাওবা চাতুনা আফিসতা :লগে লাকপা নত্তে, মমাল্লবা য়েরবগা থেংনতুনা লাম্বা তৌনজগে "মিষ্টরসিং নংনা য়ামাদাসানদা খরা হায়বিয়ু" হায়তুনা হন্না ২ হায়জবমই। মহাক্কী ল্লা অতু শ্রীগুন সিংহনা যামাদাসানদা হায়বিরুবদা য়ামাদাসল্লা সিফাই অতুবু নুংশিতুনা লান্দা চংহন্দবনি হায়না খুমখি। মতম খরা লৈরগা সিফাই অতু লান চংহন্দে হায়তুনা নুংঙাইতবদগী মতোমতা নোংমৈনা কাপতুনা মোলাইকতা শিখি।

## মণিপুরবু কোইশিল্লকপা

শোক ১৯৪৫ দা মনিপুরগী ফিবম অসি য়াম্না ফংখিদে। নিং-তম্বগী লাম্মীশিং অমস্থং মতেং পিরিবা জাপাল্লা খরা ২ চংশিল্লকপনা মনিপুর অসি পুমথিং খিংখি। বৃটিশনা অল্লাং আসামগী লেদো

( কোইলা থোকফম মনাক ) ফাওবা শেমখিবা লম্বী অতুগা, ব্রহ্মাগী ভামো মথাদা লৈবা মোংয়ুগী শোরোক অমনবা ফাওবা শম্লনা শেম্লগা অমসুং লোইনা লোইননা মচিনা লৌরগা, চিনাগা পোং-মাল হোন-দোক হোঙ্গিন তৌবদা খুদোং চানবা কল্লা হোংনরমই। মরমদি ভারতগী চিনা তাল্লা হিমালয় চীংদোন ফুট ২৩,০০০ লানহুনা, অয়াম্বা মতমদা মনিপুর ফাওহুনা, য়াম্লা রাংনা প্লেন্না মাল-হোম্লবা লম্বী (The Hump Route ) অতু মচিনাগী প্লেন তাফমদগী অমুক চিনা তাল্লা পাইরবদি রাংনা পাইবগী খুদোংখিবা কোকনি।

মরম অতুনা জাপান্না বেঙ্গল-আসাম রেলরেদা 'হম্প্ রাউট' কী চিনা তাল্লা পুনবা মাল পৈফম ওইরিবা অতু থুগাইবা তারবদি মনিপুর লৌবা য়াম্লা দরকারনি। অমনা লেদোগী শেমজিল্লকইবা লম্বী অতু থিংহুনা চিনাগা শম্লবা য়াদনবা, নোংপোক্লোম্নদা সালবিন তুরেল রাংমরোমদগী চিনাগী লাম্মী তাম্থোকপা তারমই। মনিপুর লৌল্লা তারবদি মরুওইবা লম্বাশিং—মথারোমদনা তিদিম লম্বী অমসুং অরাং-লোমদনা দিমাপুর লম্বী—থিংবা তাই। মরম অতুনা জাপান অমসুং অপুনবা লাম্মীশিং অতু অমনা আরাকানলোমদগী তিদিমলোমদা, অতোপ্পা অমনা উখ্রুললোমদগী কোহিমা তম্লা চংলকপনি। অসুম্না মনিপুরদা ফুজিল্লকপনা শোক ১৯৪৪ গী মে ২ দা ইম্ফাল কোহিমা লম্বী থিংখী। তারিখ ৭ তা কোহিমা লৌখী।

অসুম তৌনা মনিপুর অসি ইকোই কোইশিনবা অসিনা মে থা ফাওবদি বৃটিশকী ফিবম খমথেংনা ফংখিদে। মতম অসিদা নিংতম্বা লাম্মীশিংগী মথুক্তা মনিপুর অসি তারুরবগুম্বনি। মতম অতুদা ইম্ফাল অসি বৃটিশকী মরিগুবা ইণ্ডিয়ান কোরগী মরুওইবা মফম (হেড কার্টর) নি। মোইরাংদগী লোকপচীং ফাওবসি কল্লা থেংনখি ; নিংথৌখোংদদি হাকথেংননা কল্লা য়াম্নখী। ইম্ফালগী লানফম অসিদা বৃটিশকী লাম্মী ৩০,০০০ শিখী।

১৭ শুবা শন্দ্‌ৃপ

# প্রসান্ত মহাসাগররোমদা

নিউশিনীরোমদা আমেরিকাগী ফিবম ফরকপগী মরমদা ঐখোয়না থেংনখ্রে। রাবোল ইথৎতা ফিবম চেৎলক্তবদগী জাপান্না ডৎচনিউ-গিনীগী হোলণ্ডিয়া হায়না কোবা মফমদা অমূক হোংদোক্কে থল্লমই। তৌইগুম্বস্নুং মেকঅর্থরনা থংহৌদনা মফম অত্নদা মহাক্কী লান্মী থাজিল্লকপদগী জাপানশিংনা এফম অত্নু থাদোকপা তারমই। শোক ১৯৪৪ গী এপ্রিল ২২ দা আমেরিকানা আইতাপে, হুমবোল্ডট উপ-সাগরনচিংবা লৌশিনখি। তারিখ ৩০ ফাওবগী মনুংদা হোলণ্ডিয়াগী এরোড্রোম অহুম্মক আমেরিকাগী মথুংতা তাখি অমস্নুং জাপানগী লান্মী ৫০,০০০ গী লম্বী ককথৎলমই। মে থাগী মনুংদা অবারে, রাকদে অমস্নুং বাইক ইথৎনচিংবা লৌত্নুনা জাপানগী লান্মী ৮০০০ হন্দোকখি। অস্নুম তৌনা শোক ১৯৪৪ গী সেপ্তেম্বর থা ফাওবগী মনুংদা আমেরিকানা নিউ গিনী লৌখি। মফম অসিরাইদা শোক্লখিবা লানকমশিংদা চহি অম: থরা হেনবগী মনুংদা জাপান লান্মী ১৩৫,০০০ গী লম্বী থৎখি অমস্নুং এলাইডনা মাইল ১,৩০০ চংশিল্লকখি।

শোক ১৯৪৪, সেপ্তেম্বরগী মনুংদা আমেবিকানা বেকর ইথৎ, নকুফেতো, নম্নুমিয়ানচিংবা লৌশিনখি। ওক্টোবব থাদা মার্কিন ইথৎ তারারা এটোলসনচিংবদা কল্লা লান শোক্লখি অমস্নুং জাপান মাই-থিখি। তারারাগী লানফমতদা আমেরিকাগী লান্মী ১০২৬ শিখি অমস্নুং ২৫৫৬ শোকখী। মথংদা মাসে'ল ইথৎলোমদা আমেরিকানা তমশিল্লকখি। মুমিৎ নিনি কল্লা বোম থাদরগা শোক ১৯৪৪ গী জানুৱারী ১দা মাজুরো আমেরিকানা লৌখি অমস্নুং থাসিগী মনুংদা এনিরেত্তোক এটোলস্নু লৌখি। জুন থাদা আমেরিকানা সাইপান ইথৎতা খোংদাখি। মফম অসিরাইদা আমেরিকাগা অমস্নুং জাপানগা

অকনবা লান থেংনখি মসিদা জাপানগী মেচিন ৩৫৩ কাপথখি। লানফম অসি মুমিৎ ১৫ নি শোক্লখি। লানফম অসিদা জাপানগী লান্মী ৪৪,০৩৬ শিখি অমসুং আমেরিকাগীনা লান্মী ২৩৫৯ শিখি, ১,২১৩ না মাংখি অদুগা ১১,৪৮১ না শোকখি। মফম অসিদা জাপান্না মাইথিখিবগী ফল ওইনা জেনেরেল টোজো অমসুং মহাক্কী সরকার মফম তাখী; মহাক্কী মহুত্তা জেনেরেল কোইসোনা অনৌবা কেবিনেট অমা শেমখি। ফনা কুইনা লেপপুরগা সেপ্তেম্বর ৮ দা আমেরিকানা পেলেলিউ ইথৎশিং অমূক লৌশিনখি।

হৌজিক ফিলিপাইনরোমদা থৌজিল্লক্লে। অহানবদা তালাউর ইথৎশিংদা অদুদগী ফিলিপাইনগী খ্বাইদগী মখা থংবদা লৈবা মিন্দানো রোমদা চংনবা হোৎনরক্লে। সেপ্তেম্বর ১৩ দা আমেরিকাগী ৩শুবা ফ্লিটনা ফিলিপাইন, ফোরমোসানচিংবদা কন্না লান্দাশিল্লমই। হৌজিক অকোনবগী ওইনা ফিলিপাইনগী ময়াইমক্তা থোংদানবা হোৎনরক্লে।

ফিলিপাইনদা জাপানগী লান্মী ২৫০,০০০ রোম জেনেরেল য়ামাসিতাগী মখাদা লৈরমই। ওক্টোবর ১০ দা ওকিনাৱা অমসুং ফোরমোসাদা, প্লেননা জাপানশিংগী এরোড্রোমদা কন্না লান্দাখি। তারিখ ১৫ ফাওবগী মমুংদা লুজোনদা অমুক কন্না লান্দাখি অমসুং জাপানগী প্লেন কয়ামুক মাংহনখি।

ওক্টোবর তারিখ ২০ দগী ডিসেম্বর ৩১ ফাওবদা আমেরিকাগী ৭শুবা অমসুং ৩শুবা ফ্লিটকা জাপানগী জহাজশিংগা ফিলিপাইন্দা কন্না কাপ্পখি। আমেরিকাগী ফ্লিটশিং অসিনা অন্দর এডমিরল হালসে অমসুং ভাইস এডমিরল থোমাস কিনকেইডনা কমাণ্ড তৌবনি। জাপানগীমা ফ্লিট মরিনি—অমনা ভাইস এডমিরল কুরিতানা কমাণ্ড তৌবা সিঙ্গাপুরদা থম্বা ফ্লিট, অনিশুবনা ভাইস এডমিরল তোকু সাবুরোনা কমাণ্ড তৌবা জাপান্দা থম্বা ফ্লিট; অহুমশুবনা ভাইস এডমিরল নিসিমুরানা কমাণ্ড তৌবা সিঙ্গাপুরদা থম্বা ফ্লিট; মরি

শুবনা ভাইস এডমিরল সিমাগী কমাণ্ডদা লৈবা পেল্লাদোরসতা থল্লা ফ্লিট।

লানফম অসি অমনা সুরিগাও মনাক্তা, অমনা কেপ এঙ্গেনো (Cape Engano) মনাক্তা, অমনা সামার ইথং মনাক্তা লোক্লখি। লানফম অসি জাপাল্লা ওমগদবদা তোপ মরু হাৎপদগী আমেরিকানা ওমহোই।

## বোম থাদদুনা জর্মন প্রজা হাৎলকপা

লোক ১৯৪৩ গী জানুৱারী থাদা কাসাব্লানকা কনফরেন্স (Casablanca Conference) কী মতুংইন্না এক্সিস শক্তিশিংনা নিয়ম অমতগী মথাপোন্দবা সন্ধি য়াগদবনি (Unconditional Surrender) হায়না তানখিবা রাফম অতুগা লোইনা লোইননা অসিমসু লেপ্পখি—"জর্মনীগী পোৎ শাফম, লানগী থবক অমসুং হিংতুনা পাম্বা মরম (অথিক নিয়ম) পুম্বা মাংহনতুনা পুংচাই চাইহনবা, অমসুং জর্মন জাতিনা ল্যান তৌথবা শুকণ্ডম ওমদনবা থবক লৌথৎপা।" ৱাহৈশিং অসিনা তাকপদি জর্মন লান্মীবুতা নত্তে, জর্মন জাতি পুম্বা মুপী, অঙাং-অমতা থাক্তনা এলাইড শক্তিগী বোম্না দণ্ডি পিগদবনি হায়বা তাকই। হৌজিক জর্মনীগী মী খুদিংমক এলাইড শক্তিগী য়েক্লবনি হায়না লৌরবনিনা মখোইগী মথক্তা বোম হৈথরগনি।

মসিগী মতুংইন্না ১৯৪২ গী মার্চ থাদগী বোম থাদবা হৌখী। লোক ১৯৪২ গী মে ৩০-৩১ গী মুংদাংদা জর্মনীগী কোলোন সহরদা প্লেন ১১৩৩০ না টোন ২০০০ গী বোম থাদখি। মসিগী ফল ওইনা কারখানা ২৫০ মাংহনখী অমসুং সহর অতুগী একর ৫০০০ মাংহনখী হায়। জর্মনশিংনা হায়বদি মী ১১,০০০ দগী ১৪,০০০ শিখি। মথংদা এসেন (Essen) দা প্লেন ১০০০ অমনা বোম থাদখি। মিষ্টর চর্চিলনা হাওস আফ কমন্সতা হায়খি—"জর্মনীগী সহর হিথাংফম অমসুং অতৈ সেণ্টরশিং অসি অসুম কুইন্দিল্লরুগা অসুক্কী

মতিক খুদোং থিরকখিগনি মতুদি মমাংডৈদা করিগুম্বা দেশ অমতদা থোকখিদ্রি হায়বা য়াই।"

শোক ১৯৪৩, জুলাই থাগী অকোনবা হাপ্তাদা জর্মনীগী হেমবর্থ ( Hamburg ) সহরদা বোম তরুক্লক থাদখি। সহর অসি চামগী মনুংদা ৫৫ দগী ৬০ ফাওবা থুগাইরমই; চামগী মনুংদা ৮০ দি মৈননি; অসক্কার মাইল ১২.৫ দি মৈনা পুমচাক চাকখী। মী ৬০,০০০ দগী ১০০,০০০ শিখি; য়ুম ৩০০,০০০ কিস্থখি; অমসুং মী ৭৫০,০০০ ময়ুম মকৈ লৈথিদে—মীওইবনা অস্থক য়াম্না তুকচ্চরবা শাজং অসি করিগীদমক চংলিবা? ঐনা হায়বা য়াগদবনি হায়বা চাওরবা পাপ অদু থাদোক্লগা অচুম্বা হায়বদুবু য়ানরবদি মীওইবনা করিস্থ ব্বারোইদবান। জর্মনীগী মী লাখ অমা নক্রগা হেন্না তাবা সহর ৬০ দা বোম থাদখি। মী লাখ অহুম শিখি, ৭৮০,০০০ শোকখী, মী ৭৫০,০০০০০ ময়ুম মকৈ মাংখী; য়ুম ৩৬,০০০০০ মাংহনখী। অদুবু ফিবম অসেদা জর্মন জাতিনা হনবদি লাইরতুনা থোইনা হেন্নতুম অশিংনখি। মসি জর্মনীনা কাওগদ্রা ? জর্মনশিংনা মখোইগী কারখানাশিং অদু হেক্তা খুদক্তা শেমজিল্লমই অমসুং অনৌবা অতৈ কয়াস্থ লিংখৎলমই। অদুগা পোৎথোক মতিক চানা হেনগৎহল্লমই। লান লোইবা ফাওবদা জর্মনশিংনা মখোইগী কারখানাশিংগী পোৎথোক করিমতা ময়েং তাহল্লমদে। শোক ১৯৪৪ দা জর্মনশিংগী কাপ্পনবা গাড়ী ( Armoured fighting vehicle ) গী পোৎথোক অদু শোক ১৯৪২ গী অদুগুম্বা শরুক অহুমলোমনি। শোক ১৯৪২ দা শাখিবা ফাইটর—বোম্বর মশিং অদুগুম্বা শরুক অহুমদগী হেন্না শোক ১৯৪৪ দা শাখি। শোক ১৯৪১ দা শাখিবা নুংদাং কাপ্পনবা প্লেন (Night fighter plane) অদুগুম্বা শরুক নিপান শোক ১৯৪৫ দা শাখি। শোক ১৯৪৪ গী সেপ্টেম্বর থাগী মনুংদা জর্মনীগী কাপ্পনবা প্লেন ৪,৩৭৫ শাখি; চহি অসিগী মনুংদা পুম্নমক প্লেন ৩৯,৪০৭ শাখি। শোক ১৯৪২ দদি পুম্নমক্লা প্লেন ১৫,৫৯৬ দমক শাখি।

## সিসিলা অমসুং ইটালি লৌবা

সিসিলীগী লানফম অসি শোক ১৯৪৩ গী কালেনদা হেংনখী। মে ১৮দগী জুন ১১ ফাওবদা বোম টোন ৬,৫৭০ থাদখি। মফম অসিদা ইটালি অমসুং জর্মন লান্মী লৈবমই। জলাইগী তাবিখ ২৫ দা বেনিটো মুসোলিনী মফম থাদোকখী। আগষ্ট ১৬ ফাওবগী মনুংদা সিসিলী এলাইড শক্তিগী মখুৎতা তাখী। লানফম অসিদা এক্সিসকী মী ১৬৭,০০০ শিখি অমসুং শোকখী, এলাইডকীনা মী ৩১, ১৩৮ নী।

ইটালিদা লান্দাবা অসি শোক ১৯৪৩ গী সেপ্টেম্বর হৌগৎলকপদনি। লানফম অসি জেনেবেল অলেকজেণ্ডরগী কমাণ্ডদা চৎথখি—জেনেবেল মোণ্টেগোমেবীনা লুচিংবা ৮ শুবা বৃটিশ আর্মী; অমনা লেপটেনেণ্ট জেনেবেল মার্ক ক্লার্কনা লুচিংবা বৃটিশ অমসুং আমেরিকাগী লান্মীনা শাবা ৪ শুবা আর্মি। সেপেম্বব ৩ দা মোণ্টেগোমেবীনা যেরবগী মথক্তা প্রেন অমসুং তোপনা লান হেখী তারিখ ১দা তারাণ্টো অমসুং সালেবনো, এলাইডকী মখুৎতা তাখী। জর্মনশিংনা গ্লাইডর বোম অবায়দগী কাপ্প যাবা বাডবনা পুবা বোকেট বোম—কাপলক্লুনা য়েক্নগী জহাজ যাম্না শোকহনখী অসুম তৌনা কাপ্পবনা ওক্টোবরগী ১ দা যোগিয়া অমসুং নেপস্লা এলাইডনা লৌখী।

শোক ১৯৪৪ গী জানুৱারী ২২ দা মেজব জেনেবেল লুকাসকী কামাণ্ডদা ৬শুবা বোবগী লাণ্মী ৫০ ০০০ অঞ্জিও সমুদ মপান্দা খোংদাখী অমসু মথং ২ লৌরক্লুনা জনগী তাবিখ ৪ ফাওবদা ইটালিগী লান লোইশিনখি। লানফমশিং অসিদা মফম খংনদন্নুনা এলাইড মশেনস্থ বোম থাদনবা যাওই।

### রুসতা শোকনবা লানফম

জর্মনশিংনা, তকশিল্লক্লিবা কসকী লাণ্মীশিংগা লাম্বা তৌনবা শোক ১৯৪৩ দা ওবেলদা (টেঙ্ক) ডিবিজন ৭, অতোপ্পা

ডিবিজন ১১ পৈশিল্লমই। অদুগা বাইলগোরোদতা ডিবিজন ১৮ থোমজিল্লমই। মফম অনিমক্তা পুনশিল্লগা লাণ্মী ৫০০,০০০ রোম্লি। লাম্মীশিং অসি ফিল্ড মার্সেল ভোনক্লুগনা কমাণ্ড তৌরমই। জর্মন লাম্মীশিং অসিনা টিম ( Team ) টাউনদা জুলাই ৫ গী অয়ুক্তা লান্দারনই। অদুবু আগষ্ট ৪ ফাওবগী মন্নুংদা জর্মনশিংবু রুসকী লানমীনা মাইথিবা পিখী। অসুম তকশিল্লকপনা আগষ্ট ১১ গী অদু-ৱাইদদি রুসকী লানমীশিংনা খারকোব নকশিল্লকখি। সেপ্টেম্বর ২৫ ফাওবগী মন্নুংদা রুসনা খারকোব, ষ্টালিনো, পোলটাৱা অমসুং শ্লোমেনস্কনচিংবা লৌখি। সেপ্টেম্বর লোইরমদাইদা জর্মনশিং অসি ডনাইপর ( Dnieper ) তুরেন খোংবানৱাই য়ৌখী। নবেম্বরগী মন্নুংদা রুসনা কিউব, অমসুং ফাসটোবনচিংবা লৌখী, অমসুং শোক ১৯৪৪ গী জানুৱারী থা ফাওবদা সারনী লৌখী।

অসুম তৌদুনা রুসকী লানমীনা জানুৱারী থা অসিদা খরা ২ তকশিনখীবদুনা ফেব্রুৱারী ১২ দা লুগা লৌখী। অদুগা অকনবা লানফর্মদি মার্চকী অদুৱাইদা থোকখী। মার্চকী তারিখ ৪ দা মার্সেল ঝুকোব ( Zhukov ) না লানমী কন্না থৌজিনবা হৌখী তাবিক ৯ ফাওবগী মন্নুংদা তরনাপোল য়ৌনা তকশিনখী। হৌজিক অসুম তকশিল্লকপা অসিনা শোক ১৯৩৯ গী রুসনা লৈরম্বা পোলেণ্ডগী ওমথৈ মনাক নকশিনখী।

## ক্রিমিয়া ( Crimea ) লৌবা

ক্রিমিয়া অসি জর্মন জেনেরেল জানেকীনা কমাণ্ড তৌবা ১৭ শুবা আর্মীগী মখাদা লৈরক্লিবনি। লম অসি লৌবসি ৪শুবা য়ুক্রে-নিয়ন গ্রুপ লানমীনা মরুওইনা দায় লৌরমই। লানমীশিং অসি জেনেরেল টোলবুখিননা কমাণ্ড তৌরমই। মহাক্তা খল্লম্বদি ইশিং মতৎ ওইনা লৈবা অদুগা য়েক্কবনদি কন্না ঙাক্তবা সিবাসতা উন নিংথিনা তারকপা মতমদা লানচংগে নিংলমই। অদুবু মানা

চংলকপা মতমদদি উন য়াম্না পানা তারমই। অদু ওইদুনস্তু মহাক্না হনবা লৈতনা নমদুনা ইশিংগী শরুক খরা অদু লাম্থোকখি। এপ্রিলগী তারিখ ৮দা য়েরুবা জর্মনশিংগী মথক্তা লান্দাখি। তারিখ ১১ দদি ভজাখোইদা চংদুনা রুমানিয়াগী লাম্মীশিংবু তানখাইখি। অস্তুম্না মে ১২ ফাওবগী মন্নুংদা ক্রিমিয়া লৌখ্রা।

১৮ শুবা শন্দুপ

## ফ্রান্স অমুক লৌশিন্নবা হোৎনরকপা

ফ্রান্সকী নোরমান্দিদা এলাইড শক্তিশিংনা লান্দানবগীদমক জেনেরেল আইজনহোৱরদা থবক অসি শিন্নবা মহাক্কী তেংবাংবা কয়ামুক্কা লোয়নবা লণ্ডন্দা অমুক হল্লকুবা কৌরমই। নোরমান্দিদা লান্দাবা অসিগীদমক লাম্মী ডিবিজন মঙা শিজিন্নবা হায়না লেপ্লখী। লানফম অসিগী মমিং দি-দে (D-Day) হায়না থোনখী। লানফম অসিগীদমক্তা আইজন হোৱরবু সেনাপতি মকোক হাপ্লমই। মহাক্কী মতেং পাংবা সেনাপতিশিংদি — এদমিরল বারত্রাম রামসে; এয়র চিফ মার্সেল ট্রেফোর্দ লেঘ-মেলোরী অমসুং জেনেরেল মোণ্ট-গোমেরী। লানফম অসি সেইনগী উপসাগরদা শোক্লবা হায়না লেপ্লরমই অমসুং মাইল ৭০ বোম পাক্লা তকশিনবা তারমই। চৎ-থগদবা লানওংদি অহানবদা খোংদাফম অমা হান্না ফংননবা হোৎনবা —মতুগী মনুংদা চেরবর্গ, কেইন অমসুং প্লেন তাফমশিংসু য়াওবা। মথংদা বৃটানীবোমদা তকশিন্দুনা মখারোমদা নানটিজ ফাওবা তক-শিনবা। অকোনবদনা ফ্রান্সকী কোন্নুং পেরিসলোমদা তকশিনবা।

জেনেরেল আইজনহোৱরগী লাম্বাদা জমনলোমগী ফিল্ড মার্সেল ভোন রুন্সটেডটনি। মহাক্না নোংচপলোমগী থবক পুই। তৌই-গুম্সুং মতম অসিদা হিটলরনা ফিল্ড মার্সেল রোম্মেলবু ফ্রান্সতা লৈরিবা লাম্মীশিংগী সেনাপতি ওইনা থারকখি। রোম্মেলগী মখাদা আর্মী গ্রূপ 'বি' লৈখি—নোরমান্দি অমসুং বৃটানীদা লৈবা ৭শুবা আর্মী গ্রূপ; পাসদে কেলিস অমসুং ফ্লেন্ডরসতা লৈবা ১৫শুবা আর্মী; অমসুং হোলণ্ডদা লৈবা ৮৮শুবা কোর। ভোনরুন্সটেডটকী মখাদা গ্রূপ 'বি'দা নত্তনা গ্রূপ 'জি'সু লৈরমই। 'জি' গ্রূপ্তা--ফিল্ড মার্সেল জেকোব ব্লাস্কোবিটচনা কমাণ্ড তৌবা ১বা অমসুং ১৯শুবা

আমীশিং ভোনরন্সটেডটকী মখাদা পুন্না পেঞ্জর ডিবিজন ১০, খোংমী ডিবিজন ৫০ লৈরমই। রোম্মেলগা ভোনরন্সটেডটকা মখোই অনিস্নু মোৎ মান্নখিদে।

জর্মনশিংনা, পাসদেকেলিসতা এলাইডশিংনা লান তারক্কদবোই খন্দুনা মফম অদোমদা লানমী কয়ামুক থোমজিনখি; তৌইগুম্বসুং লান্দি অদোমদাদি লাকখদ্রে। এলাইড শাক্তগী খাইদগী অরুবদি লানফম অসিগীদমক মাল অমসুং সিফাইনচিংবা হোন্নবা জহাজ মতিক চানা লৈরমদে, মরম অদুনা নোরমান্দিগা মতম অমতদা মখাথংবা ফ্রান্সতসু লান্দানবা খন্নরম্বা অদু তোক্তুনা নোরমান্দিদা হান্না লান্দাবা তারমই। ইংলিসকী ডোবব প্রনালী লাঃবগীদমক লানগী জহাজ ৭০২, মাইন বোম তকথোক্লুবা ফ্লোটল্লা ২৫ শিজিন্নখী। শম্না হায়রবদা থবক অসিগীদমক্তা জহাজ ৯,০০০ দগী হেন্না চংখি। থবক অসিগী-দমক্তা প্লেন স্কৱাড্রোন ১৭১ শিজিন্নখি।

লানফম অসি শোক ১৯৪৪ গী জুন ৬ তা হৌখী। নুমিৎ অদুদা প্লেন ২৩৯৫ অমসুং গ্লাইডর ৮৬৭ না পুগদোরিবা লানমীশিং অদু নোংয়াই মতুং পুং ২ দা থাদবা; প্লেন ২২১৯ না নোংয়াই মতুং পুং ৩ মি: ১৪ দা বোম থাদবা হৌবা; মতুগা লোয়না লোয়নবা অয়ুক পুং ৫ মি: ৫০ দা জহাজদগী তোপ কাপশিনবা হৌবা। অহানবগী লানমী কাংলুপ—ডিবিজন ৫ জহাজ ৪,২৬৬ তা তোংগ-দোরিবা অদুনা অয়ুক পুং তরুক মখাইদা থুংদুনা লান কাপ্পবা।

য়েক্রবগী মথক্তা এলাইড প্লেনশিংনা বোম টোন ৭,৬১৬ হৈথখি অমসুং লানফম অসিগী ঙাক শেন্নবা 'কাপ্পনবা প্লেন' (ফাইটর) স্কৱাড্রোন ১১ না মথক্তা পাইদুনা লৈখী। ময়াম অসিগা লোয়না লোয়ননা রোকেট কয়া কয়াসু কাপশিনখি। লান তৌবা হৌবদগী পুং ২৪ গী মনুংদা ফ্রান্সতা এলাইড লানমীশিংগী খোংদাফম ফংখী। তারিখ ১২ ফাওবগী মনুংদা এলাইডকী লানমী ৩২৬,৫৪৭; গাড়ী ৫৪,১৮৬; পোৎচৈ টোন ১০৪,৪২৮ নোরমান্দিদা য়োখী। অঙকপদি

ফ্রান্সকী মফম মফমদা জর্মন লান্মী লৈরমগনি হায়বগী ৱাখন্দা বোম পংহৈদা হৈথখী; প্রজা কয়া ২ মরক্তা য়েংনদুনা শিগনি নত্রগা য়েরুবা লৈরমদতুনা মরান লৈঞ্জদবা প্রজা ঙাক্তবু হাংলুবা য়াই হায়বা ৱাখন ইতৌ তৌখিদে, ঐখোয়না ওম্রগা লোইরে হায়বা ৱাখনতনা মাংওইনখি। পৃথিৱিদা ঙা অমা লৈখ্রে ঈশিং লোইনা শিংতোকতুনা য়েংগনি হায়বগুম্বনি। জুলাই ৯ ফাওবগী মনুংদা প্রজা ৭০০০ লোম শিখি। জুলাইগী থাখাই চল্লকপদা জর্মনশিং অদু অসুম অসুম হন্দোক্লমই। অহিংদা খোংমীশিংনা লান শোক্লবদা খুদোং চানবগী-দমক মথক্কী নোং মতুমদা মঙান য়াম্না কাপখৎলগা লৈমাইদা ঙালহল্লমই—খুৎশেমগী থাবল। এলাইডনা অসুম ২ চংশিল্লকপনা আগষ্ট ১০ দা নানটিজ লৌখী। মতম অসি ফাওবদা জর্মন লানমী ৪,৫০০ ফাখী।

শোক ১৯৪৪ গী জুন ১৪ দা ভূমধ্যসাগরগী এলাইড সেনাপতি মকোক ৱিলসন্দা, আলেকজেণ্ডরবু মহাক্কী লান্মী অমসুং অতৈ ২ নচিংবা হন্দোকহল্লগা খা থংবা ফ্রান্সতা লান্দানবা অতোপ্পা আর্মি অমা মেজর জেনেরেল আলেকজেণ্ডর লেটচকী মখাদা শেমগৎনবা—আমেরিকাগী ৭শুবা আর্মী হায়রমই। খা থংবা ফ্রান্সতা লান্দানবগী দমক অগে অমসুং কাভালাইর অনিগী মরক্তা লৈবা লমশিংদা খোংদাবা তারমই। ৱিলসনগী মখুৎতা লৈবা ৭শুবা আর্মি অসি ডিবিজন তরানা শাবনি। থবক অসি চৎথনবগীদমক্তা মঙোন্দা প্লেন ৫,০০০ পিরমই; অমসুং জহাজ ২,১১০ দরকার ওইরমই। মসিগা মায়োক্নরিবা জর্মন লান্মীনা ডিবিজন ১০ নি। খা থংবা ফ্রান্সতা জর্মনশিংনা আগষ্টকী তারিখ ৭তা নোংচুপ্লোমদা থৌজিল্লকই তৌইগুম্বসুং আমেরিকাগী ৭শুবা কোরনা মাইথিবা পিখী। সেপ্তেম্বর তারিখ ১ দা জেনেরেল মোন্টগোমেরীনা মহাক্কী মখাদা লৈবা কংফাল লান্মীশিং অদু আইজন হোৱরদা শিন্নখী অমসুং বৃটিশ অদুগা কনৈদিয়ন আর্মিশিংগী কমাণ্ড লৌখী। এলাইড শক্তিশিংনা সেপ্তেম্বর ৩ ফাওবদা অৱাংদা ব্রুসেলস অমসুং এন্টৱার্প লৌখী।

আমেরিকাগী ৭শুবা আর্মীনা শোক ১৯৪৪, আগষ্ট ১৫গী নোংয়াই মতুং পুংখাই অমা তাবা মতমদা লান চংই। লাম্মীশিং অদু নোংয়াই মতুং পুং ২ মি: ১৫ দা প্লেন্দগী খোংদাই। নোংঙাল্লগা অয়ুক পুং ৭ মি: ১০ তাবদা প্লেন্দগী অমসুং জহাজদগী বোমবার্দ তৌখি। অয়ুক পুং ৮ দা জহাজদগী লাম্মী কুমখি। তারিখ ২৮ দা টাউলোন অমসুং মারসেইলস এলাইডনা লৌখি। সেপ্টেম্বরগী তারিখ ২০ ফাওবগী মনুংদা এলাইডকী লাম্মী ৪০০ ৬১৪; গাড়ী ৬৫ ৪৮০ অমসুং মাল টোন ৩৬০,১৭৩ ফ্রান্সতা য়ৌখী। মতম অসি ফাওবদা জর্মন লাম্মী অশিবা অশোকপা অমসুং ফারকপা নশি ৪০০০,০০০ নি; টেঙ্ক ১৩০০, গাড়ী ২০,০০০, তোপ ২০০০, প্লেন ৩৫৪৫ মাংখী। হৌজিক শোক ১৯৪৪ অসিদা জর্মনীগী মখুৎতগী ফ্রান্স লৌরে।

### রুসতগী জর্মনশিংবু তানখোরকপা

রুসতা হৌজিক জর্মন লাম্মী ডিবিজন ২০০ লৈ: ঙম্মমক্রা লাম্মী লাখ ১৫ রোম্মি। জর্মন লাম্মীশিং অসিগা লাম্বা তৌগদৌরিবা রুসকী লাম্মীনা য়ামদ্রবদা ডিবিজন ৩০০ নি পুন্না লম্মী লাখ ৪৫ রোমনি। শোক ১৯৪৪ গী জন ১০ দা জেনেরেল গোরোবোবনা কারেলীদা লান্দাই অমসুং তারিখ ২০ দা ভিবোরগ লৌই। অসুম তৌনা জুলাইগী তারিখ ৯ ফাওবগী মনুংদা গ্রসামোগীলেব, বোরিসোব, মিন্সক অমসুং পোলোটস্কীনশিংবা লৌখি। থা আসগী নয়াই চল্লকপদা জর্মন লাম্মীশিং অসি প্রুসিয়াগী নোংপোক থংবা ঙমখৈদা লৈখি। বাল্টিক সমুদ্রোমদনা রুসনা জুলাই ২১ দা ওসট্রোব লৌখি অমসুং জুলাই লোইবা ফাওবদা ডবিনস্ক, বেজেক্রে, নার্ভা, শাবলী, সান, দোলিনা, বায়ালিষ্টোক, দেবলীন, ওটক লৌখী। অসুম তকশিল্লকনা আগষ্ট ৩১ দা রুমানিয়াগী কোন্নুং বুকারেষ্ট লৌখি অমসুং সেপ্টেম্বর ফাওবগী মনুংদা লোমজা অমসুং প্রাগা ফাওবা য়ৌখী অদুগা বুলগেরিয়াগী সোফিয়া কোন্নুং লৌখী। আগষ্ট ২৬ তা বুলগেরিয়া লান য়াওবা তোবখী। মরম অদুনা জর্মনশিংনা গ্রীসতগী

চৎথোকপা হোৎনরনই। হৌজিক রুসনা রুমানিয়া অমসুং বুলগেরিয়া লৌরবনিনা মথংদা হঙ্গেরী অমসুং আষ্ট্রিয়ারোমদা তমশিনবা তারক্লে।

হৌজিক ডন্যুবলোমদা চথরকপা অসি মার্সেল মালিনোস্কীগী লানমীগা জর্মনশিংগী লানমী ডিবিজন ৩ দগী ৫ ফাওবগা কন্না শোক্লখি। মার্সেল মালিনোবস্কীগী লানমী অসি অনিশুবা য়ুক্রেন গ্রুপ হায়না খংনৈ অমসুং ডন্যুব তুরেনগী য়োৎকী থোং (Iron gate) ময়া ময়াদা মাইল ৪০০ হেন্না শাংনা লেংতুনা লৈখী। সেপ্তেম্বর ১০দা আলবা জুলিয়া রুসকী লানমীশিংনা লৌখী। তারিক ২১ ফাওবগী মনুংদা রুসনা দেবা, তামেশবর অমসুং অরাদ লৌশিন্দুনা হঙ্গেরীগী ওমথৈদগী মাইল খবদমক লাপ্লখী।

বুলগেরিয়াগী মতাংদদি নুমিৎ ৩ নিগী মনুংদা মীশি মীনা য়াওদনা অতুম লোইশিন্নতুনা হৌজিক রুসকী লান্মী য়ুগোস্লোবিয়া তমশিল্লক্লে। সেপ্তেম্বর থাগী মনুংদা 'য়োৎকী থোং' গী মথা ক্লাদোবো হায়না কৌবা মফম অতুদা ডন্যুব তুরেন লাস্তোকখী। ওক্টোবর থাগী মনুংদা নেগোটিন লৌবে অমসুং মার্সেল টিটোগী কাংবুগা শন্নখী। থা অসিগী তারিখ ১৯ ফাওবগী মনুংদা বেলগ্রেড কোনুং লৌতুনা মফম অতুগী জর্মনশিংবু তান্থোকখী।

রুসকী লান্মী কাংবু অমনা ওক্টোবর ৫ দা হঙ্গেরীগী ওমথৈ লানশিনখী। তারিখ ১১ দা টিসজা তুরেন ৰাংমা লানশিল্লমই অমসুং ক্লুজ লৌখী। মতম অসিদা জেনেরেল পেট্রোবকী মরিশুবা য়ুক্রেন গ্রুপনা গোলিসিয়া লাইন ( Galician front ) লোমদা তকশিল্লকপদগী জর্মন লান্মীশিং অসি হঙ্গেরীগী কোনুং বুডাপেষ্ট-রোমদা মপৈ ২ হন্দোক্লমই। মফম অসি য়ৌবকপদা রুসকী লাণ্মী-শিংগী থোংচৎ অতু য়াংবা হন্থরকখি। মফম অসিৰাইদদি খুৎশু-খুৎলাই মতিক চানা পাইরবা জর্মন লান্মা ডিবিজন কয়া কয়া রুসকী আর্মি-শিংবু শিংনরক্লে। জর্মনশিংগী মযুম কন্নবগী অনৌবা থবক চাওনা মাংদা চোংথোরক্লে। অতুবু জেনেরেল পেট্রোবনা খরা ২ তকশিল্লতুনা

তারিখ ২৮ দদি বুডাপেষ্ট য়োবদা খুদোং য়ায়া চারবা অচৌবা রেল জংসন কোপ লৌখী। অস্তুম তৌনা শোক ১৯৪৪ গী ওক্টোবর থাগী মন্নুংদা গ্রীসতগী জর্মনশিং চৎখি।

অমরোমদনা মেলীনোবস্কীনা নবেম্বর ১ দা নাগী কোরোস লৌখী। ডিসেম্বর ৩ ফাওবগী মন্নুংদা নোংপোক থংবা স্লোভেকিয়াগী জর্মন ময়াম পৈতুনা লৈরম্বা কোসিস লৌখী। হৌজিক শোক্লরক্লিবা লানফমশিং অসি টিসজা অমস্তুং ডন্যুব তুরেন অনিগী মরক্তা লৈবা জর্মন লাম্মীশিংবু তাস্থোক্লবা লাক্লবনি।

অরাংলোমদা রুসনা বালটিক সাগরগী লান অসি সেপ্তেম্বর থাগী মন্নুংদা হৌখী। থা অসিগী তারিখ ১৫ দা লেনিনগ্রেড গ্রুপ লাম্মীশিংনা ইষ্টোনিয়াদা লান্দাই। ওক্টোবরগী তারিখ ৫ ফাওবগী মন্নুংদা মুহু, দাগো অমস্তুং ওইসেলনচিংবা লৌশিনখি। অদুগা থরা অমনা অস্তুম তকশিনখিতুনা রিগা য়োগদবা মাইল ১৫ দা ডাইখী। জর্মন লানমীশিং অসি লাটরিয়াদগী লিথুৱানিয়াদা কন্না পৈশিনবা লাক্লরমই। রুসকী জেনেরেল বাগ্রামিয়ান্নস্তু ওক্টোবর তারিখ ৩ দগী ১০ ফাওবদা পুথুৱানিয়াগী বালটিক সাগর মপানগী লম পলংগা য়োনা থৌজিনখী অদুগা মহাক্কী লানমী কাংলুপ অমনা নোংপোক প্রুসিয়াগী ডমথৈদা লৈবা টিলসিড য়োগদবা মাইল ২০ দা ডাইখি। হায়রিবা নতম অসিদাইমক্তদা চেরনিয়াখোবস্কীগী লাম্মীনা নাইনেম তুরেন মপান্দা লৈবা জরবুং লৌখী। মফম অসি টিলসিটকী নোংপোক্তনি। অস্তুম তকশিল্লকপনা ওক্টোবর ১৩ দা বালটিক সমুদ্র মপান্দা লৈবা রিগা সহর লৌখী।

হৌজিক জর্মন জেনেরেল স্কুর্নর রুসকী লাম্মীনা থৎতুনা থমখ্রে। লানফম অসি শোক্লরকপদা মহাক্কী ডিবিজন ৩০ রোম লৈরমই। থরনা বালটিক সমুদ্র লান্দুনা নাম্থোকখী থরনা কংফানগী লম্বেলদগী নোংপোক প্রুসিয়াদা হাইজিনখী। ওক্টোবর ফাওবগী মন্নুংদা রুসনা জর্মনীগী ডমথৈ লানশিনখী।

## জর্মনীগী নোংচুপতা শোকনবা লান

নোংচুপকী লান্দা এলাইড শক্তিশিংনা ফ্রান্স লৌখিবগী মরমদা ঐখোইনা থেংনখ্রে। শোক ১৯৪৪ গী ময়াইরানি ; ৭শুবা অমসুং ১৫শুবা জর্মন আর্মীশিং অহু সেইন তুরেন তম্না হন্দোকপা হৌখী। হৌজিক জেনেরেল আইজন হোররনা জর্মনশিংবু রাইন তুরেনলোমদা তকশিনবা হোৎনরী। বেলজিয়মদা জর্মনশিংনা য়াবমখৈ য়েক্কববু লাম্বা তৌননবা হোৎনরমই। আলবার্ট খোংগী মরিন্দা এণ্টরার-পতগীনা মাষ্ট্রিটচ ফাওবগী লম অসিদা জর্মনশিংনা য়েরুবগা কন্না লাম্বা তৌরমহ। মতম অসিদা নোংচুপ থংবা হোলেণ্ডদা জর্মন লান্মী লাখ ৩ দগীনা ৪ ফাওবা লৈরমই।

হৌজিক জর্মনশিংবু বেলজিয়ম অমসুং হোলেণ্ডদগী তকথোক্ক-বগীদমক এলাইডকী শিজন্নগদৌরিবা লান্মীদি—১বা বৃটিশকী থক্তা লূনবা ডিবিজন ( Ist British air borne Division ) ; আমে-রিকাগীসু অসিগুম্বা ডিবিজন অনি অমসুং পোলাশংগী পেরাচুট বৃগেড অমা। লানফম অসিগী কমাণ্ডনা জেনেরেল ব্রাউনিংদা শিন্নখি। শোক ১৯৪৪ গী সেপ্টেম্বর ১৭ তা হোলেণ্ডদা এলাইডকী লানমী থাদবা হৌখী। ১০১শুবা এয়রবোর্ন ডিবিজন এইধোবেন অমসুং গ্রেবকী লমদা তকশিনখী ; ৮২শুবা ডিবিজন্না গ্রেব লৌখী অমসুং নিজমেজনগী লম তকথোকখী ; অতোপ্পা ডিবিজন অমনা অরনহেমগী নোংচুপতা খোংদাখী। তারিখ ২০ ফাওবগী মনুংদা গ্রেব থোং অমসুং নিজমেজন থোং লৌখী। লানফম অসিদা এলাইডগী অশিবা, অশোকপা অমসুং মাংখিবা মী ৭০০০ শুই তৌইগুম্বসুং জর্মনশিংবু নিংথিনা তকথোকপা ঙমখিদে। মসি অরনহেমগী লানফম হায়না থংনৈ।

অমরোমদনা আমেরিকাগী লান্মীশিংনা অসুম তকশিনখিহনা সেপ্টেম্বর ১২ দা ট্রায়র অমসুং আচেনগী লমদা জর্মনীগী ঙমখৈ লানশিনখী ; অমসুং এলাইড লান্মীশিংনা ওক্টোবর ২০ ফাওবগী মনুংদা জর্মনীগী সহর আচেন লৌশিনখী। এলাইডী মথুংতা

তাখিবা জম ন সহরশিংগী মনুংদা মসিনা অহানবনি। নবেম্বর থাগী মনুংদা বেলজিয়মগী পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাওবা ৩ শুবা হিথাংফম এণ্টরাপ তা এলাইড লাম্মীশিংনা খোংদাখী। ডিসেম্বর ৩ ফাওবগী মনুংদা বোয়র তুবেন ফাওবা তকশিনখী।

অমরোমদা ৬ শুবা আর্মী গ্রুপনা নবেম্বর ২২ দা বেলফোর্ট লৌখী। ডিসেম্বর ১৫ ফাওবগী মনুংদা বিসেনবর্গদগী কয়া লাপ-লকত্রে। তৌইগুম্বস্তুং খংহৌদনা ডিসেম্বর ১৬ তা জর্মনশিংনা আর্ডেনিজদা কন্না লান্দাবকপনা এলাই শক্তিনা হেঞ্জিনবা ঙমখিদে। লানফম অসি শোক ১৯৪৫ গী জান্নুবারী ৩১ ফাওবা শোক্লে।

## ১৯ শুবা পন্দূপ

# বোংলী খুন্দা অরোইবা খোংফম

শোক ১৯৪৪ গী মে থাগী মনুং ফাওবদি মনিপুর অসি নিংতম্বগী লাম্মীশিংনা কোইশিনখিবগী মরমদা ঐখোয়না থেংনখ্রে। মনিপুর পার্টি অসি বোংলী খুন্দা লৈবগী মরমদসু মমাংদা থেংনখ্রে। মথা-রোমদা জেনেরেল ৱিংগেটকী ৭৭শুবা ভারতকী খোংমী বৃগেডনা (77th Indian Infantry Brigade) না হান্নবা শোক ১৯৪৩ গী ফেব্রুৱারী থাদা বর্মাগী নিংথি অমসুং ইরাবতি লাম্থোক্লগা কাঠাদা মিচিনাগী রেল লম্বী অদু মফম কয়ামুক্তা ককথৎখি। মহাক্কী লান-মীগী চান-থক্লবা পুম্বা প্লেনদগী থাদখি। শোক ১৯৪৪, জানুৱারীগী তারিখ ১১ দা ১৫শুবা ইণ্ডিয়ান কোরনা বর্মা লানশিন্দুনা মাউংদাউ লৌখী। কোর অসি লেফটেনেণ্ট জেনেরেল কৃষ্টিসন্না কমাণ্ড তৌবনি।

বৃটিশনা জাপানগী লম্বী অয়াম্বা বোম থাদতুনা মালনচিংবা হোনবদা য়াম্না অপনবা পিবমই। অৱাংলোমদা মাইল ৫০০ রোম চৎখৎলগা জেনেবেল ষ্টিলৱেলগী চাইনিজ-আমেরিকান আর্মি অদু হুকাউং তম্পাক্তা কুমথরকই—মফম অসি নিংথি তুরেন মকরোমদনি। মহাক্না মখাবোমদা অসুম তকশিল্লকই। চিনাগী লাম্মীশিংনা নোং-পোক্লোমদগী সালরিন তুরেন লান্তোবক্তুনা মে ১৭ তা মিচিনা প্লেন তাফম ফাওবা চংশিনখি। কাঠাগী লমদা ৩শুবা ইণ্ডিয়ন ডিবিজননা জাপানগী মকুওইবা লম মরী খুদোং থিহল্লমই— (১) মিচিনা অমসুং মাণ্ডলেগী রেল লম্বী। (২) নিংথি তুরেন খোংবান্দা লৈবা হোমালিন্দগী ইন্দাও ফাওবগী লম্বী। (৩) অৱাংগী সানষ্টেটশিং ফাওতুনা চৎলগা ভামো য়ৌবা লম্বী (৪) ইরাবতিদগী ভামো য়ৌবা ঈশিং লম্বী।

অসুম তৌনা জাপানগী মরুওইবা সপ্লাই লাইনশিং অসিদা খুদোংথিবা থোকহল্লকপতুদা মনিপুরদা লৈরিবা লানমীশিং অসি চান-থক্লবা পুমৱাৎ ৱাৎলক্লবগুম্বনি। মসিনা তাকপদি চীংগী প্রজানা

কদাই ফাওবা মতেং পিখিবগে হায়বা তাকপনি। বর্মাদা ফিবম ফংলক্কবনে, অমনা লম্বী থিংখিদুনা রাসন মতিক চাদবনে পুম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা মাংদা চংশিনবা য়ারকত্রে ;—নিংহন্নবা তারক্লে। নিংতম্বগী লাম্মীশিং অসিনা মনিপুরগী চীং অকোইবদগী য়েংথরকপদা ওন্থোক্লা থমোই চাক্লমগনি। চংলক্তা উকুগী তন চা অমসুং উনাদা হিপতুনা লেল্লবা মহারানা প্রতাপনা চীংদগী মহাক্কী চিটোর উবদা মখাচিক্কুনা মমিৎতা মপি শিন্থবগুম শহিদশিং অসিনা নাপীশিংনা অফং অফংবা চাদুনা লৈপাক-থক্তা, উখোং-রাখোংদা হিপতুনা মরৈবাক কন্নবা ওম্বমখৈ য়েক্লবগা লান্বা তৌরম্লগা হন্দোকতবা য়াদ্রবদা, কনানা মখোন থোক্লা কপ্লমগনি, কনানা থমোইদা কপ্লম-গনি। অদুবু অহনবদি লৈতে। কেপটেন নগাও শাননা শ্রীগুন সিংহদা হায়খী—"নখোয়না হৌজিক বর্মাদা হন্দোক্কুনা লান খাংবা তারে অদুগা অমুক চহি ১/২ লৈরগা লান কাবা তারে মরমাদ প্রসান্ত মহাসাগরদা আমেরিকানা জাপানগী কোন্নুং খরা নকশিনখ্রে। অদুনা ঐখোইগী জাপান কোন্নুংবু অহানবদা কনখিবা তাই ; কোন্না অমুক ভারত্তা লান চংগনি।"

শ্রীগুন সিংহনা হায়খী—আমেরিকানা জাপানগী কোন্নুং নকশিল্ল-কপা অসিদা জাপানশিংনা ওাকপা ওমদবা অসিনদি মতা চারবদি জাপানগী কোন্নুংদুম লৌখিবা য়াই। মতুদা নগাউ শাননা হায়খি —"জাপান ঐখোইগী নহারোলশিংনা মতম পুম্নমক্তা, পাখং থুদিং-মক্লা অমসুং লৈশাবী থুদিংমক্লা, নুপীনি নুপানি হায়বগী থোইনা খেৎনদনা নেভী অমসুং পাইলোট ওইবা য়াম্না পামই, মখোই তরা লৈরিবা মখৈ ; হায়বদি জাপানগী মী ১০ লৈরিবা মখৈ য়েক্লবনা কোন্নুং লৌবা মতিক নত্তে, মদু নংনা লোইনা খংলিবা অদুনি য়েক্লবগী প্রিন্স আফ ৱালস হায়বা সিফাই লাখ য়াওবা বৃটিশকী জহাজ অদু সিঙ্গাপুর থুংদ্রিডৈদা মী অমগা বোম অমগা অমসুং এরোপ্লেন অমতগনা লোইশিনখিবা অদুনা মখোইগী মী লাখ অমগা

ঐখোইগী অংগা শোক্লবা য়াবা লৌশিং লৈ। অতুগীদমক নংনা চিংনরুম্নু, ঐখোইগী কোন্নুং অসি লৌগে হায়রবদি ঐখোয় জাপান অসি লোইনা হাণ্ডোকপা ঙম্লবতদা ওইগদবনি, অতু নত্রিবা মখৈ ওইখোক্তবা রানি। অতুনা ঐখোয়না হৌজিক লান হন্দোক্লবদি অহানবদা হাংগুম্না আপর বর্মাগী কেন্দাট অমসুং মোলাইকতা খাংগনি, মতুদা তান চাদ্রগা মনেরাদা খাংগনি; মতুদগী তান-চাদ্রগা ইরাবতি রাংমদা মাগুলেনচিংবদা খাংগনি; মসিদগী থোইনা হোঞ্জল্লকলোই। মসিগী লান অসিদি থোইনা লুবা নত্তে; মাইকৈ অসোমদা থোমজিনগদবা খুৎলাই, মী অমসুং রাসননচিংবা লানগী শিজিন্নগদবা পোৎ পুম্নমক প্রসান্ত মহাসাগররোমদা শিজিন্নগনি।"

ময়াম অসিনা বোংলী খুন্দা লৈরিবৈদা বোংলী নিংথৌনা য়ান্না যজনা মংেং পিতুনা রাসনগীদমক রারবা চানিঙাই লৈত্রবা ময়ামগীদমক ঙম্বমখৈ রাৎতনবা হোৎনরমই। মমৈদা মী অমমমদা চরা অমগীদমক জাপানগী চাকথোংকোন হাঙ্গো মখুম অমতা চাগদবান হায়তুনা লাম্মীশিং অসি চাবা রাৎপদগী অনাবা মখল মখা পকখী। আই. এন. এ, ময়াম অসিগী চানিংঙাই সপ্লাই রাৎলবদা শ্রীগুন সিংহ অমসুং বোংলী নিংথৌ সেময়িলগা তান্নতুনা চীংশাংগী খুল খুদংদগী চেং নত্রগা ফৌ পুহল্লকতুনা লানমীশিং পিজৈ। য়েক্লবগী লমদা লৈবা খুলশিংদসু ভি, ফোর্স থাতুনা ফৌ নত্রগা চেং থিলহলকই। কনাগুম্বা খুলনা ফৌ ওইনা থিলকলবদি মতু বোংলী নিংথৌগী সুম্বল অচৌবা মখুন ৩ হুৎপা অতুদা মী ২ ফৌসুলক্লতুনা মী ৬ না অমুকতদা সুই। ভি, ফোর্সশিং অমসুং খুলগী নুপী, নুপা, অঙাং খাক্তনা আই, এন, এ, শিংগী চাবা রাৎতনবা হোৎনৈ। বোংলীদা লৈরীবৈদা চুংখুহেমনা ভি, ফোর্সকী মকোক ওই। পলেট মটে, দেম খুকম, থোংঙম, সোলিম, মখোই অসিনা এসিসটেন্ট ওইতুনা ভি, ফোর্স থারগা টেলিফোন ওয়ার ককথৎপা, বোমগী লাং থাকপা অমসুং

মাইন ফুমত্তুনা য়েক্লবগী গাড়ী কয়া মাংহনবগী থবক তৌখী। মমৈদা বোংলীদগী হন্দোকপা তারক্লবদা শ্রীগুন সিংগী আফিসনা হান্না হন্দোকখী অমস্যুং কৈফমলোমদা চংখি। মতম অতুদা আই, এন, এ, অমস্যুং জাপানশিংদি লৈহৌরি। মতুংদা অমূক লান কাবক্লবগীদমক মনিপুর পার্টিগী ভি, ফোর্স অমস্যুং অতৈ থরা বর্মাদা পুননবা থৌবাং তৌরমই। অতৈনা চীংয়া-তময়া অকোইবদা অত্তুম লৈজহৌবা তারমই।

মনিপুব পার্টিগী লুচিংবা শ্রীগুন সিংহগী কাংবুনা য়াঙৌপোক-পীদগী মংশাবোমদা হন্দোক্লমই, লম্বীশিং অত্তু কবি কবিগুম্বা মফমদা ঈশিংনা নিংদোন থুম্বা যাওরমই, ফি লোইনা চোৎলমই মংশাগী মৈতৈ খুন যৌববদা খুনগী যুমশি অত্তু অয়াম্বনা মৈ চাক-খিবমই। মফম পুম্বদা মেচিগন্না কাপ্লম্বগী খুদম ঙাক্তা উবমই। মৈ হৌগৎতুনা অচোৎপা ফি-বোলশিং অত্তু ফোদোক্লগা অহিং অত্তু লেনখী। নোংঙাল্লগা খুনগী মৈতৈ খবনা কুলি ওইবতুনা নাবক্তা চৎলগা তুম্ম তান্না পার্টি অসিগী পোৎ প্যাববমহ।

তুম্ম যৌববদা চান থক্লবগীদমক যাম্না বাবমই। কনা কনাগুম্বা আই, এন, এ, অমস্যুং জাপান সিকাইশিংনা চানিংঙাই ফংদ্রবদা নাপী মবক্তা হৈদোক্লম্বা চাক অপুম্বা খুজেক্লা চোকতুনা খুল্লগা নাপীনচিংবা মন্থোক্তুনা ঈশিংদা হন্না হঃ। চাম্লগা চাতুনা লেনবা যাওই। অশোনবা অনাবা কযানা মচি ২ খুদংদা পুল্লপ পুল্লপা চৎপা ঙমদতুনা তুতুনা তাতুনা লৈহৌই। বাসন থবা মবাং কাইনা পুজবকপা কাংবুনা মখোইগী মনাক্তা চেং মুত ১/১ মম থম্বীবমই। অমনা অমগী মতেং পিনবা ঙমদ্রে। লান্না মমৈ ওইশিল্লকপনা হিংনবা হোৎনবদা অশোনবা কাংবুবু হুজেক্লুনা চেনখ্রে। লম্বীদা অশিবা কযানা পৎতুনা পুমতুনা লৈহৌই।

অস্তুক ব্রানা হন্দোকপদা যেক্লবগী প্লেননা অহিং মুংথিল নাইদনা পাইতুনা বোম থাদবমই, মেচিনগন কাপশিল্লমই। অযুক্কী পুং ৬/৭

ফাওবা অতুগা মুমিদাংৱাই মুমিং চীংয়া থাংবদগী সন্ধ্যা য়াচংবা অসি নত্তবা মতম পুম্নমক্তা মখোইগা য়েরুবগী প্লেনগা পুংৱাই অমা কান্নদনা উন্নদনতা লৈ। শ্রীগুন সিংহগা লোয়ননা শ্রীথোংঙম, শ্রীপলেট, শ্রীয়াংখুলুন, শ্রীঅমু সিংহ, জাপানগী আফিসাব খরা অমসুং সিফাই খরা তুমুদগী চেট্টাং ( Chittang ) লম্বীদা চৎলমই। খরনা মখা লম্বী কেন্দাট, মোলাইক তাবা লম্বী চৎলমই। মখোইনা তুমু য়োবা মতমদা ভুমুগী জঙ্গলগী উ-ৱা অয়াম্বা মশা তেকই অমসুং জখম লৈরমই। অশিবশিংনা লম্বীদা তা-তাদুনা লৈরমই। অশিবা মশাশিংদা হন মমৈ পানবশিংনা মপৈ ২ অশিবা হকচাংদা নোমদুনা কোইচং চৎলমই। চৎলিবা মী খুদিংমক মতম কয়া, মিনিট কয়া অমসুং পুং কয়া হিংখিগদগে খল্লমই।

তুমু অমসুং চেট্টাংগী মবক্তা তুরেন অনি লাল্লী; অহানবগী অদুদি য়োৎলী তিংলমদুনা মদু পাইদুনা য়াম্না ৱানা লাল্লী—মথংগী তুরেন অদুদি চীংলক্তা লৈবা, যাম্না য়াংনা চেনবা, লোক্তগী নোংগী ঈশিংনা পুলপ ২ মপৈ ওইনা ওন্থরকপগুমই। খেৱা অদু লান্নবা যোৎলী অমা তিংলমই, হি অদু মী মঙাদগী হেন্না লানবা য়াদে। লান্থোক লানশিন তৌনবা মীদি তুরেন ৱাংমা কাগুপতা লেপদুনা ঙাইবমই। খেৱা অদুদা থুংল থুংলবা পার্টি খুদিংমক মদুদা রিপোর্ট হেক হেক পিবমই; মাগী ২ পালী থোকপগী মতুং ইন্না লাল্লমই। অনাবনি নত্রগা অচৌবনি হায়দুনা হান্না লানবা য়ারমদে।

পার্টি অমগী পালি লাকপদা লালহৌদ্রবদি ইকোন কোনবদা লানবা তারমই। অসুম মহৈ ২ ঙানদুনা লৈবনা মনিপুর পার্টি অসিগী কাংবুদি মুমিদাংৱাইরম পুং ৪/৫ তাবদগী লেপ্লদুনা তুরেন মপান্দা ঈনাং ঈশিং য়াওবা লৈখোম খুকউ য়োৈবদা, ঈথক্কী ঈশিংনা অমুক ২ থুমগৎলকপদা ঈশিং অমসুং লৈখোম্না খুকউ মথক থুম্লমই; ঙাইহাক্তং ৱারে হায়দুনা অকংবদা কাবা য়ারমদে; মিনিট অমতং ফমদুনা

লৈফম লৈরমদে ; মশা মশাগী চান-থক্লবা পোৎ ফিরোন মশা মশাদা য়াওবনই। শ্রীগুন সিংহদি মশাগী ফিরোন, চান-থক্লবা পাত্র পুম্নমক য়াওবা নম্বো পোবমই ; মখুং নামনা বালটি য়াল্লনই ; মনুংদা পাত্র কয়াম্ব য়াওরমই ; মখুৎ অনিনা শিলোন শিনাজন পাইরম্মী। অস্নম ভাইবকপনা নোংডাল্লনদাই য়ৌব্রক্লে। মতম অসিদা শ্রীগুন সিংহ অমসুং অতৈ ২ উইস্তুনা-চিংবনা তুগে তৌবমই ; অদুবু খুনউ ফাওবা লৈখোমদা ঝুমজিন্দুনা লৈবনা তুবাঙমলমদে ; তুমিৎ কাংনা মরোন অমা চিক্লনই। নোং ভানগদৌবে।

ব্রাংমা লানবা মতমদদি সোমগী কাংবুনা হিরান ৫ রক চিংদুনা অমবোমগী কাংবুবু লান্থোকপনি অদুগা লন্থোক্লগা অমুক হিরান মডারক চিংলমই। মনিপুব পার্টিগী লান্থোক লানশিন লোইবদুনা মখোই চংগা হৌবে। মাইল মথাইমুক চৎলগা নোং পুংভাল ভাল্লদুনা চাক ঈ শং থোকনবা মহৈ ২ হোৎনবে। চাক লোইবমদাই মতমদা মৈখু উখিবদগী য়েক্লবগী প্লেননা মেচিনগন কাপথবমই। মহৈ মহৈ চেন্নৈ।

এরোপ্লেন হনগ্রগা থুনা যাংনা চাদুনা অমুক চৎপা হৌই ; প্লেন অমুক পাইবক্লুনা মখোইগী নথক য়ৌবকপদা মতমদা অমুক হেক চেন্নৈ ; হনগ্রগা পুনশিন্দুনা অমুক চংমিন্নৈ। অশোংবা মপাদা প্লেন পংনা থেংনদে, অকোকপা মপা য়ৌবকপা হেক ২ থেংনৈ। অস্নম লাকপনা লম্বীনা কোনা হেক থেকচিনখিবা অদুগা ময়াম অসিনা নোংপোক ওন্দুনা চীং লম্বীদা কারিভৈদা ইকোক কোকপা মপাদা নোংচুপলোমদগী য়েক্লবগী প্লেন লাকপগী মখোন তারমই। অদুবু চীংথক ওইবনা চেনফম মতা চাখিদে। কনা কনাগুম্বদি অশোংবনি হায়দুনা তিংথং মরক্তা হোচিন্দুনা লোৎনৈ প্লেননা মেচিনগন কন্না কাপ্লমগা হেক হনখিবগা মখোই অমুক পুন-শিন্দুনা চৎখৎলমই

অসুম চৎলকপসিদা চেট্রাং য়ৌবমদাইদা, অযুক্কী চাক চাবা মতমদা, ঈশিং ফংলিঙৈদা হায়দুনা ময়াম অতু চাক প্রেপ ২ থোং-নবমই। লোইংদুনা চাগে তৌবদা মী অশিবগী অপুম্বা মনম্না চাক চখোম অমা যাওবা যোৎশিনবদা ৱানা থোক্লবমই। নমথিববা অশিবশিং অতুসু য়াম্না নৱা ২ লৈবমই। নাতোন মেন্দুনা চখোম ৪৫ দং য়াম্না ৱানা ২ চানবমই। অসুম্না চেট্রাং যৌদুনা জহাজ থাংফমদগী খবা লাপ্পা মফম, বা ঙাক্তা হৌবা লোক্নু, অমদা কেম্প অমা শাদুনা লৈবমই; পার্টিগী মী মফম অতুদা নাবা যাওবক্লে। পার্টি অসিগী ভি যোসশিং যাম্না নানবক্লে। পৈশাসু চৎনদ্রবা মতমনি, মনম ওদুনা অনাবগী চাবা যাবা যেনশানাচ বা ফংনবা হোৎনবদা যাম্না অবাবনি। শ্রীগুন সিংহনা অনাবশি অতু চাক খবা চাবগা চৎপা ঙয়বা হাযদুনা লোক্তগী চেন্থবকপা ঈশিংদগী ঙা মচা ২ যাদুনা অনাবশি অতু পিজবমই। নাদবনা চাক ঙাক্তা চামই। চানা যংদদুনা নুংগাই মথক্তা হৌবা লিন চৈশু খ্রবগা পানা শোযদুনা খানা ঙেদুনা চানৈ।

নোংমদি শ্রীগুন সিংহনা মহাক্কী অমসুং অতৈ অনাবশিংগী বাসন লৌবা খুমদা বাই চৎলমই। মহাক্না চেটাং জহাজ থাংফম যৌবা মতমমক্তদা প্লেন ১ পাইবক্লমই। মহৈ ২ চেন্নবমই; অবোক-পদুদা লোৎফম খংদুনা, মহাক্কী মনাক্তা উপাল অচৌবা অমা নিংথি তুবেন্দা তাবা তুবেন ঙচা অনগী কাচিন্দা হৌবম্নদুগী মখোং তান্না চেনশিন্দুনা লোংথি। প্লেন অদুনা মোচিনগন কাপ-থবম্লগা হনগ্রবা মতমদা মহাক্না থোক্লগে হাযদুনা তৌবা মতমদা লি পাম্বীনা ইকোই কোইনা হৌদুনা উ অদুগী মতোন ফাওবা য়েৎপনা, থোকপা য়াম্না বাবে। থোক্লক্লগা লাকপদা লম্বী মযাদা হৌবা থম্বাল খবা অদু লোইনা ফুরগা মপুন পুনশিল্লগা লাকপদা জাপানশিংনা মতুবু পাম্বী অমমম নিহৌবদগী মনৈদা চানব চাবা

অমখক্তং লেম্লমই। মতম অদুদা আই, এন, এ, অমসুং জাপান-শিংনা য়েনশাং য়াওদনা চানবনি, শ্রীগুন সিংহগী য়েনশাং অথোংবদু উবদা আই, এন, এ, অনাবশিংগী চানবনি হায়দুনা অনাবা অমমমগী চামচ অমমম য়েন্দুনা মখোই খবা ২ দং চামমল্লে।

অদুদগী মখোযনা চেট্রাংদগী পোৎথা ২ নিংথি তুবেন মপান্দা লাকপদা হিনস্থু চৎলি, খোংনস্থ চৎলি। নুমিৎ নিনিগী মনুংদা চাক চবা অমা চাবনা নমই। মখোইনা চেট্রাংদগী কেন্দাট য়ৌবদা নুমিৎ ১০ নি মুক হেল্লা চংই। কেন্দাট য়ৌবদা মৈতৈ খুন অদুগী নুপী অঙাং অমসুং ভি, ফোর্সশিংগী লোৎননবা হায়দুনা লুপা ১০০০ চংনা শ্রীগুন সিংহনা শিন্দুনা কোম অমা তৌই। নোংমা নুমিদাংৱাই প্লেন পাইরক্তুনা বোম কল্লা থাদরমই ; মেচিনগন কযা কাপলমই অমসুং যুম মৈ থাবমই। মতম অদুদা হান্ননা তৌহৌবা কোম অদুদা খুন্দগী নুপী অঙাং পুম্ননক অমসুং ভি, ফোর্সশিংসু লোৎলমই। কোম অদুদগী ফুট ৫০ রোম লাপ্পা বোম অমা তাদুনা লোৎলিবা মীশিংবু য়াম্না নুংশা থিহল্লমই, থোইনা শোকপদি যাও-খিদে। মদুগী থুমণ্ডা কেন্দাটকী অৱা খুল্লক্তা বোম যাম্না তাখি, মী শা শল যাম্না শোকখী ; মীস্থ ৪/৫ শিাখ। কোম মনাক্তা বোম তাদুনা, কোমগী লেবাক্তা লোইননা মীস্থ পুখিদুনা, নিংথি তুবেন্দা থাদাখিদুনা মী ./২স্থ অতুম ংবা যংখিদ্রে ; ভাবত মচা খুল্লক্তা লৈবা অমসুং তুকান্দাব খবস্থ শিখি। লোৎমিন্নবা পলেট কুকীনা শ্রীগুন সিংহদি লাই যাম্না নিংতৌ, অফবতা তৌই অদুনা মহাক্তা লোৎমিন্নবাদ বরিস্থ ফগুবা থোক্লোই হায়খি।

কেন্দাটকী প্রজাশিংনা মযাম অদু লাকপদগী বৃটিশকী স্পাইনা পাও পিখিদুনা বোম থাদববনি হায়বদা, ময়াম অসি মোলাইক সহরগী তুবেন ৱাংমদা লৈবা লাংকাউং হায়বা খুন অদুদা থা অমরোম লৈদুনা, জাপান আফিসার মূচিসান হায়বা অমগা লোইননা মখোইগী ভি ফোর্স ২৫/২৬ বু জাপান লাইরিক তম্বীদুনা লৈরমই।

লাংকাউংগী কেম্প মনাক্তা অচৌবা লম্বী অমা চৎলি। মতম খুদিং-মক্তা, অহিং নুংথিল নাইদনা লান হল্লকপা জাপান অমসুং আই, এন, এ, শিংনা মশিং নাইদনা লম্বী অতুদা নুমিৎ খুদিংগী চৎথি। আই, এন, এ অশোন অনা কয়া য়াওরক্লুনা কেম্প মনাক্তা শিরৈ। চীংনুংদা চাদ-থক্তনা লান শোক্লরগা অমুক অতুদগী হেন্না মওং চাদনা অতুক শাংথ্রবা খুদোং থিরবা লম্বীদা ওম্বমখৈ চৈশু পায়-তুনা কাফৈ ২ লাক্লমলগা, মমৈদা লম্বীদা মাগী হায়বা চৈশুতুদং মনাক্তা লৈতুনা কয়া ২ মচি মচিদা শিখি—ভারতকী নীংতম্বগীদমক্তা অথোইবা সহীদাশং অতু মথৱাই থাখি। চীংনুং-মানুংদা কয়া ২ শিরমগবা। মখোইগী অশিবা মশাশিং অতু শা-উচেক্তা অতুম লোই-শিল্লমলগনি। মফম আসিদা থা অমরোম খরা হেন্না লৈরবা মতুংদা য়েক্লবনা নকশিনলক্লবদা অমুক নিংথি তুরেন মরিন্দা খোংলম্বীদা খরা চৎ, হিনা খরা চৎ লাকপদা তান চারুতুনা অৱাগী নোংদোই কৌবা হিজাওদা ভি, ফোর্স ২৪ ২৫ গা জাপানগী আফিসার ১/২ গা অমসুং শ্রীগুন সিংহগা তোংতুনা মথা পাংনা হোন্থরক্লমই। অসুম অসুম হোন্থরকপদা গজেট খুন য়োবদা নিংথি তুরেনগী কিনরবা ইবেন অতুদা মখোইগী হি অতু লৈতুনা লৈরমই। হিহোনবশিং অতু পাঙ্গল থোক্লমদে। মতম অসিদা অনকপদা প্লেন্দগী মেচিনগন কাপ্পগী মখোন তারমই। ঈশিং ঈরেন ময়াইদা চোংথবসু শিবা যাবনা, তাঞ্জা অসিদা হিহোনবাশংসু চৈহাক হিনুংদা থমতুনা ঈশিংনা পুবা মতুং ইন্না ঈরেন অতু কোইতুনা পুং ১ রোম লৈখি। ঈরৈ অমমম্না ফোরা অমমম হেন্না চাওই; মনুংতুদা মী অমা লেপ্পা য়াগনি। অতুগুম্বা ঈরৈ অতুদা হি মচিন্না শোকলুরবদি হি অতু য়ুংনা চংখিতুনা লৈখা তমগদবনি।

মরম অতুনা হিনুংদা তোংলিবা মী খুদিংমক হিংগনি হায়বা খল্লমদে। অৱাশিং অতুনা হিদা তোংলিবশিংদা, ঈশিংদা তিন শিথবীগনু, মফম অতুগী লাইনা শাওই, মতুগী মফম অতু য়াম্না

লুবনি, অচৌ অচৌবা পাগী উজাম কয়া লাকশিন্দুনা মী যাম্না শিনবা মযমনি হায়বনি। থাবন যাম্না যবা মতম থোকপনা মখোইগী মথক্তা যেন্নবগী প্রেন হেক পাইবক্কদা হায়না যাম্না কিনবমই। মতম অসিদা যেন্নবগী প্রেন্না ঈশংদা মহি উবদা হেক ২ কাপখাইবমই। উচিন-নাচিন্না ঈবেন অতুদগী হি অতু নান্থোবকুনা ময়াম অসি শেঙ্গাও হায়বা খুন অতুদা যৌবে।

শেঙ্গাওদা কবাংগী যাংখুলুন অমস্তুং থোংহোল কৌবা কুকি এচা অনি নাবে। মখোই অনিসি মতম অতুদা পার্টিদা পুন্নমক্তগী অঙাং ওই। মখোংগী এখোংশি অতু পাংথবক্তুনা চৎপা যাবকত্রে। লায়না অসিগী মশিং মৈতৈনা থুমচোইবা কৌই। মসি বর্মাগী যাম্না ফঙবা শিগনবা লাযনানি। ময়াম্না এবোংপেন লাকপদা থবাই হিংনবা চেন্নে, মবান্নীদি চেনবা ঙমদে। মনাংতুনা ময়াম্না মখোই অনিব থাতুনা পুবমই। মতম অসিদা নুংৎপ্যাদগী অনুক্কী চাক ঙন্না ২ চাতুনা খুদোং চাগদবা যেতুনা ননন শিলক্তা লোৎপনা মীপুম খুদিংমক্কী মথে ওইনবমই। বর্মাগী খুনগী মী পুন্নমকস্তু ঙন্না চাক চাবগা নাবক্তা লোৎলমই।

এমৈদা ময়াম অসিগা লোমিন্নবা জাপানগী সাহেব—মিষ্টর মুচিসান নাতুনা শিবে। শ্রীগুন সিংহগা লোয়নবিবা আফিসকী লুপা মযেক বোবা ২০, নোট লুপা বোবা ২, ফিবোন উপু ২ নচিংবা পোংচৈ ময়াম অতু লশেকতুনা চেনবা শাববদা, মহাক্না আফিসকী সাহেবশিংদা পাম মথ ২ পিতুনা মমৈদা জাপান সাহেব অনাবা ওমা লাকখি। মহাক্না শ্রীগুন সিংহদা হবদগী, মিষ্টর মুচিসাননা লাখবগী মবম চাবা চেকশিন্দবদগীনি হায়বা খংতুনা কন্নিগুম্বা অমা চাবা মতমদা শ্রীগুন সিংহদা হ হংতুনা চাই।

---

হৌজিক শেঙ্গাওদগী অমুক চংথবা তারে। হন্দক্কী ময়াম অসি হিনা চৎপা য়ারবোইদৌরে। মতম অসিদা হি ফংদ্রবদি খোংনা চৎপা তাই। য়েরুবনা নোংম নোংমগী নবশিল্লকই; বর্মাগী লানগা মরী লৈনবা মফম ২ অমসুং সহর খুদিংদা নুমিৎ খুদিংগী বোম তাই। শ্রীগুন সিংহনা লুপা ১০০০ পিতুনা হি মচা অমা থিবগা জাপান সাহেব অনাবা অতুগা, মনিপুর পার্টিগী ভি, ফোর্স অনাবা ক্লাক অনিতুগা মনেৱা সহব য়ৌনবা থাদোকখ্রে। মনিপুর পার্টিগী মী ৩/৪ গা জাপান অমগা, আফিসকী পোৎ শংহৌনবা থনমলগা, শ্রীগুন সিংহগা লোয়নতুনা জাপান সিফাই অমগা, অনাবশিং খরগা খোংনা চৎথবা হৌরমই।

নোংমা নিনি লৈবগা শেঙ্গাওদা থনম্বা মনিপুর পার্টিগী ভি, ফোর্সশিংসু থেংনরে। লম্বীদা, জাপান বাসন পিবা গুদাম অমা থেংনরমই। মতম অতু অাহিংদনি। লাক্লিবা ময়াম অতুগী মাংদা জাপান সিফাই অতুনা চৎলমই অমসুং জাপান মরোন হেক ২ ঙাংলমহ। জাপান সন্ত্রি অতুনা লাওতুনা চোংথোরকপদা মাংদা চৎপা অতুনা ঙাংনতুনা ভাব তানবে; নবক্তা লোৎলম্বা জাপান সিফাই-শিংসু থোরকখী। মখোংনা অতুক কন্না সান্ত্রি তৌখিবদি লুংথিন্দা মনিপুর পার্টিগী চৌংমী ভি, ফোর্সশিংস নোংমৈ অমমম পুতুনা লাক-হৌই হায়বা অৱাগী মচিন্দগী তাতুনা বৃটিশকী লাম্মানী হায়না নিংলমই মরম অতুনা মখোইনা য়ান্না চেকশিন্না চাকলমই। অহিং অতুনা মফম অতুদা লেক্লে। শ্রীগুন সিংহদি থোংফম থাকফম অমসুং ঈশিং-নচিংবা খুদোং চাদতুনা নুমিৎ ২/৩ গী মনুংদা চাব অমুকমুক চাই; উহৈ ৱাহৈ চাতুনা অয়াম্বা লেল্লী।

সপ্লাই গুদাম অতুদগী, অয়ুক্তা মানা মানা ঙস্বা লৌনতুনা থোংলগা চানরে অতুগা মফম অতুদগী অয়ুক পুং ৯ লোম তাবা

অতুব্রাইদা অমুক চৎপা হৌই। অমুক চৎলকপনা য়েউ য়ৌগদবা নুমিৎ ৪/৫ নিগী লম্বী ব্রাংলিংৈদা তাউংবেন কৌবা, য়াম্না নিংথিজরবা চীংলক্তা লৈবা তম্প্যাক মচা অমা লৈরমই। মফম অতু য়েংবদা য়াম্না ফজরমই। মতুদা তাবা খুন অতুস্থ অব্রাৎ অপা কয়া লৈরমদে। ময়াম অসি মফম অতুদা নুমিং ২/৩ নি লৈখি। লৈরম্লিবা খুনগী মীশিংনা ময়ামতুবু য়াম্না লুনা তৌরমই। তজি অতুনা ময়ামগী মতেং য়াম্না পাংলমই। মফম অতু ঈশিং ফংবা ব্রাই, তুরেন মচা অমা লৈরমই মতুগী লৈঙোই অতু হোৎতোক্লগা গুহা শেমতুনা ঈশিং ফংনৈ।

মফম অতুগী তজীবু শন গাড়া পৌবাং তৌহন্দুনা অনাবা ভি, কোস´শিংস্থ তোংহনলে; ময়ামগী পোৎ-চৈ লোইনা হাপ্লগা নাদবা অকনবা মখৈনা খোংনা চৎতুনা য়াম্না ব্রানা য়েউ য়ৌরমই। য়েউ সহর অতু মৈনা লোইনা চাকখিরমই, বোম নুমিৎ খুদিংগী তারমই। মফম অতুদা নোংমা লৈবগা অমুক খোংশানবনা নুমিৎ ৪/৫ নি চৎলগা মনেব্রা য়ৌবে। অতুক ফজরম্বা সহর অতু মৈনা লোইনা চাকখিরমই। সহর অতুদা য়ুম ২/৩ খক্তা চাক্লমদে মরমদি য়ুমশিং অতু মঙ্গে উজাও মবক্তা শাবনা প্লেননা হেক উবা মফম থোক্তবতুনা ওইরমগনি। মরক্তা, জাপানগী রাসন গুদাম অমদা লৈরম্বা মীনা তাক্লুনা, নিংথি খোংবান্দা ময়াম থুংফম য়ুমদা অহিং অতু লেল্লী। নোংডাল্লগা হায়রিবা রাসন গুদাম অতুদগী চান-থক্লবা লৌরুতুনা অয়ুক্কী চাবা থকপা লোইরগা মনেব্রাগী মথারোমদা, নিংথি তুরেনগীনা নোচুপ থংবা তোর্ব্বানদা লৈবা শদাউং হায়বা মফম অতুদা মিষ্টর য়ামাদানা হিকারী কিকান আফিস পুতুনা লৈ হায়বা পাও ফং-তুনা, শ্রীগুন সিংহনা হি অমা য়াম্না থুনা থাবিরক্লুনা অনাবশিংবু লৌবিরো হায়না চিঠি থাখি। মতুগা লোইনা লোইননা ময়াম অসি চৎনবা হি থিরমই।

মনেরা সহর অসি অয়ুক মুংথিল মী অমতা লৈখিদ্রে ; অরা-শিংসু এরোপ্লেন কিবদগী লোইনা লরাই থরাই, চীং-মান্দা চেন্ন-খিরমই। মনেরা সহর পিক্কা ফজরবা সহরনি অদুবু মুমিং খুদিংগী বোম তারমই। মতম অদুদা বর্মাগী হি অয়াম্বা তুরেন্দা অমতা লৈরমদে। জাপানশিংনা মথারোমদা থুপ থুপতুনা চৎথ্রগা অমত্তা হোনগৎলক্কে। মরম অদুনা অরাশিংনা মখোইগী অরৈবা হিশিং অদু ঈশিংদা লোৎতুনা থম্নরমই। মুংদাংরাইরমদা সহর অদুগী মী থরা চৎথোক্করকপদা শ্রীগুন সিংহনা হি হুংবদা অরা নিপা অমনা "বুজি ঐগী হি লমা লৈ জাপান্না পুথ্রগনি বিবদগী ঈশিং মন্নুংদা লোৎতুনা থমই, নহাক্তী মনিপুরী ওইবনিনা ঐগী হি অসি লৌবি-রোই নখোইবু সদাউং ফাওবা থিনজগে খোংচৎ অমদা পুপা ৫০০ পিয়ু।" হায়রমই।

হৌজিক হিনা মী ২৪/২৫ দি পুবা তাবনি। অরা হিহোনবা নিপা অদুনা অনিরক থোকসি হায়বদগী. প্লেন থেংনদনবা নোংঙাল্লিন্থে পুং ৩/৪ রোম তাবা মতমদা অনাবা মশা থরা শোনবা মথৈগা শ্রীগুন সিংহগা অহানবা খোংচৎকী ওইনা হি হোম্বরে। লৈহৌবা কাংবুদা, "মথংগী মুমিঙা অমুক হিনা লৌরদুনা লোইনা উম্নগনি চিংনগম্নু," হায়না হায়দুনা রারী ঙাইহাক শারগা, মবুকচেন থৌ-গৎলমই।

লম্বী তংখাই য়োৌরবদা নোংঙাল্লে। পুং ৭ লোম থরা হেনবা মতমদা, সদাউং য়োৌরমদাইদা এরোপ্লেন মখোল তাই। হি অদু অশোংবা ময়া অমদা থৌজিন্দুনা লোৎতুনা লৈখি। প্লেননা হেন্দোকথ্রগা অমুক হোম্বদুনা পুং ৮ তাবা মতমদা সাদাউং থুংলে। অরা হিহোনবা অদুদা মহাক্তী লুপা ৫০০ পিরগা লৈহৌরিবশিং অদু অমুক পুরক্কবা থাখি।

মনিপুর পার্টিগী ভি, ফোর্স শিংনা অমসুং শ্রীগুন সিংহ মখোই ময়ামনা সাদাউং খুনদা চংলকপদা শ্রীগুন সিংহবু উবদা হরাওদুনা

শ্রীয়ামখুলুন কুকি অমসুং শ্রীথোংহোল কুকি অনিনা মমিংতা মপি তানা "তজ্জা ঐখোই সিদা লৈরে, হৌজিক্কী ঐখোই শিররোই" হায়না মখোইনা ফগ্না অরাগী য়ুমথক্কুগী লাওরকই।

আফিসতা চংলবদা মিষ্টর য়ামাদা অমসুং লৈবম্বা জাপানশিং অতুনা লাক্লবা ময়াম অতুবু তবাম ২ তৌরে। মিষ্টর য়ামাদানা শ্রীগুন সিংহনা হি থাররুবা চিঠি থাখিবা অতু নুমিৎ অতুমক্তদা ফংই অমসুং মতুগী হোৎনরিঙেদা ময়াম লাকপনা হাল্লে হায়রমই। মিষ্টর য়ামাদানা মিষ্টর নাগাসিসানগী পাও তাব্রা হংবদা শ্রীগুন সিংহনা মহাক বদোমদা চংখিবগে হায়না হংবদা, মিষ্টর নাগাসিসানদি এন্দো আই, বি, পি, (থাও থোকপা কম্পুনী লৈবা চীং অমা) মাইবৈবোম্দা চংখিবনি মহাক্কী পাও অমতা তাদ্রে হায়বমই। শ্রীগুন সিংহনা 'নী তংখাই অমা লাক্লে তংখাই অমা লৈহৈরী ঙল্লিঙৈদা অয়ুক্কী চাক থোংলুখিগে, রারী কোন্না শাবসি" হায়বম্লগা মহাক্কী চাক থোংনবা হোৎনরৈ।

শ্রীয়ামখুলুন কুকি অমসুং শ্রীথোংহোন কুকি অনাবা অনিতুনা শ্রীগুন সিংহদা মখোইগী অৱাবা মখল ২ তম্লমই। মখোইনা হৌগৎ-তুনা চৎপা ঙমদবদগী তৱাশিংনা মফি-মরোন পোৎ-চৈ লোইনা মুনবিখিবগী বাস্থু তম্লনই। শ্রীগুন সিংহনা মখোইদা হায়রমই— "নখোইগী অনাবা অসি ফগদবদি শনযুং থক্লগা যগদবনি, নখোইগী-দমক্তা ঐনা মমাংঙৈদা শনযুং থিবিবগা নখোইনা লোন্না হেক ২ হৈদোকই; হন্দকমুক্তী ঐনা শনযুং পিবদা খক হৈদোক্কনু" হায়বদা মখোই অনাবা অনিনস্থ হৈদোক্লরোই হায়না য়াখি। ভি, ফোর্স-শিংবু ঈশিং লুমহন্দুনা মোৎনা লৈরম্লবা অনাবা অনিতুবু শ্রীগুন সিংহ মশামক্লা ইকবিবা উবদা—অৱা মুপী মুপা অয়াম্বনা কুমৈ ওইনা য়েংতুনা মখোই মশেন রারী শানরমই—"মনিপুরগী বুজি অসি মপুক কয়া ফগ্রবনো মচা মশুগুম্না মথুৎমক্লা মাগী সিফাই অনাবাসিবু ইরুবিরি, কয়াদা ধর্ম্ম লৈগ্রবনো। মখোইগী মমাল্লবা

চীংমী সিফাইশিংনা তৌগদবরু অচৌবা সাহেব মশামক্না ইরুবিরি। ঐখোইগী অৱা ওইরবদি খরা চাওবগা য়াম্না চাওখোক্নুনা মনাই মশন্দা হৈগা হাগা লাওহুনা লৈগদবনি।" নুমিৎ অদুদা অনাবশিং অদু ফি অশুবা শেংহল্লে।

নোংমা শ্রীগুন সিংহনা মহাক্কীদমক চাননবা বাসন লৌবা চৎপদা অমুক্তা উন্নদ্রিবা জাপান লেফটেনেণ্ট অমনা রাসন ময়াম য়েন্দুনা লৈবমই। মহাক্না অতৈ অতৈদা পিবগুম্না শ্রীগুন সিংহগীশু তৌবদুদা য়ামাদা সাহেবনা উবহুনা খরা শাওরম্না মহাক্কী লেফটেনেণ্ট অদুদা হায়রমই—"আই, এন এ, অমসুং বি. দি. এ অফিসারশিংদা পিবগুম্না নংনা চাং কক্তুনা শ্রীগুন সিংহ সাহেবকী পিগদবা নত্তে, মহাক অসিনা ঐখোই খাইবু চীংদা থাক্লকপনি; মহাক্তি, ডা. শা চাদে; নোংমদা চবা অমতা চাবনি। মহাক লাক্লবদি নখোইনা মাবু রাসন পিগনু, গুদাউন হাংদোক্লগা মহাক্না পাম্বা মখুৎনা হেক ২ লৌহল্লু। ঐখোয়গী থবক পুম্নমক মহাক্না শিল্লকপা নিপানি।" অসি হায়বগা শ্রীগুন সিংহদা ওনশিন্দুনা মহাক্না হায়খি—'গুনসিংহ সাহেব মখোইনা নংবু খংদহুনা তৌবনি ঐনা নংগী বা লোইনা তাক্লবনি, নহাক নয়াং য়াম্না বংলে; নং চবা যাম্না হেল্লমালে, হৌজিক্কী নশা অদু নিংথিনা থাকলো, ননিং তৌনা হেক হেক লো" হায়হুনা শ্রীগুন সিংহনা পাইবা থাওলিকলি অদু মখুৎনা লৌরগা থাও পিক থন্না হৈরমই, অমসুং হায়বমই—"মসিদা ঘী য়াওদ্রে, নংনা লনাই ওইনা অৱাশিংদগী থিদুনা ঘী, শঙ্গোম লৈদুনা চাও; শেন-থুম দরকার ওইবা ঐডোন্দা হায়বিযু।" মতুংদা উন্নদ্রিবা আফিসারশিংনশু শ্রীগুন সিংহবু লুনা তৌবমই।

মখোই অনি ডাইহাক ৱারী শারগা 'চাক চাথোকউখো কোম্না ৱারী শারসি নহাক নয়া য়াম্না শোন্না উবে, শরু ডাকতা ডাইনা উরে" হায়দুনা মিষ্টর য়ামাদানা শ্রীগুন সিংহগী হকচাং পাই পাইদুনা য়েংলমই।

শ্রীগুন সিংহগী চাক চানবা থৌরাং তৌবদা চুরাচান্দপুরগী চীংমীশিংগী লুচিংবা শ্রীলেতখোথাংনা মতম পুম্নমক্তা ঙম্নমখৈ মতেং পাংলমই। মহাক অাস মৈতৈরোন শেংনা থোকপনা শ্রীগুন সিংহনসু মহাকপু থক খাদোক্লমদে। চাবা থকপা লোইরগা শ্রীগুন সিংহগা মিষ্টর স্নামাদা সানগা মখোই অান অাফিসতা বারী মখল ২ শানরে। চাংদগী বর্মালোমদা কুমথরকপা মনিপুর পার্টিগী মী থরা অহু মমাংদা হায়খিবা মতুংইন্না মতম থবা বর্মাদা লেল্লগা অমুক হন্না লান কারকপগী মঙংদা মোত তান্নহুনা লাকপনি। হৌজিক লাক্লিবা ভি, ফোস'না মখোই অসিনি— (১) চীংগী লুচিংবা লমকাং খুনগী খুলাকপা শ্রীঙোলয়াংতোং কুকি। ২। চংনংপোকপীগী শ্রীথোংঙম কুকি। ৩। ডমপী খুনগী শ্রীলেটখোথাং কুকি। ৪। মালিবুং খুনগী শ্রীপাজাঙম কুকি। ৫। লময়াং খুনগী শ্রীপলেট কুকি। ৬। করবাং খুনগী শ্রীয়ানখুলুন কুকি। ৭। ফোইলেন খুনগী শ্রীহোলকোয়াম কুকি। ৮। খেঙ্গোই খুনগী শ্রীয়ামখুলুন কুকি। ৯। বোংনোই খুনগী শ্রীভুংথম কুকি। ১০। চাংপোল খুনগী শ্রীওখোথাং কুকি। ১১। চাংপোল খুনগী শ্রীপতোং কুকি। ১২। লৈশন খুনগী শ্রীঙুলয়াথাং কুকি। ১৩। উখা খুনগী শ্রীসেমখোহাও কুকি। ১৪। বোংনোই খুনগী শ্রীপাকাং কুকি। ১৫। মোলপিবুং খুনগী শ্রীসেমকোথাং কুকি। ১৬। ক্লাংপোলোন খুনগী শ্রীপাওজাশৈ কুকি। ১৭। তোলবুং খুনগী শ্রীসোলেট কুকি। ১৮। সিহাও খুনগী শ্রীজামখাই কুকি। ১৯। হেময়াং খুনগী শ্রীজামগিন কুকি। ২০। হিংজাং খুনগী শ্রীথোংহোল কুকি। ২১। হেংজাং খুনগী শ্রীথোংহেল কুকি। ২২। ফাইবোই খুনগী শ্রীথোংখোগিন কুকি। ২৩। হোলকোম খুনগী শ্রীভুমতিন কুকি। ২৪। হোলকোম খুনগী শ্রীজাংঙম কুকি। ২৫। মালিবুং খুনগী শ্রীঙুলখোলুন কুকি। ২৬। সাইনোম খুনগী শ্রীথোংস্নাওন কুকি।

মনিপুরদা তারিবা মীওইশিং অসিগী মনুংদা মরৈবাকীদমক্তা

থবাই থাবা দরকার লাকপদা চপ চানা মথোদাং উৎপা ঙম্বদি কুকিশিং অসিস্তু অমনি। মরিংজেন ফবা অমস্তুং নিংতম্বা পাম্বদা মথবাই কৎপা পামুদবা মখোইনি।

ময়ামবু মিনাই ওইহল্লম্বা বৃটিশ কাংবুবু তাম্হোক্লবা লান শোক্ল-রকপদা অতৈনা নিংহন্নথবদা মখোইদদি তশেংনা সন্ত্রীদা সন্ত্রী ওইনা থবাই কৎথোকপদা চিংনদবগী প্রমান করিস্তু রাৎতে। শোক ১৯১৭ কী ডিসেম্বর থাদগীনা চহি অমগা মখাইরোম হেন্না বৃটিশকী সরকারগা মাইয়োক য়াবদা কয়া কয়া মথবাই মাংবদা চিংনখিদ্রবা কুকিশিংনি। মখোইদি মমল য়াম্লবা মণিনি। ঐখোইনা মখোইবু ফংজবদি লাইবক ফবনি। শোক ১৯১৭ তগীনা শোক ১৯১৯ ফাওবগী মনুংদা কুকি-শিংনা নিংতম্লবগীদমক্তা বৃটিশকী লাম্মী ৫০০০—৬০০০ কা অহনবা লৈতনা লাম্বা তৌথিবনি।

অদুবু অরাবদি বৃটিশনা কুকিশিংবু মাং-তাক্লবা অম্সুম সোৎথদুনা লৈনবা শিনলম্বা অদুনা হৌজিক মখোই য়াম্না মওং চাদনা লৈরী। মখোইগী য়ুম্বাল কৈপানগী খুদোং চাদবা, অরাবা ঐহাক ইশামক নিংথিনা খংজে; মসিদা লিদুনা লোইরোই। নিংতম্বগীদমক্তা রাজৎক্লবা কুকিশিংগী অবা-অনা মুম্না য়েংবিবা অসি ঐখোইগী ইথৌনি।

শ্রীগুন সিংহনা মিষ্টর য়ামাদাদা মহাক মতম খরদং মাগুলেদা পোংথাদুনা, হকচাং থাকউখিগে হায়দুনা মনিপুর পার্টিগী মী খরদং বর্মাদা য়াওরকপা অদুগী দায় শিন্ননিংবা উৎতুনা রারী শাখি। মদুদা মিষ্টর য়ামাদাসাননা শ্রীগুন সিংহবু তরানিমুক্তি চোম্বরগা নাগাসিসান হেক থুংবদা মখারোমদা মাগা লোইননা চৎখো হায়-রমই। মহাক্না শ্রীগুন সিংহদা হাইরমই—"মরক অসিদা অনৌবা বি, দি, এ, শিং অসিস্তু ট্রেনিং পিখিগে, নং উদ্রবদি নংগী চাংমী ভি, ফোর্স শিংস্তু মপুক ইরাং লাংলগনি অমস্তুং ইঙাও ঙাওরগনি।"

২১ শুবা পন্দূপ

# নোংচপলোমদা

ঐখোইনা মমাংদা জর্মনীগী মথক্তা শোক ১৯৪৪ ফাওবা এলাইডশিংনা তমথিনা বোম থাদখিবগী মরমদা থেংনখ্রে। বোম থাদবা অসি লেপ্পা লৈতে। শোক ১৯৪৫ হৌগৎলকপদনা অমুক্কা হেন্না মওং থিনা হৈথরক্লে। ফেব্রুবারী তারিখ ১৩ গী অহিংদা আর, এ, এফ, কী প্লেন ৮০০ না অনিরক্তা মৈগী বোম (Incendiary bomb) ৬৫০,০০০ জর্মনীগী সহর ড্রেসদেনদা থাদখি। বোমশিং অসি পাউণ্ড ৮০০০ ( মন ১০০ ) অমসুং পাউণ্ড ৪০০০ লুম্বা জাংস্নু য়ান্নবা থাদাখ। মথংগী মুমিৎতা ফাইটর ৯০০ না ঙাক্তুনা আমেরিকাগী প্লেন ১৩৫০ গী মনুংদা অয়াম্বনা সহর অসিদা লান্দাখি। তারিখ ১৫ দা প্লেন ১,১০০ না বোম থাদখি। মসিগী ফল ওইনা মী ২৫,০০০ শিখি; ৩০,০০০ শোকখী, য়ুম ৩৪০০০ মাংখী। জর্মনীগী মথক্তা বোম থাদবা থমথেংচকপা অত্নুবাইদদি পুং ৩৬ কী মনুংদা প্লেন ১২,০০০ দগী ১৩,০০০ না বোম টন ১৪.০০০ থাদখি।

## জর্মনীগী ভি ১ অমসুং ভি ২

জর্মনীগী ভি ১না ইংলেণ্ডদা থাদবক্তুনা প্রজা ময়ামবু অৱাবদা তাহনখিবগী মরমদা ঐখোয়না থেংনখ্রে। শোক ১৯৪৪ গী জুন থাদগীনা সেপ্টেম্বর ফাওবদা ইংলেণ্ডদা মী ৫৬৪৯ শিখি, ১৬১৯৪ শোকখী।

হৌজিক ভি ২ (Long range rocket) নভ্রগা রোকেট অমুক থাবা হৌরক্লে। মসিগী মরমদা জর্মনীনা শোক ১৯২৭ তগী থিগৎপা হৌখী। মসি ফুট ৪৭ শাংই, টন ১৫ লুমই; কিলোগ্রাম ১০০০ লুম্বা পোখাইনবা পোৎ হাপ্পী। মতম অত্নুদা রোকেট অসিগী অয়াংবা পুংদা মাইল ৩৫০০ নি হায়না লাওথোকখি; অত্নুগা মাইল ২০০ ফাওবা লাপ্পা কাপ্পা য়াই; মাইল ৭০ ৱাংনা পাইখৎলি।

হৌজিক্কী ঐখোয়না থংনয়িবা রোকেট অসিদি জর্মনশিংনা হৌদোকই হায়না অতুম খংনরে। ইউরোপকী বালটিক সমুদ্র মপান্দা জর্মনশিংনা পিনী মুন্দে (Peene Munde) হায়না কৌবা মফমদা ভি ২ অসিগী থবক্তা কন্না থিঙ্জিল্লমই। মখোয়না শোক ১৯৪২ দা মফম অসিদা ভি ২ অসি কাপখৎখী। লাঞ্জাওদা রোকেট থাগৎপা অসি মসিনা অহানবনি।

রোকেটতি মশাগী ওক্সিজেন অতুম পুজে। মতোন্দা নুংশিৎ দরকার লৈতে। নুংশিৎ লৈতবা মফমদনা মাগী খ্বাইদগী চুনৈ। রোকেট অসি চহি ১০০০ অমগী মমাংদা চিনানা পুথোকখী অমসুং অৱাংলোমদগী মঙ্গোল লান্দাবশিংগা থেংনবদা শিজিন্নখী। শোক ১৮১২ দা বৃটিশকী রোকেট বৃগেড অর্মা লৈরমই, তৌইগুম্বসুং মতম অতুগী রোকেট অতু নিংথিনা শিজিন্নবা য়াদে। হায়বিবা বৃটিশকী রোকেট বৃগেড অসি বেলজিয়মগী ৱাটরলু (Waterloo) কৌবা খুনয়াদা ফ্রান্সকী অশুপ্পা নেপোলিয়ন বোনাপার্টনা নাকল অমা ওইরগা, মক ওইনা বৃটিশ অমসুং জর্মন লাম্মীশিংগী অপুনবা শক্তি অতুনা নাকল অমা ওইতুনা শোক্লখিম্বা শোক ১৮১৫, জুন ১৮ গী লানফম অতুদা শিজিন্নখ। মতম অতুদদি বৃটিশকা জর্মনশিংগা পুন্না লান শোক্লরমই; হন্দক্তি (শোক ১৯৩৯ ৪৫) মবান্নী অমুক নাকপাক ২ তাতুনা য়ান্নবে।

জর্মনশিংনা রোকেট অসি ইংলেণ্ডদা শোক ১৯৪৪ গী সেপ্টেম্বরদা কাপলকই; অমসুং রোকেটনা ইংলেণ্ডগী মী ২৭৫৪ হাৎখি, ৬৫২৪ শোকখী। ইংলেণ্ডনা জর্মনশিংগী অপাইবা বোমদগী ঙাকথোক্লবগীদমক্তা বেলুন বেরেজ অমসুং ফাইটর প্লেন শিজিন্নতুনা অহানবদা পাইরকপা বোমগী য়ামদ্রবদা ১০০ দা ৩০, অমসুং অকোনবদা ১০০ দা ৭০ রোম মরক্তা মাংহনখি। অতুগা জর্মনশিংগী অসিগুম্বা খুৎলাই শাফম কয়া কয়াসু বোম থাদতুনা মাংহনখি।

## নোংচুপলোমদা জর্মনীগী ফিবম

হোলণ্ড, বেলজিয়ম অমসুং ফ্রান্সকী লানফমদা জর্মনীগী ফিবম কয়া ফংখিদবা ; আডেনিজগী লানফমদা জর্মনশিংগা অমসুং এলাইড-শিংগা লান শোক্লবগী মরমদা ঐখোইনা মমাংদা থেংনখ্রে।

লানফম অসিগীদমক্তা জর্মন ফিল্ড মার্সেল ভোন রুন্স-টেডটকী মখাদা য়ামদ্রবদা লাল্মী ২৫০;০০০, গাড়ী লিশিং লিশিং অমসুং টেঙ্ক ১০০০ লৈরমই। জর্মনশিংনা মোনসচাউ অমসুং এচ-টারনাকতগী ফুজিনখী। জেনেরেল আইজন হোৱরনা অতৈদা লান্দাবা লেপহন্দুনা তকশিল্লক্লিবা মাইকৈ অসোমদা রিজার্ভ লাল্মী মখৈ থৌজিনখী।

ডিসেম্বরগী তারিখ ২৪ দদি অতিয়া শেংলদুনা এলাইডকী প্লেন ৫০০০ রোমনা জর্মন লাল্মীশিং অতুগী মথক্তা লান্দাখি। অতুদগীদি জর্মনশিং অসি হন্দোকপা হৌখী। জর্মন লাল্মীশিং অসি শোক ১৯৪৫ গী ১বদা মপুংফানা হন্দোকখী। মতুগী হন্দোকপা অদু থংদনবগীদমক্তা জর্মনশিংনা প্লেন ৭০০ থারক্লুনা এলাইড এরো-ড্রোমশিংদা লান্দাখি। লানফম অসিদা এলাইডশিংগী অশিবা, অশোকপা অমসুং মাংখিবা ৫০,০০০ নি ; জর্মনশিংগীনা মী ৭০,০০০; লাল্মী ৫০,০০০ ফাখী ; টেঙ্ক ৬০০ অমসুং প্লেন ১,৬০০ মাংখী।

## রুসকী লানফম

রুসকী লাল্মীনা নোংচুপ্লোমদা অসুম তকশিল্লক্লুনা বালটিক সমুদ্রগী মপান্দা মখোইনা জয় ওইখিবা ; জর্মন লাল্মী কয়া নোংপোক প্রুসিয়াদা চংখিবা অমসুং ডন্যুব তুরেল মপান্দা অসুম অসুম তকশিল্লক্লুনা জর্মনীগী ওমখৈ লানশিনখিবগী মরমদা থেংনখ্রে। হৌজিক জর্মনীনা অয়োইবা ওইনা খাংলকপা অসি য়েংবা তাই। শোক ১৯৪৫ গী জানুৱারী থাখাই ফাওবদা রুসকী লাল্মীশিং অসি হায়রগুন্না খোংচৎ থুদ্রে। থা মঙা অসি মখোইগী লাল্মী শিন্দোক শিনজিন তৌবদা অয়াম্বা হৌহনখি মতুদি—

১। অৱাংলোমদা জেনেরেল চেরনিয়াখোবস্কী অমসুং মার্সেল রোকোসোবস্কী অনিনা কমাণ্ড তৌবা আর্মী অনি। অমনা মেমেল তুরেনদগী মথারোমদা; অতোপ্পা অমনা নারেউ তুরেনদগী অৱাং হাইগৎখিদুনা নোংপোক প্রুসিয়া তম্বা।

২। ময়াইগীনা মার্সেল ঝুকোব ( Zhukov ) অমসুং মার্সেল কোনিব অনিনা কমাণ্ড তৌবা আর্মী অনি। অহানবা অসিনা পোলেণ্ডগী কোন্নুং ৱারসো তকখাইবগা নোংচুপ পাংদুনা জর্মনীগী কোন্নুং বর্লিন তম্বা; অতোপ্পনা সাইলেসিয়া মথকলোমদগী লান তারকপনা ওডর তুরেনগী মথকলোমদা তকশিল্লকপা।

৩। মথাবোমদনা মার্সেল মালিনোবস্কী অমসুং মার্সেল টোলবুখিন অনিনা কমাণ্ড তৌবা আর্মী অনি। লাম্মীশিং অসিনা শ্লোভেকিয়াদগী জর্মনশিংবু তান্থোক্লগা বুডাপেষ্ট লৌবা, অদুগা আষ্ট্রিয়াগী কোন্নুং ভিয়না তম্বা।

৪। মবিশুবা আর্মীনা মথক্কী অনিশুবা অমসুং অহুমশুবশিং অসিগী মবক্তা চৎপা। আর্মী অসিগী কমাণ্ডদি জেনেরেল পেটোবনা তৌখী অমসুং পাংথোক্কদবা থবক্তা অৱাং কার্পেথিযান্দগী তকথরকপনি। মথক্কী ময়াম অাস য়ামদ্রবদা লাম্মী ডিবিজন ৩০০; টেঙ্ক আর্মী ২৫, অমসুং কোসেক পল্টন কয়ামকুম্না শাখিবনি।

কুসকী অস্তুক চাওরবা তেঙ্গোন অসিগী লাম্বা তৌনবা জর্মনীগী মতিকচাবা লাম্মী লৈরমদে। মতম অদুদা কুসকী তেঙ্গোল অসিগা লাম্বা তৌনবগীদমক জর্মনীগী লাম্মী মপাঙ্গন ৱাৎলবা ডিবিজন ১০০ শুরমদবা য়াই।

মার্সেল টোলবুখিননা শোক ১৯৪৪, নবেম্বর ২৯ দা জর্মনশিংগী মথক্তা লান্দাখি। ডিসেম্বর ২০ দা জেকস ফাহেরবর লৌখী। মালিনোবস্কীনা হঙ্গেরীগী কোন্নুংগী নোংপোক্লোমদা লান্দাখি। শোক ১৯৪৫, জান্নুৱারী ১৩ ফাওবদা বুডা লৌখী। মখোই অনিনা অস্নুম

অসুম তকশিনখিবনা জানুৱারী ( শোক ১৯৪৫ ) ১৮ ফাওবদা পেষ্ট লৌখী।

মার্সেল কোনিব অমসুং মার্সেল ঝুকোবকী লাম্মীশিংনা ভিসতুলা তুরেনগী নোংচুপতগী পিলিকা তুরেন অমসুং বাংপেখিয়নগী মরক্তা লান্দাই। মবান্নীগী লান অসি কোনিবনা শোক ১৯৪৫ গী জানুৱারী ১২ দা; অমসুং ঝুকোবনা ১৪ দা চংখি। অসুম চংশিনখিবনা ঝুকোবনা বারসো অমসুং রাদমগী লম্বী য়ৌখী। জানুৱারী ১৭ তা পোলেণ্ডগী কোম্নুং বারসো রুসকী লাম্মীশিংগী মখুত্তা তাখী; অমসুং ঝুকোবনা তারিখ ১৯ দা গোস্তীনিন, কুটনো অমসুং লোডজ লৌখী। তাঙ্গা অসিদা জেনেরেল পেট্রোবনা জাস্লো লৌশিনখি। মার্সেল কোনিবনা তারিখ ১৯ দা ক্রেকাওদা থুংখি। মতাং অসিদা চেরনিয়া খোবস্কী অমসুং রোকাসোবস্কী অনিনা তারিখ ১৪ দা নোংপোক প্রুসিয়াদা লান্দাখি, অমসুং তারিখ ২০ ফাওবগী মমুংদা টিলসিট, নাইদেমবর্গনচিংবা লৌখি; অদুদগী ভিলতুলা তুরেন লাম্হোকখী।

তাঙ্গা অসিদা মার্সেল কোনিবকী লাম্মীশিংনা ওডর তুরেন মপানগী বেস্লো কৌবা মফম অদুগী অরাং অমসুং মখারোমদা জর্মনীগী ঙমখৈ লানশিনখিদুনা তারিক ২৪ দা তুরেন অসিগী মপান্দা লৈবা ওপ্লেলন লৌখী। অসুম তৌনা নোংচুপ অমসুং মখারোমদগী তকশিল্লকুনা রুসকী লাম্মীশিংনা অপর-সাইলেসিয়াগী কারখানা লৈবা সহর পুম্নমক মথং ২ লৌশিনখী অমসুং লোইনা লোইননা ওডর তুরেন মপান্দা তাবা ওপ্লেলনদগী ষ্টেনাও ফাওবগী লম অসি রুসকী লাম্মী পৈ পৈদুনা (Bridge head) থমখী।

ফেব্রুৱারীগী তারিখ ৪ দা কোনিবনা ব্রেস্লো পুমকোই কোইশিন্দুনা ওডর তুরেন লাম্হোকখী অমসুং ঝুকোবনা তারিখ ২৩ দা পোজেন লৌখি। অসুম তৌদুনা রুসকী লাম্মীশিং অসি ড্রেসডেন য়ৌগদবা মাইল ৭০ দা ঙাইখি। অমরোমদা মার্সেল

টোলবু খিননা মার্চকী তারিখ ২৯ দা আষ্ট্রিয়াগী সিমনা লান-শিনখী। অমরোমদনা রোকোসোবস্কীনা বালটিক সমুদ্ররোমদা মার্চ ৩০ দা ডেনজিগ সহর লৌখি। এপ্রিলগী তারিখ ৭ তা মালিনোবস্কীনা আষ্ট্রিয়াগী কোমুং ভিয়েনাগী নোংপোক থংবা শরুক্তা চংশিনখী অমস্তুং তারিখ ১৩ দদি সহর অসি রুসকী লাম্মীশিংনা লৌখি।

রুসকী লম মতকশিন অসি রাজনিতি য়াওনা থবক চংথৈ হায়বা তাকই। মার্সেল টিটো অমস্তুং ডাঃ বেনেস অনি অসি রুসকী খাও নমুংদা হান্না চংহনগ্রবনিনা হৌজিক রুসনা ময়াই থংবা ইউরোপকী মখাথংবা শরুক অয়াম্বদি—প্রেগতগীনা ট্রিষ্টে ফাওবা—রুসকী রাজনিতিগী পাক্লবা লাংদা থুহনখি। মসি মতুংগী থবক্লস্থ তশেংনা তাকই। অতুদগীদি হৌজিক নোংচুপলোমদা ফংবা য়াবা রাজনিতিগী লাংথাকফম কলহৌনবা অমুক হোৎনগদৌরি।

## ২২ শুবা পন্দ্প

# জর্মনীগী কোন্নুং বর্লিন লৌবা

লাণ্ডাও অসি অহানবদা তমথিরব্বা নাজীবাদনা পৃথিবীবু লাকশিনখিগদৌরে হায়দুনা জর্মনীগী মথক্তা 'জাতি পুন্নমক্না ফুজিল-লকপদগী অস্নুম্না থোকখিবনি। মতুংদা জর্মনীনা শোন্থরক্লবা ফাওবদা জর্মনীগুম্না তমথিবা অতোপ্পা শক্তি অমা লাকপা য়াই হায়বদু কাওথোকপগুম জর্মনী লোইথোক্লগা লোইরে হায়বসিদদা কন্না হোৎনখি। রুসনদি জর্মনীগী মতুংদা ইংলেণ্ড, আমেরিকাগী কাংবুগা অমুক মুক্নরক্লনি হায়বা হান্না থন্তবগুম জর্মনী জয় তৌবদা য়াবমখৈ রুসকী মখুৎতা লম কলহৌনবা লাক্লখি। হৌজিক রুসনা জর্মনীগী কোন্নুং বর্লিন লৌহৌবগা কান্নগদবা মওং অদু উদুনা য়াব-মখৈ থুনা ফুজিল্লকই মরমদি অপাম্বা অদু কন্ননবা লান তৌবনি —War is the means of policy. মতাং অসিদা এংগ্লো আমে-কাগী কাংবুসু ভাব তারকপগুম বর্লিন অসি মখোইগী খুত্তা লৈহৌনবা কন্না হোৎনবক্লে—হৌজিক চাথুং মুন্নরক্লে।

জেনেরেল আইজনহোৱরগী লানওংদি অহানবদা ২১ শুবা আর্মী গ্রূপ অমস্তুং আমেরিকাগী ৯শুবা আর্মিনা ডুসেলডোর্ফকী মথাদা রাইন তুরেনগী লম লৌশিনবা; অনিশুবদা ১২শুবা আর্মি গ্রূপনা সারগী লম অদু তকশিন্দুনা ডুসেলডোর্ফ অমস্তুং মেইনজগী মরক্তা লৈবা রাইনগী শরুক লৌশিনবা। অহুশুবদা ৬শুবা আর্মি গ্রূপনা কোলমারদা তকশিন্দুনা বিস্বটজরলেণ্ড অমস্তুং মেইনজগী মরক্তা লৈবা রাইনগী শরুক লৌশিনবা।

লান চংবসি অহানবদা কনাডাগী ১বা আর্মিনা শোক ১৯৪৫ গী ফেব্রুৱারী তারিক ৮ দা হৌখি। তারিখ ১৪ ফাওবগী মনুংদা ক্লেব লৌরগা রাইন তুরেন ফাওবা তকশিনখি। তারিখ ২৩ দা আমেরিকাগী

৯শুবা আর্মীসু লান চংখি। মার্চকী তারিখ ৩ ফাওবগী মনুংদা বোর তুরেন লানখি; ডুবেন, নেউস, ভেনলোনচিংবা লৌরগা গেল্ডন ফাওবা চংখি। মার্চকী তারিখ ১০ গী মনুংদা ডুসেলডোর্ফ অমসুং সমুদ্র ফাওবগী মনুংদা লৈবা রাইন তুরেনগী নোংচুপ থংবা খোংবানগী লম অসি এলাইডশিংগী মখুত্তা তাখি।

মথংদদা আমেরিকাগী অহানবা আর্মিনা কোলোন-রোমদা ফুজিনখি। ফেব্রুৱারী ১০ দা আর্ফ তুরেন লাম্থোক্তুনা মার্চগী তারিখ ৭ ফাওবগী মনুংদা কোলোনদা চংখি। তারিখ ২৪ ফাওবগী মনুংদা রাইন তুরেনগী নোংপোক থংবা তোর্ব্বানদা এলাইড-শিংনা অচৌবা লাম্মী মপৈ ( Bridge head ) গী লম অমা শেমখী। লাম্মী পৈবিবা মফম অসি মবাক্তা মাইল ১০ নি অমসুং ময়ুংদা মাইল ২৫ নি।

অমবোমদনা আমেরিকাগী ৩শুবা আর্মিনা ফেব্রুৱারী ২৩ দা সারগী লমদা জর্মন লাম্মীশিংগী মপাঙ্গল ফুদেকখী। মার্চকী তারিখ ৯ ফাওবগী মনুংদা ট্রায়র অমসুং রাইন খোংবানগী এন্দবনাক ফাওবা চংখিদুনা ১বা আর্মীগা শম্নখী। তারিখ ২৩ গী মনুংদা বিনজেন ফাওবা চংখিদুনা স্পেয়র য়ৌখী।

মার্চকী তারিখ ১৫ দা ৬শুবা আর্মি গ্রুপনা রাইনলোমদা তকশিনখী। তারিখ ২৫ ফাওবগী মনুংদা রাইন তুরেনগী নোংচুপ থংবা খোংবান্দা জর্মনশিংগী মপাঙ্গল পুমহিক হিকথরমই। হৌজিক খ্বাইদগী কনবা লানফমাদ রুহরগী অরাংলোমদগী কেসেললোমদা তমশিল্লক্তুনা নোংপোক্লোমদগী রুহরবু কোইশিন্নবা হোৎনবা অসিনি। থবক অসিগীদমক ফ্রাঙ্কফুর্টকী লমদা পৈ-পৈদুনা লৈবা লাম্মীশিংনসু হেন্না পাঙ্গল লৈনবা তকশিল্লকদোরিবনি। থবক অসি পাংথোকপদা ২১ শুবা আর্মী গ্রুপনা কন্না লান শোক্লখি।

রাইন তুরেন লাম্থোকপা অসিগী কমাণ্ডর ফিল্ড মার্সেল মোণ্টগোমেরীনা তৌখী। ২১শুবা আর্মি গ্রুপ অমসুং আমেরিকাগী

৯শুবা আর্মী অসিনা থবক অসি পাংথোক্কদৌরিবনি। তুরেন অসি লান্থোকপনা ব্রিজ অমসুং রেহ্ইন বর্গগী মপান্দা লৈবা লমদগী হৌগদৌরি। চংগদৌরিবা তেঙ্গোন অসিগী য়েৎ, শুইদা ৯শুবা আর্মি অমসুং ২শুবা বৃটিশ আর্মিনা চপকদৌরি। খোংহৌ অসি থুজিন্নবগী-দমক রেসেলগী অৱাংদা আমেরিকাগী থক্তগী থাদগদবা লাণ্মী ১৭ শুবা অমসুং বৃটিশকী ৬শুবা ডিবিজন অনি অসি প্লেন্দগী থাদগদৌরি। কানাদাগী ১বা আর্মীনা ওইরোমদগী ২শুবা আর্মী অতুবু গুাক্কদৌরি।

লানফম অসি চংদ্রিঙৈদা অহানবদা বোম কল্লা থাদবা হায়না লেপনৈ। মার্চ্চকী তারিখ ১১ দা এসেনরেল সেণ্টরদা বোম টন ৫০০০ হৈথখী; মথংগী মুমিৎতা ডোরটমুন্দদা বোম টন ৫৪৮৭ থাদখী।

রাইন তুরেন লাম্থোক্কদবা মুমিং মার্চ্চ ২৩ দা অয়ুক্কী পুং ৮ তাবা মতমদগী পুং অমা চুপ্পা তোপ কাপশিনখী; মতু হেক লোই-বগা রেসেলদা এলাইড লাম্মীনা লান্দাখী। অথিংবা ইয়াও য়াওদনা লাম্থোক্তুনা নোংপোক থংবা তোর্ব্বান্দা খোংদাফম ফংখী। মথংদা এলাইডকী ১বা এয়রবোর্ন আর্মিগ হেড কার্টিবদা আমেরিকাগী ১৭শুবা অমসুং বৃটিশকী ৬শুবা থক্তগী থাদগদবা ডিবিজন অনি অসি—অমনা পেরিসতগী, অমনা নোংপোক এংগ্লিয়াদগী—প্লেন ১৫৭২, গ্লাইডর ১৩২৬ না পুতুনা থাদখী। লাম্মী হোল্লক্লিবা প্লেনশিং অসিবু প্লেন ২১৫৩ না শেল্লতুনা চংখী।

তারিখ ২৫ দা ডারমসটাদট লৌখী অমসুং মেইন তুরেন্দা শাবা থোং কয়ামুক লৌশিনখী। অস্তুম তকশিনখিতুনা মখারোমদা লিম্বর্গ য়ৌখী। তারিখ ২৯ দা আমেরিকাগী ৩শুবা আর্মিনা ফ্রাঙ্কফুর্ট লৌখী; অতুদগী কেসেল ফাওবা থৌজিনখী। তারিখ ২৬ তা আমেরিকাগী ৭শুবা আর্মীনা রোর্মস ফাওবা তকশিল্লকই। তারিখ ২৯ ফাওবগী মতুংদা ৭শুবা আর্মীনা মেইনহেম লৌখী। এপ্রিল

হৌগৎলকপদা ফ্রান্সকী ১বা আর্মিনা রাইন তুরেন লাম্থোকখী। হৌজিক এলাইড লাম্মীশিংনা রাইন তুরেন লাম্থোকলে।

অরাংলোমদা ২১শুবা আর্মি গ্রুপ অমসুং ১২শুবা আর্মি গ্রুপ, অতুগা ৬শুবা আর্মি গ্রুপ অসিনা রুহর কোইশিল্লবা হোৎনরক্লি। এপ্রিল ১বদা থবক নিংথিনা পাংথোকখী। অতুগী ফল ওইনা তারিখ ১৮ দা জর্মনীগী লাম্মী ৩২৫,০০০ অমসুং জেনেরেল ৩০ এলাইডকী মখুৎতা তাখী। মতম অসিদা রুসকী লাম্মীশু বর্লিন য়োৗগদবা মাইল ৩০ দা মঙাইরে।

বর্লিন নকশিল্লক্লবদা জেনেরেল আইজন হোৱরনা অতোপ্পা মাইকৈ অমরোমদা লান তানিংখী। আমেরিকাগী ১বা অমসুং ৩শুবা আর্মি অনি অসিবু কেসেলদগী লেপজিগ ফাওবা তকশিল্লবা হুকুম পিরমই অমসুং ৬শুবা আর্মী গ্রুপনা মতেং পাংহল্লমই। ২১শুবা আর্মী গ্রুপনা এলব তুরেনলোম তম্না তকশিলহল্লমই।

অসুম তৌনা ময়াই থংবা লম অসি লোইরগা ২১শুবা আর্মি গ্রুপনা বালটিক সমুদ্ররোমদা তকশিনবা অতুগা লুবেকতগীনা কিয়েল ফাওবগী অরাংগী লম অসি চংশিন্দুনা নোংচুপ পাংবা তারমই। এপ্রিল ৮ ফাওবগী মনুংদা ৩শুবা আর্মিনা কেসেল, ব্রেমর, জেনানচিংবা লৌরগা জেকোস্লোভেকীয়াগী ভমথৈ লানশিনলমই। ৯শুবা আর্মিনা তারিখ ১২ দা ব্রুন্সরিক চংখী। ১বা আর্মীনা হার্জ চীংশাগী মথারোমদগী তকশিল্লকুনা তারিখ ১১ দগীদি পন্দনা চংশিনখিতুনা হার্জগী এলাকা লম অসি তারিখ ২১ ফাওবদা লৌখী।

২১শুবা আর্মি গ্রুপনা ব্রেমেন অমসুং হেমবর্গলোমদা থৌজিল্লমই ; কানাডাগী ১বা আর্মীনা হোলণ্ডগী অরাং-নোংপোকলোমদা তকশিললমই অমসুং বৃটিশকী ২শুবা আর্মিনা ব্রেজর তুরেন লাম্থোকখী। তারিখ ২৯ ফাওবগী মনুংদা লুনেবর্গ য়োৗরগা এলব তুরেন লাম্থোকখী। ৬শুবা আর্মী গ্রুপনা তারিখ ১৬ তা মুরনবর্গ চংখী।

জর্মনীগী নোংচুপ্লোমদা অসুম্না তকশিল্লকই , নোংপোক্লোমদনা রুসনা তকশিল্লকই অমসুং ইটালিগী অরাংলোমদগীসু কন্না লান তকশিল্লকই ।

রুসকী লাম্মী বর্লিন তম্না থৌজিল্লকপসি ঝুবোক অমসুং কোনিবকী কনাগুনি । চংশিল্লকইবা রুসকী লাম্মীশিং অসিগী লাম্বাদা জর্মনীগী আর্মি ৪ নি—স্টেটিন অমসুং এবরসবাল্ডেগী মবক্তা অমা , এবররাল্ডে অমসুং ফ্রাঙ্কফুর্টকী মবক্তা আর্মা অনি ; ফ্রাঙ্কফুর্টকী মখাদা অমা । মতম অসিদা জর্মনীগী কোন্নুং বর্লিন্দা লাম্মী ২৫০,০০০ রোম লৈরমগনি হায়না থাজনৈ ।

এপ্রিল তারিখ ১৭ কী অয়ুক্তা কোনিবনা নিসে তুরেন খোংবান্দগী ড্রেসদেন অমসুং তে'রগাউ তম্না লাম্মী মপৈ অমা থৌজিনখী , অতুগা মহাক্কী মযাই চৎপা অমসুং যেত্তা খোনবা লাম্মীশিংবুনা অবাংলোমদা—বর্লিন তম্না থৌজিনখী । মতম অদুমক্তা মার্সেল ঝুকোবনা কুস্ত্রিনগী অরাং অমসুং মখাবোমদগী জর্মনশিংগী ১২শুবা আর্মী – এবরসবালডে অমসুং ফ্রাঙ্কফুর্টকী মবক্তা পুবা থেঙ্গোনবু তকখাইরক্লগা তারিখ ২২ দা ওটোবাহনদা চংলতুনা নোংচুপ পাংনা স্পাডাউবোমদা থৌজনখি । মতম অদুদা কোনিবনসু মফম অদু মখাবোমদা লৌখৎলকই ।

এপ্রিলগী তারিখ ২৫ দা বর্লিন অসি পুমকোই কোইশিনখ্রে অমসুং নুমিৎ অসিমক্তদা রুসকী ৫৮শুবা গার্ডস ডিবিজনগী লাম্মীশিংগা অমসুং আমেরিকাগী ৬৯শুবা ডিবিজনগী কাংবুগা থেংনরে । তারিখ ২৯ ফাওবদা বর্লিনগী অকোইবদা অকিবা ফংনা কার্মখী ।

শোক ১৯৪৫ গী এপ্রিল ৩০ দা হিটলর মতোমতা কাপতুনা শিখী । শোক ১৯৪৫ গী মে তারিখ ২ দা বর্লিনগী লাম্মী পুম্নমক খুৎলাই থাদোকখী –জর্মনীগী কোন্নুং য়েক্লবগী মথুংতা তাখ্রে ; জর্মনীগী নুমিৎ থংহোদনা লৈথখ্রে ; হিটলরগী চান্সেল্লরীগী মতোন্দা ক্রেমলিনগী নুংথং অমসুং থাংগোন য়েকপা ফিরান যুংখ্রে ; স্বাস্তিকা

য়েকপা ফিরান রুসকী লাম্মীশিংগী খোংউপ বুট মখাদা চনেৎনখ্রে। হিটলর হৌজিক লৈত্রে, পৃথিবীবু মথক মখা ওলহল্লম্লগা চৎখ্রে। নেপোলিয়নদগী হেন্না তমথিবা মুপা অমা চৎখরে।

হৌজিক ইটালিদা করম তৌরি অমুক্তা য়েংসি। এপ্রিল ১০ দা ফিল্ড মার্সেল এলেকজেণ্ডরনা ইটালিদা অরোইবা মওংদা লান্দাখি। তারিখ ২৬ ফাওবগী মনুংদা বোলেগনা লৌরগা পোতুরেন লাম্বোকতুনা ভেরোনাদা চংখি। তারিখ ২৮ দা ইটালিগী অশুপ্পা মপু বেনিটো মুসোলিনী হাৎখী অমসুং মহাক্কী মশা অতু মকোক মমৈ ওন্ননা য়ানখী। তারিখ ২৯ দা, এলেকজেণ্ডরদা, ইটালিদা লৈবা জর্মন লানমী লাখ ১৯ রোমনা খুৎলাই থাদোক্লুনা য়েক্লবদা চংজখি।

রুসকী লানমীগা থেংনরবসিদদি আইজন হোররনা এলব অমসুং মুলদে তুরেন অতুগা এরজের্বাজকী লমদগী মখা চৎথখিদ্রে। মহাক্না লুবেক, লিনজ অমসুং 'নেসনেল রিডাউট' লোমদা লানমী থৌজিনখী। মেগী তারিখ ৪ দা অরাং জর্মনী হোলণ্ড. স্লেসরিগ—হোলসটেইন অমসুং ডেনমার্কতা লৈবা জর্মন লানমী পুম্বা নিয়ম অমতগী মখা পোন্দনা খুৎলাই থাদোকখি।

শোক ১৯৪৫, মে ৫ গী অয়ুক পুং ৮ তাবা মতমদা এলাইড লানমীশিংনা খুৎলাই কাপ্পা লেপখী অমসুং তারিখ ৭ তা জর্মনীগী সেনাপতি মকোক জোডলনা ময়ামগী ওইনা খুৎলাই থাদোকপগী সহি তৌনখী। মসিগী মরমদা তারিখ ৯ দা বর্লিনদা অরোইবা ওইনা সহি তৌনখী। মাইকৈ অসোমদদি লান লোইরে।

২৩ শুবা পন্দুপ

# বর্মাদা

জর্মন মাইকৈগী লান লোইখ্রে। হৌজিক জাপান মাইকৈ মঙাইরে। শ্রীগুন সিংহনা মগুলেদা মতম খবদং পোথানিংবগী মরমদা য়ামাদাগা ৱাবী শাখিবগী মতাং অদু ঐখোইনা থেংনখ্রে। মিষ্টর য়ামাদানা হায়বা মতুং ইন্না শ্রীগুন সিংহস্না য়ারদুনা মনিপুর পার্টিগী ভি, ফোর্স অনাবশিং অদুস্তু খবা ফৱগা চৎনিংবগী মোত উৎলমই। মথংগী মুমিৎতা মনেৱাদা লৈহৌবা ভি, ফোর্সশিংস্তু থুংলমই। অৱা হিহোনৱা অদুদা লুপা ৫০০ অমুক পিবে। অৱা হিহোনবা অদুনা মহাক্কী হি অদু জাপান্না মুনবিদনবা লেমাৎ (পাস) অমা নিরবদা মঙোন্দা আফিসকী লেমাৎ অমা পিদুনা চৎহনখী।

মমাংদা হায়খিবা কুকি মচা অনাবা অনিদু শ্রীগুন সিংহনা হিদাক লাংথক থিদুনা কন্না হোৎনবদগী মশা ফখি। মখোয়গী মশা ফনবা হোৎনবদা লুপা ৫০/১০০ পিদুনা লমজেন তান্নহল্লি। মতম অসিদা য়েক্লবনা নোংম-নোংমা নকশিল্লমই। নোংমা অৱাগী শুমাং অকোকপদা কোম মনাক্তা, শ্রীগুন সিংহনে অমস্তুং অৱা অতৈ কয়াস্তু মনাক্তা তুম্লমই, খংহৌদনা লিল অঙাংবা পাম্বোম্মুক চাওবা অমা চংলকতুনা চিকলমগদবা খরদা ৱাংখি। মহাক্কা কন্না লাওদুনা হৌগৎপদা লিন অদু খিবা খংখিদে অমস্তুং ময়াম চংদুনা য়েংবদা অদুম খংদ্রে। অৱাশিংনা মখোইগী লাই, নাট (উমংলাই) ওইরমাল্লে হায়না ভাংনখি। এসিয়া মচাশিংগী ৱাখন্দি অসিগুম্বনা অয়াম্বনি।

শ্রীগুন সিংহগা লোইনরিবা বামোন মচা শ্রীশিংশেন শর্ম্মাগী মখোংদা বোম্মা শোকখিবদগী অস্তুন ২ লাগুথোকখিদুনা কোম শানা হন্দুনা শক উবমই; মরম অদুনা মহাকপু মাগুলেদা থিনবিকরগে হায়না

খল্লমই। মতাং অসিদা নাগাশিসান এণ্ডোদগী থুংলরে; মখোই ৱারী শান্নরে। নহাল মখৈ মহাক্কা চৎমি..গদবা নাগাশিসান ঙাইবত্থু হৌজিক থুংলরবনিনা, মহাক (শ্রীগুন সিংহ) মাণ্ডলেদা পোত্থাদুনা লৈরম্লগে হায়বদগী য়ামাদানা নাগাশিসান অমস্তুং শ্রীগুন সিংহ অসিবু মখারোমদা থিম্লনবা থৌরাং তৌখি।

শ্রীগুন সিংহনা য়ামাদাসানদা মনিপুর পার্টিগী ভি, ফোর্সশিংবু নিংথিনা শিন্নরে অমস্তুং কোন্না অমুক উন্নরসি, মহাক হান্না চৎতুনা খরা পোৎথারুখিগে হায়রম্লগা নাগাশিসানগা মখোই অহুম মাণ্ডলে-রোমদা তমখি। নুমিৎ ৩/৪ নি চৎলক্লবদা মেঞ্জান য়ৌদ্রিঙৈদা নোং ঙানখী। মরম অদুনা অৱাথুন অমদা থৌজিন্দুনা চাওরবা খোংনাং বোট অমগী মখাদা পল্লমই। খোংনাংবোট অদুগী মখাদা লৈবা গাড়ী-শিংতু য়েক্লবগী প্লেননা পাইরকপদা উবা ফংদবা মখৈ চাওরমই। মৰম অদুনা মফম অদুদা নুংথিন ২ জাপানশিংগী পোৎথাফম ওইখমই। মফম অদুদা অতৈ অতৈ মাইকৈদগী লাকপা জাপান সিফাই পুবা গাড়ীগা লোইননা পুন্না গ ড়ী ৪০/৫০ পল্লমই। মতম অদু অয়ুক নুংথিন্দদি য়েক্লবগী প্লেন লাক্কনি হায়দুনা গাড়ী অমতা চংনদে, অহিং অহিংদা চৎপনিনা লম কদাই য়ৌরে হায়বা খংলমদে। মফম অসিদগী নুমিৎ তাবদা গাড়ী থাবদুনা নোং ঙাল্লমদাইদা মেঞ্জান য়ৌখি।

মেঞ্জান্দগী মোটোব বোতনা ইবাবতি লান্থোকলে। অদুদগী অমুক চংখৎলবপনা থদউ সহর য়ৌবে, অদুগী চাউশে য়ৌবে। মণ্ডলে নকশিল্লক্লে। অয়ুক পুং ১০ বোম তাবা মতমদা য়েক্লবগী প্লেননা তৌয়না ২ পাইরকুনা মফম অয়াম্বনা বোম থাদবগী মখোন তারমই। মখোযনা তোংলিবা গাড়ী অদুগী মথক্তা প্লেননা তৌইনা লৈরমই মৰম অদুনা গাড়ী অদু হৈনো মবক্তা থৌজিন্দুনা পল্লমই। মফম অদুদগী নুমিৎ তারগা অমুক লাকপনা মুমিদাং পুং ১১-৩০ তাবদা মণ্ডলে সহর য়ৌদুনা জেজেট বাজারদা থারে।

মতুদগী মিষ্টর নাগাশিসান পুতুনা শ্রীগুন সিংহনা ময়ুমদা লাকপদা শিংশেন শর্ম্মাবু থিনবিরম্বা ওইনা মণিপুরী পাওনা ইণ্ডে-পেণ্ডেন্ট লিগকী প্রেসিডেন্ট উথোনটিন শর্ম্মাগী ময়ুমদা পুং১১-৩০ তাবদা মখোই থুংই। মফম অতুদা মখোই অহুম অহিং লেকনিন্নবে, অতুগা নোং ঙাল্লগা চাক থোংতুনা চামিন্নরগা মখোয় অহুম কাইনরে। নাগাশিসাননা "ঐদি আফিসতা চংলগে নোংমা। নদি লৈরগা নংগী য়ুমদা লাক্কে" হায়তুনা শ্রীগুন সিংহগী লৈকম—তমী দোজা, পৌনাজ্, নং ১৪ পোলিস ষ্টেসন—ইরগা চৎখ্রে। অতুদগী শ্রীগুন সিংহ ময়ুমদা লাক্লে। ময়াম্না মহাকপু হিংনা হল্লকপা উবদা য়াম্না হরাওখি।

অতুদগী নুমিৎ ৩ ৪ নি লৈরগা নাগাশিসান লাকুনা শ্রীগুন সিংহদা মরক মরক্তা লাক্লুনা আফিসতগী পাও লৌরনবা অতুগা বোম তাবদগী মফম হোংথ্রবা আফিস অতু খংহৌনবা অমসুং আফিসকী অনৌবা মীওইশিংগা খংনহৌনবা মবাম্নী আফিস ফাওবা চৎমিন্নখী।

নাগাশিসাননা মহাক খরা হান্না বেঙ্গুনদা চংলম্লগে, অতুগা শ্রীগুন সিংহবু রেঙ্গুনদা লাকউ হায়রম্লগা মবাম্নী কাইনরে। মতম অসিদা শ্রীগুন সিংহনা আফিসদা নোংমা লেপ্লগা নোংমা কাই। মমৈদা থা অমরোম লৈরগা মহাক বেংগুন চৎপা দরকার ওইরতুনা আফিসকী থাগদোরিবা মীগা চৎমিন্ননবা থৌরাং তৌরে। মতুগী ৪/৫ নি লৈরগা শ্রীগুন সিংহনা চৎখিবদা লম্বীদা বোম নংতুনা মণ্ডলে কোনুংগী থাঙ্গাবাৎকী উকুদা চোংশিন্দুনা লোৎলি। মফম অতুদা ফি-রোন লোইনা চোৎলতুনা আফিস য়ৌদনা ময়ুমদা হল্লক্লে। বোম তাতুনা আফিস চত্তবা নুমিৎ অসিদা শ্রীগুন সিংহগা চৎমিন্নগদবা মী খরা রেংগুনদা থাখী। অসুম তৌতুনা নুমিৎ অতুদা রেংগুন চৎহৌদ্রে।

নোংঙাল্লগা মখোই মশেন আফিসতা উন্নতুনা ব্রারী শানরে; গুরাংগী থোকখিবা থৌদোক অতুগী মরমদা শুগায়না খংনরে। মরম অতুনা চয়োল অমরোম লৈরগা আফিসকী মী অমুক পুতুনা শ্রীগুন

সিংহ রেঙ্গুন চৎপা তারমই। মতম অসি মহাক মুমিৎ খুদিংগী আফিস কারমই। মতম অদুদা জাপানশিংনা মাগী ২ ডিপার্টমেন্টগী মী অসি লান হন্দোরকপা মতমদা খরা ২ পোথাহল্লগা পুন্না হেক ২ থারমই। লান্না মমৈ ওইরকপনা রেল অমসুং মোটোরনচিংবা চৎপা মতমদা য়েক্লবগী প্লেননা মফম পুন্নমক্তা খুদোংথিবা ওইরে। য়েক্লবনা অসুম ২ নকশিল্লক্লে।

এলাইডকী ১৪শুবা আর্মিনা হান্নবা ডিসেম্বর ৩ দা কলেবা য়েংখ্রে। লোইন লোইননা ১৫শুবা কোড়না মখারোমদা আরাকানদগী অকিয়াবলোমদা থোজিনখী। লেফটেনেণ্ট জেনেরেল স্লিউলরনা এলাইডকী সেনাপতি মথং ওইরে ; জেনেরেল ডি, আই, সুলতান্না বর্মা অমসুং ভারত্তা লৈবা চিনা লাম্মীশিংগী কমাণ্ড লৌখ্রে ; মেজর জেনেরেল ৱেডেমেয়রনা চিয়াং কাইসেক্কী ষ্টাফতা মকোক ওইরে। খা-নোংপোক থংবা এসিয়াগী সেনাপতি মকোক জেনেরেল সার ওলিভরনা ওইরে। মহাক্কী কমাণ্ডদা লাম্মী ডিবিজন ২০ নি।

চিনাগী লাম্মীশিংনা হান্নবা মচিনাদগী মখারোমদা তমথরক্লে। ৩৬ শুবা ডিবিজননা মগুৱাংদগী মখারোমদা রেল লম্বী ইননা চথরক্লি, ডিসেম্বর ১৬ তা নাবা য়োৌখি অমসুং মুমিৎ অসিমক্তদা চিনাগী ৩৮ শুবা ডিবিজননা ভামো লৌখী। শোক ১৯৪৫, জানুৱারী ৭ তা সিবু লৌখি। জানুৱারীগী মনুংদা বর্মা—চিনাগী লম্বী লৌখী। ফেব্রুৱারীগী তারিখ ১৪ দা এলাইডকী লাম্মীশিংনা ইরাবতি তুরেন লাম্থোকখি।

মতাং অসিদা জাপান খুদিংনক্লা য়ামদ্রবদা য়েক্লবা তরাদংদি হাৎলম্লগা শিখিনবা হোৎনৈ। মখোইনা মশাদা হেগুবোম মরী পুই অহুমগীনা য়েক্লবগীনি, অমদি মশাগীনি। মীনা ফখিগদৌবা লৈরবদি অমা লৈহৌরিবা অদুনা মথৱাই লৌজগদবনি। লান হন্দোকপদা মচি মচিদা সিফাই অনাবা, অশোনবশিং অসি পুন্না ২ লৈ। য়েক্লবগী মখুৎতা তাগদৌরবদি মখোই ময়াম পুল্লপ পুন্না কোইশিল্লগা খ্বাইদগী

কল্লিবা অমনা হেগুবোম অত্থু থুগায়দুনা লোইনা শিমিন্নৈ। লান হন্দোকপা তারবদা, চৎখ্রিবা লাম্মীশিংনা তুংদা মফম চাবা য়ৌদ্রিবা ফাওবা, ঙাকহৌরিবা মী খরদুনা ঙম্নবা ঙাকই।

জাপানগী লাম্মী অমা অনি লৈরিঙৈদা য়েক্লবনা চংবদা য়াম্না লুনা থোকই। অয়াম্বা লাম্মী মপৈনা হন্দোকখ্রগা, লৈহৌরিবা ১/২ দুনা য়েক্লবা ময়াম লৈবা মফমদা চংখ্রগা, মথঙুগা ময়ামগা— শিমিন্নবা হোৎনৈ। জাপান সিফাই ১/২ না অরাগী পুঙ্গী (লম্বোইবা) শাদুনা হেগুবোম পুরগা চংখিদুনা য়েক্লবা ময়াম লৈবদা বোম লং লংদুনা মী কয়া ২ হাৎলি। খরনা শন গাড়ীদা মোচনগন হাপচিল্লগা, রাচেৎনা কালোক কোন্দুনা মখোইনা মনুংদা লৈরগা মথক্তা চরু চাইশিল্লি। নিপা অমনা অরা শাদুনা শন গাড়ী থৌজিন্নরগা য়েক্লবা লৈবা মফমদা চংদুনা মেচিনগননা য়েক্লবা কয়া ২ হাৎলি।

জাপানশিংগী আফিসারনা থাং য়াম্না শিজিনৈ। মখোইগী থাং অসি অথৌবনি। অচৌবা জাপান আফিসারশিংনা থাংনা চোংশিন চোংশিন্দুনা য়েক্লবগী সিফাই কয়া হাৎখি।

জাপানশিংনা য়েক্লবা উবদা য়াম্না কন্না ২ লাল্লাং লাঙই। জাপান ১/২ না লাউবদা য়েক্লবা নোংমৈ পায়বা কয়া ২ মথুক্তগী নোংমৈ থাদৈ, তাল্লক অদুদা জাপানশিংনা চোংশিন চোংশিন্দুনা য়েক্লবা মপৈ ২ ককথৎলি। জাপান অমা উবদা, য়েক্লবগী গোড়া সিফাই লোড়ী অমা লাকপদু জ্ঞান মাংখিদুনা গাড়ী থাম্নগা মখোংনা চেনবদগী জাপান্না তাম্ন তান্নদুনা হাৎলি। লান চংবদা মাং থাবা তান্নৈ; লান হন্দোকপদা তুং থংবা তান্নৈ। তুং নৎরগা মাং থংবা তান্নবদা করিগুম্বদা অউপ্পী অরোংবী তৌই।

জাপানশিংনা লান চংবদা লম্বীনি লম্বী নক্তে হায়বা থিদে; মেপ য়েংলগা মখোইনা য়ৌগে নিংবা মফম য়ৌনবা হেকতা চংলি। য়ৌরুবা মফমদা অফং অফংবা চাদুনা লেল্লী।

হৌজিক এলাইড লাণ্মীশিংনা থুনা য়াংনা তকশিল্লক্লে। ফেব্রুৱারী ১৯ দগী তমথিনা কাপ্পরকপতুনা মার্চকী তারিখ ৭ ফাওবগী মনুংদা মাগুলে মনাক্কী চীংথক্তা এলাইডকী ১৯ শুবা ডিবিজন পৈতুনা লৈখি।

অৱাংলোমদা অসুম তৌরিঙৈদা মখারোমদনা ফেব্রুৱারী ২৪ দা তাউংথা লৌখী অমসুং তারিখ ২৭ তা এরোড্রোম অমা এলাইডশিংগী মখুৎতা তাখী, অদুগা মার্চ ৫ ফাওবগী মনুংদা মেইকতিল্লা লৌশিনখিবগা লোইনা লোইননা মফম অদুগী অতোপ্পা এরোড্রোম ৭ অমসু লৌশিনখী।

অসুম্না খুদোং কয়া চারকত্রবা, অমসুং অমনা অমবু হন্না য়েংনবা ঙমদবা মতাং য়ৌবকপদা ; মফম মবাং খংনরকত্রবদা, মগুলেগী অৱাংথংবা মাইল ৩ লোম লাপ্না লম্প্যাক্তা খংহৌদনা অয়ুক পুং ৯/১০ তাবা মতমদা য়েক্নবগী প্লেনদগী পেরাচুতনা।সফাই ময়াম থাদখি। মতম অদুদগীনা নুংথিল পুং ২ তাবা অদুৱাই ফাওবা চেৎচাতিহা পুঙ্গিজাওদা জাপান ২ ৩ লৈবা অদুগা আমেরিকাগী সিফাই ময়ামগা কন্না কাপ্পখি। মগুলে নানেদা ( থাইনগী কোনুং ) মনুংদা জাপান ৪ ৫ লৈবদুগা য়াম্না কাপ্পখি।

সহর অসিগী মচি ২ খুদিংদা জাপান ১/২ লৈবদুগা কন্না কাপ্পখি। নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা জেযুবাজারদা ভারতকী মী জাপানগা মরী লৈনরম্বা অমা, ৱা পাও ইহং হংদনা য়েক্নবগী সিফাইনা কাপ্পুনা শিরে হায়বা মরুপ মপাংশিংনা শ্রীগুন সিংহদা তম্নে অমসুং মহাকপুসু লোৎননবা ময়াম্না হায়খি। মদুগী নুমিৎতগী মহাকসু মহাক্কী মরুপ লিমাউং শর্ম্মাগীদা লোৎখী। অয়ুক নুংথিল মপাল থোক্কে। মথং মথং য়েক্নবনা খোঙ্গুন লিরক্লুনা থা ১ গী মতুংদা আয়ালুজী উথোনতেনগীদা অমুক চে পিরক্লুনা থিরকপদা, উথোন তেন্না "নখোই ময়াম ফাহুনা পিয়ু হায়তুনা ;5 লাকই লোৎতুনা খরা লৈখো,

ঐঙোন্দা নখোইবু ফানবগীদমক চে য়াম্না লাক্লে অতুনা খরা তুমিন্না লোৎতুনা লৈখো" হায়তুনা তাকপদগী লোৎতুনা লৈরে।

মতম অসিদা মোইরাংগী শ্রীকোইরেং সিংহ, শ্রীপোৎশংবম তোমাল সিংহ অমস্তুং শ্রীগুন সিংহ অসিনচিংবা ফংলবদি ফাও, লুপা য়াম্না পিগনি হায়তুনা চে মথং ২ লাক্লবদা চান্নবা মরুপ ওাক্তা ওইবনা খুনগী মকোক আয়ালুজী ব্রজলালা শর্মা, আয়ালুজী উথোনতেন অমস্তুং পুলিসকী ইন্সপেক্টর খুন অতুগী বামোন মচা গোপীশ্যাম, মখোই ময়াম্না মহাকপু লোৎহল্লে। মতৌ অস্তুম তৌনা মণ্ডলেদা শোক ১৯৪৬ কী আগষ্ট থাখাই ফাওবা লোৎলগা থা অসিগী মনুংদা মণিপুরদা লাক্তুনা নুমিদাংদা থুংখি।

মতম অসিদদি মণিপুর পার্টিগী থবক লেপখ্রে; হৌজিক লান অসি করম্না চৎথরি য়েংলসি। এলাইড শক্তিশিংনা অবাংলোমদগী অস্তুম ২ তকশিল্লক্তুনা মণ্ডলে লৌখিবগী ব্রা লোইখ্রে। ১৯৪৫ মার্চকী তারিখ ১০ ফাওবগী মনুংদা ব্রর্মাগী নোংপোক্কী লম সান চিংলোমদা জাপানশিং হন্দোকখি।

হৌজিক মখারোমদা চৎথরকপগী থবক অসি জেনেরেল ফিলিপ ক্রুষ্টিসনগী ১৫ শুবা কোরনা য়াম্না পাংথোকখি। মহাক্কী মায়োক্তা জাপানগী লান্মী ডিবিজন অনিনি। এলাইডকী লান্মীশিং অসিনা মায়ু, অকয়াব ইথৎ, কাংগাউ, রামরী ইথৎ অমস্তুং পেগুনচিংবা লমশিং অসি মে ১বা ফাওবগী মনুংদা লৌখী।

মতাং অসিদা ৩৩শুবা কোরনা য়ানাং য়াংদগী হান্নবা মখা-রোমদা তমথরকপা অদু মে তারিখ ২দা প্রোম য়েৌনা চংশিনখী। অমস্তুং ১৫শুবা কোরনা মেগী তারিখ ৩দা রেঙ্গুন পান্নবা হৌরক্লে। ইরাবতী তুরেনগী সমুদ্রগা তাইনবা ইলিফেন্ট পোইন্টগী মচিন অদু ফাওবা লৌশিনবা লুনা থোকই মরমদি মফম অতুগী ঈশিংদা মাইন য়াম্না থাকলমই। লানগী জহাজ অমস্তুং প্লেননা ওাক্তুনা গুরখা

পেরাক্রুপশিংনা লৌশিনখী, মতম অদুদা জাপানগী লান্মী ৩৭ খক্তা লৈরমই। শোক ১৯৪৫ মে তারিখ ৬ ফাওবদা ব্রহ্মা অসি এলাইডনা লৌখী। এলাইডকী অশিবা অমস্তুং অশোকপা মী ১১০,০০০ নি।

২৪ শুবা পন্দুপ

# জাপানগী লোইরমদাই

ফিলিপাইনগী লানফমদা আমেরিকানা ফিওম ফবকপা অমসুং জাপান্না মাইথিরকপগী মরমদা মমাংদা থেংনখ্রে। লেইটেগী লানফমদা জাপানগী পুন্না জহাজ ২৬ মাংখি; আমেরিকাগী জহাজ ৬ মাংখী। শোক ১৯৪৫ গী জানুৱারী হৌগংলকপদা আমেরিকানা লিমোন অমসুং ওরমোক্কচিংবা লৌহুনা মিন্দানাও অমসুং সুলু সমুদ্রশিংগী মরক্তগী অৱাং পাংনা জহাজ ৮৫০ দা তোংহুনা আমেরিকাগী ৬শুবা আর্মীনা মনিলাৱোমদা চংশিনখী। জানুৱারী ৯ দা থোইনা অথিংবা য়াওদনা আমেরিকাগী লাম্মী ৬৮,০০০ সমুদ্র খোংবান্দা থুংখি। অসুম্না কন্না শোক্করকপনা জানুৱারী থাগী মনুংদা লুজোনগী প্লেন তাফম ৬, এঙ্গিলস টাউন অমসুং নাসুগবু ( Nasugbu ) আমেরিকাগী মখুত্তা তাখি। মনিলা অসিদা জাপানশিংনা কন্না লান শোক্কখি। ফেব্রু-ৱারীগী তারিখ ১৩ ফাওবগী মনুংদা মনিলা উপসাগরদা কন্না বোম থাদখি, অমসুং কোরেজিডোরগী লানবন্দা বোম টন ৩১২৮ থাদখি। তারিখ ১৬ তা ৫০৩ শুবা পেরাচুট রেজিমেণ্টনা লানবন অসিদা থক্তগী লান্দাখি অতুগা ৩৪শুবা খোমী রেজিমেণ্টনসু লান্দাশিনখি। অসুম্না শোক্করকপনা মনিলাদগী অমুক পালাৱান ইথৎ, মিন্দানাও অমসুং সেবুনচিংবদা আমেরিকানা চংশিনখী। মতুংদদি জুলাই থা ফাওবগী মনুংদা লুজোন্নচিংবা লৌশিন্দুনা ফিলিপাইন অসি আমেরিকাগী মখুত্তা তাখী। ফিলিপাইন্দা জাপানগী কামিকাজে ( মতোমতা শিজবা ) প্লেন কয়া কয়ানা এলাইডশিংবু থিনা অপনবা পিখি।

ফিলিপাইনবু অমুক হন্না লৌবদা আমেরিকাগী অশিবা, অশোকপা অমসুং মাংখিবা পুন্না মী ৬০,৬২৮; জাপানগীনা ৩১৭,০০০; অতুগা

জাপানগী লাম্মী ৭২৩৬ কাখী ; অসিদসু নত্তনা জাপানগী প্লেন ৯০০০ মাংখী।

## অমুক হেন্না নক শিল্লকপা

জাপানগী দেশতা লান্দানবা হৌজিক থৌরাং তৌখ্রে। মসিগী-দমক মফম অহুম খনখি—ফোরমোসা, ওকিনারা অমসুং ইয়োজিমা। আমেরিকাশিংনা ফোরমোসা অমসুং ওকিনারাদগী জাপানশিংবু তান-থোক্লবা হোৎনখি। থবক অসি ৫শুবা মেরাইন কোরনা পাংথোকপা তারমই অমসুং মসিগীদমক ৫শুবা ফ্লিটনা মতেং পিবা তাখি। মেরাইন কোর অসিগী লাম্মী ৬০,০০০ রোম অমসুং নেভীগীনা ২২০,০০০ রোম চৎথগদৌরিবা লান অসিদা শিজিন্নখি।

ফেব্রুৱারী ১৬তা ইয়োজিমাদা বোম কল্লা থাদখি। মতম অসিদা জাপানগী কোন্নুং টোকিওদসু কল্লা বোম থাদখি। হৌজিক চংগদৌরিবা লান অসি ফেব্রুৱারী ১৯ গী অয়ুক পুং ৯ তাবদা হৌখি। তারিখ ২০ দা মোটোয়ামা প্লেন তাফম লৌখী। অসুম কল্লা শোক্ল-রকপা অসিনা মার্চ্চকী তারিখ ১৬ ফাওবগী মনুংদা ইয়োজিমা আমেরিকাগী মখুৎতা তাখি। লানফম অসিদা আমেরিকাগী মী ৪,১৮৯ শিখী, ১৫,৩০৫ শোকখী অমসুং ৪৪১ মাংখী। জাপানগী মী ২১,০০০ শিখি। ওকিনৱাগী নোংচুপ থংবদা লৈবা কেরামারেট্রো ইথৎতা আমেরিকাগী ৭৭শুবা ডিবিজননা মার্চ্চ ২৬ তা খোংদাখী।

## কামিকাজেগী থবক

এপ্রিল অহানবদা আমেরিকাগী লাম্মী শিংনা জহাজ ১,৪০০ দা তোংদুনা ওকিনারাদা লান্দাবা অমসুং খোংদাবা হৌখী। লানফম অসি জাপান লাম্মী ৬৫,০০০ দগী ৭০,০০০ না অঙকপা ফংনা শোক্লখী। মতম অসিদা 'বাকা' প্লেন হায়বা জাপানশিংগী অনৌবা অমসুং য়াম্না কিবা য়াবা খুৎলাইনা এলাইডশিংগী মৎত্তা লান্দাখি। প্লেন অসি পিকই ; মহাক্কী অয়াংবদি রোকেটকী পাম্বৈনা পী। মহাক্কী মচিন্দা পোকখাইগদবা পোৎ টন অমদগী হেন্না য়াওই।ময়াই ওইবা

বোম্বর অমগী মখাদা য়ান্দুনা পুরক্লগা কাপখাইগদৌরিবা পোং অতু ভম্না রোকেটকী মতেংনা য়ুংথরক্লুনা প্লেন অতুগা লোইননা অথৌবা ( Pilot ) নিপা অতুসু অতুম তাশিন্দুনা শিমিন্নে। অসুম্না শিবা অসিবু 'কামিকাজে' ( Kamikaze Mission ) হায়না খংনৈ।

শোক ১৯৪৪ গী ওক্টোবরদগী ওকিনাৱাগী লান লোইবা ফাওবদা জাপানশিংনা কামিকাজ ২,৫৫০ কাপখি। মতুনা এলাইডকী জহাজ ৪৩ মাংহনখী। মসিগী খুদম অমা ওইনা মে থাগী তারিখ ১ দা বঙ্কর হিল ( Bunker Hill ) কৌবা আমেরিকাগী টন ২৩,০০০ লুম্বা জহাজদা কামিকাজে প্লেন অনি পাইশিন্দুনা লুপহনখি, মী ৩৯২ শিখি অমসুং ২৬৪ শোকখি। কামিকাজেগী থবক অসিনা য়াম্না খুদোংথিবা থোকহল্লকপদগী মখোইগী থাগৎফম এরোড্রোমশিংদা বোমনচিংবা থাদতুনা ২০০০ বক লান্দাখি। অসুম তৌনা শোক্লরকপা অসিনা ওকিনাৱাগী লানফম অতু জুন ২১ দা লোইখি অমসুং আমেরিকানা ঙমখী। লালফম অসি ঙম্লনবা হোৎনবকপদা আমেরিকাগী প্লেন ১০০০ মাংখী; জাপানগীনা ৪,২০০ মাংখী। আমেরিকাগী অশিবা, অশোকপা অমসুং মাংখিবা পুল্লা ৩৯,০০০ নি। জাপানগী মী ১০৯ ৬২৯ শিখি; ৭৮৭১ বন্দি তাখী।

## জাপানশিংগী দেশতা

জর্মনীগী সহরশিংদা বোম থাদতুনা প্রজা কয়া ২ হাৎপগুম্না জাপানশিংগী সহর কয়া কয়াদা বোম থাদতুনা প্রজা ময়াম হাৎখি। জাপানশিংগী দেশতা বোম থাদবা অসি শোক ১৯৪৪ চংঙমদাইদগী হৌখী। শোক ১৯৪৫ গী মার্চ্চ ৯ দা মৈগী বোম টন ১৬৬৭ থাদখি, মতুদা মী ১৮৫,০০০ শিখি অমসুং শোকখি।

টোকিও রেডিওগী জন ৯ দা লাওথোকখিবা অতুগী মতুং ইন্না শোক ১৯৪৫ গী মার্চ্চ ৯ দগী মে ৩১ ফাওবদা "টোকিও য়ুম ৭৬৭, ০০০ থুগায়খি অমসুং মী ৩১০০০০০ ময়ুম মকৈ লৈখিদে। নাগোয়াদা

মী ৩৮০,০০০ ময়ুম মকৈ লৈখিদে অমসুং য়ুম ৯৬,০০০ থুগায়খী; য়োকোহামাদা মী ৬৮০,০০০ ময়ুম মকৈ লৈখিদে অমসুং য়ুম ১৩২,০০০ থুগায়খী ; কোবেদা মী ২৬০,০০০ ময়ুম মকৈ লৈখিদে অমসুং য়ুম ৭০,০০০ থুগায়খী ; ওসাকাদা মী ৫১০,০০০ ময়ুম মকৈ লৈখিদে অমসুং য়ুম ১৩০,০০০ থুগায়খী।" অসুম তৌনা বোম থাদবসিনা জাপানশিংগী হিসাব মতুংইন্না মী ২৬০,০০০ শিখি; ৪১২,০০০ শোকখী, মী ৯২০০০০০ ময়ুম মকৈ লৈখিদে; য়ুম ২২১০০০০ থুগায়খি। লানগী মমাংদা জাপানশিংগী নোংমদা মী অমনা চিঞ্জাক কেলোরী ২০০০ রোম চারম্বতুনা শোক ১৯৪৫ গী ময়াইরাইদদি কেলো ১৬৮০ রোমদমক চাখি। মতুনা মরম ওইতুনা মখোই আশা কায়খি। লান্দা মাইথিগনি হায়বা মখোইদা করিসু যৌওইরমদে।

## জাপাননা খুৎলাই থাদোকপা

এলাইড শক্তিনা শোক ১৯৪৫ গী জুলাই ২৬,২৭ অমসুং আগষ্ট ৫ দা খুৎলাই থাদোক্লবা হায়খি। মরম অসিগীদমক্তা জাপানগী সহরশিংদা চে চাইখি।

মথংগী নুমিৎ শোক ১৯৪৫ আগষ্ট ৬ কী অয়ুক পুং ৮ মিনিট ১৫ তাবদা আমেরিকাগী প্লেন ( B—27 ) অমনা পেরাচুটতা য়ান্দুনা এটোম বোম অমা জাপানগী হিরোশিমা সহরদা থাদখি। খুদক অতুদা প্লেন অতু মফম অতুদগী য়াংনা পাইথোকখী। ভাইহাক লৈরগা আকাশতা বোম পোখাইবগী মৈখু কাখৎখি, মফম অছু অঙকপা ফংনা শাখি। মৈগী নুংশিৎ শিৎখি। মৈশা অতু পোখাইফমদগী ফুট ২৪ ০০০ লাপ্পা লৈবা মীদসু ফংখী ; ফুট লিশিং ১৫,০০০ ফাওবদা লৈবা মী চাকখি অমসুং ফুট ৩০০০ গী মনুংদা লৈবা মীদি হিংখিদে। য়ুম ৯০;০০০ গী মনুংদা ৬২,০০০ দি পুমকিন কিস্থখি। মাইল ২ গী অকোইবদগীসু হেন্না পুমচাক চাকখি। মতম অতুদা সহর অসিদা মী ৩২০,০০০ লোম লৈবগী মনুংদা ৭৮,১৫০

শিখি ; ১৩৯৮৩ মাংখী। অশোক অপন ওম্নমরুা চাওরাক্লা মী ১৮০, ০০০ ওইগনি। থাদখিবা বোম অসি উরেনিয়ম (Uranium 235) নীনি। আগষ্টকী তারিখ ৬ অসিগী সুমিত্তা আমেরিকাগী প্রসিডেন্ট ক্রমেননা ময়ানদা হায়খিবা বাদা মখাগী অসিসু ওাংখি—

"জাপানগী মরুওইবা লাণ্মী পৈফম হিরোশিমাদা আমেরিকাগী প্লেন অমনা পুং ১৬ কী মমাংদা বোম অমা থাদখি। বোম অদু টি, এন, টি, টন ২০,০০০ দগীসু হেন্না মপাঙ্গল লৈবনি। ওসি ফাওবগী মনুংদা লান্দা শিজিন্নরকপা বোমগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না চাওরবা বৃটিশকী গ্রানড স্লাম অদুনা পোখাইবগী মপাঙ্গল লিশিং অনিদগীসু হায়রিবা বোম অসিনা হেনবনি......। মসি এটোমগী বোমনি। মাসি, ব্রহ্মাণ্ড পুরিবা শক্তি অদু শিজিন্নবনি। সুমিৎনা মাগী পাঙ্গন ফংলিবা অদুগুম্বা শক্তি অসি অরাপ্পা নোংপোক্তা লান হৌরকপা কাংবু অদুগী মায়োক্তা শিজি:রে..। ইতিহাসতা খ্বাইদগী চাওরবা বিজ্ঞানগী জুবার অসিদা ঐখোইনা ডোলার ১০০০০০০০০০০০০ চংহনখ্রে ; অমসুং মঙ্গল ওইরে।"

আমেরিকানা জাপান পায়খ্রগনি হায়দুনা রুসনা তারিখ ৮ দা জাপানগী মথক্তা লান্দারগনি হায়না লাওথোকখী অমসুং মথংগী সুমিত্তা রুসকী লান্মীশিংনা মাঞ্চুরিয়াদা চংখি।

আগষ্টকী তারিখ ৯ দা নাগাসাকীদা অতোপ্পা এটোম বোম অমা অমুক থাদখি। মতম অদুদা সহর অসি মী ২৬০,০০০ য়োম লৈ ; মদুগী মনুংদা মী ৪০,০০০ শিখি অদুগা মসিগুম্বা অমা শোকখি। সহর অসি মাইল অমা গানখাইনা কোইবদগীসু হেন্না পুম্মাং মাংহনখি। থাদখিবা বোম অসি ( প্লুটোনিয়ম ২৩৯ ) হিরোশিমাদা থাদখিবা অদুদিগী হেন্না মপাঙ্গন কনবা ওইরবসু লৈতেম মান্নদবা চীংচেপতা তাখিবনা অশোক অমাং কয়া য়ামখিদবনি। সুমিৎ অসিদা প্রেসিডেন্ট ক্রমেন (Truman) না মহাক্কী প্রজাশিং (আমেরিকাগী ) দা লাওথোকখি।

"খুৎলাই অসি য়েক্লবগী মখুত্তা তাম্বিদনা ঐখোয়গী খুত্তা তারকপা অসিগীদমক্তা ঈশ্বরবু থাগৎচরি, অমসুং ঐখোয়না মহাকপু খুরুমজরি মতুদি খুৎলাই অসি মহাক্না পাম্বা মওংদা অমসুং মহাক্কী থবক্কীদমক্তা ঐখোয়না শিজিন্নবদা লমজিংবিসনু।" কয়াদা শেংথ্রবা রাহৈনো, ঈশ্বরগী মিংদা মী কয়া ২ হাৎকে হায়রি।

পোটসডামদা এলাইড শক্তিশিংনা লাওথোকখিবা রারেপশিং অদু নিংথৌরেনগী ফিবম কাইরোইদবা লৈরবদি য়ারগে হায়না রেডিওদা জাপান সরকারনা আগষ্টকী তারিখ ১০ দা লাওথোকখী। মথংগী সুমিৎতা এলাইডশিংনা অস্নুম্না পাওখুম পিখি—"খুৎলাই থাদোকপা মতমদগী নিংথৌরেন অমসুং জাপান সরকারনা, লৈবাক ঙাকপগী শক্তিদি, এলাইড শক্তিশিংগী সেনাপতি মকোকনা পাম্বা মতুং ইনগনি।"

তারিখ ১৪ দা জাপানগী নিংথৌরেননা রারেপশিং অদু য়াখি অমসুং খুৎলাই লেপ্পবা হুকুম পিখী। শোক ১৯৪৫ গী সেপ্টেম্বর তারিখ ২ দা সন্ধিগী সহি তৌনখী।

হৌজিক লান লোইরে।

---

